পরিষদকী অরিবা

# মণিপুরী য়ারেং লাইরিক

With Compliments of Manipuri Sahitya P.



Cen

সম্পাদন তৌবা

## শ্রীনিংথৌখোংজম খেলচন্দ্র সিংহ

মণিপুরী সাহিত্য পরিষদ
ইম্ফাল।

অফোঙবা—
মণিপুরী সাহিত্য পরিষদ
ইম্ফাল।

অহানবা ফোঙবা—
আগষ্ট, ১৯৭২ ইং।
কোপী ১,১০০



মমল লুপা ৩৫০।
স্বত পুন্নমক অফোঙবগীনি।

লাইরিক নম্ফম—
ভাগ্যবতী কার্য্যালয় চুড়াচান্দ প্রিন্টিং ৱার্কস,
ইম্ফাল।

# বাহৌদোক

মণিপুরী সাহিত্য পরিষদনা তাকপীবা মতুং ইন্না "পরিষদকী অম্বিবা বারেং লাইরিক" কৌবা লাইরিক মচা অসি অরিবা অমনবা লাইরিক কয়াদগী মচেৎ খব খরদং খোমজিনহৗনা পুথোকচবনি। লাইরিকশিং অহৗদি—(১) তুতেংলোন, (২) মোইরাং নিংথৌরোন লম্বুবা (৩) কোম্থৌক্লম নোংগারোল (৪) খুমন কংলেরোল (৫) চেংলেরোন— (৬) চায়নরোল (৭) মতিখিংথোং কম্যাল ক্মাবা (৮) খোয়রান থাবা হিরান— (৯) চোথে থাঙরাহি পাথংবা (১০) নোংশমৈ (১১) শন্নু কাও— (১২) শমশোক ঙম্বা (১৩) ধনঞ্জয় লাইবু নীংবা অমসুং (১৪) মহারাজ চন্দ্রকীর্ত্তি জিলা চঙবা। হায়রিবা লাইরিকশিং অসিনা ইরিবা অশম্বদি—

(১) তুতেংলোন—মণিপুরদা ( খৃঃ ১৫৪-২৬৪ কাওবা ) পাম্লবা মৈদিংঙু খুয়োইতোম্পোকী মজাইবুংঙো য়োয়মোংবগা তাউথিংমাংগা মচীন মনাউ অনীনা মণিপুরগী তুখোং মরু ওইনা ইম্ফাল তুরেল ইরিল তুরেল অমসুং মায়কৈদগী মথারোমদা লাকখা হাওখা য়োনা তেংথখিবদা কাকয়েন মীঙম্বনা লম অহৗদা লান্দাহৗনা তাইবং মীবু য়েন্নাউবী মচা চেনবগুম চেল্লি হ'য়বা খঙবদগী মচীন মনাউনা কাকয়েন অহৗ ফানবা লাং শেমহৗনা থাঙ তেন শাহৗনা মাখোয় অনীনা কাকয়েন মীঙম্বা কাখিবগী মরমদা ইবা লাইরিকনি। কাকয়েন মীঙম্বা কারক্কা তুংদা সোরারেন্না য়ে'য়মোংবগী মচন মেন্নু পীবু হায়হৗনা য়োয়মোংবনা মচন নুপী মেন্নু শাহৗনা সোরারেনগা লুহোংলগা থিল্লকপদা লম্বীদা ( মেন্নু ) খোং লানবদা য়ে'য়মোংবনা ঈশিংদা চোংথখিবগী বাহৌদগী সোরারেনগা য়োয়মোংবগা লুংঙাইনদহৗনা সোরারেন্না অরেপ্পা লৈতনা নোং কম্না চুহন্দুনা তম্পাক পুম্নমক থুমহৗনা ঈশিং অহৗনা নোংচুপকী চীংদা পাথহৗনা চেনখিবা, য়োয়মোংবগী মচন নুপী লৈমা লাইরোকলেম্বীবু

লৌবা মশেন কৌবা অঙাংঙানা নোং থামথিবা মতাং অহু লাইরিক অসিদা য়াওরি। লোন্দাদি মৈতৈরোল অরিবনি।

(২) মোইরাং নিংথৌরোল লম্বুবা— মোইরাংদা পানথিবা নিংথৌশিংগী মতীক মথৌনা, মাখোয়না লান্দাক্রবা অমদি লৌশিন্নম্বা লম, মাখোয় মাখোয়গী হাক্তক্তা তৌরম্বা থবক, মাখোয়বু পোকপা মমাগী মিং, লম্মিং ভুম্নিংকী মরমদা ইবা লাইরিকনি। মাসিগু মৈতৈগী নিংথৌরোন লম্বুবগুমনা নিংথৌরোন মথং মথং ইথবমা পুরিকলাই খেলৈম্নুংনাং তেলহৈবগী অরোইবা য়াহিপতানবা, মাগী লমন খুমনবা ঙৈরানা মণিপুরদা লান্দারক্লুনা লৈপাক কায়নবা, ইরাংখোকযে পাঙ্লুম্বা খেলৈম্নুংনাং তেলহৈবগী নশানৌ কেগে মোইরাং লৈমা ভক্ষা মৈরা পোঙ্গেনবীনা মজা ইবেম্মা ইরাংলোন ভুঙ্গবিদ্যাগা লোয়ননা ঙৈরাদা চঙখিবা কাওবা ই। লাইরিক অসিদা ইরিবা লোন্দাদি লোল অরিবনি। মরক মরক্তা মোইরাংগী অমম্নুং খুমনগী অরিবা লোনম্নু থেংনৈ। মাহুদি—

শীংজা—কাক (মোইরাং)– "কেগেনা ভেংথানা মোইরাংনা মিকৌ-নবদি কাকপু শীংজা-ও কৌএ।

লাও—লেংবান (মোইরাং) কেকেনা ভেংথানা মোইরাংনা মিকৌনবদি লেংবানবু লাও-ও।"—

হাইবি—শীংজং (মোইরাং) কেকেনা ভেংথানা মোইরাংনা মিহৌনবদি শীংজংবু হাইবি-ও কৌএ।

তাওতেক—নৌ ( খুমন্না হায়নবা )—নোংয়ায়না ভেংথানা নৌবু তাওতেক-ও কৌএ "

শোইপাই য়েনবা ( খুমন্না হায়নবা ) – "নোংয়ায়না ভেংথানা খুমন্না মিকৌনা য়েনবাবু শোইপাইও কৌএ, য়েনমোম্বু শোইথিংও কৌএ।"

(৩) কোন্থৌজম নোংকারোন—হুইমু লৈমনা পোকপা কোন্থৌজম নিংথোন চিনকুরোন নাহুইহুবু লাইয়িংথৌ সোরারেন্না লৌখিবা, সোরারেনগী বরদগী হাওরোক কোন্থৌ পূন্নমক অশি অনা য়াওদনা পান্নবদা নোংমা মাখোয়গী হুয় অমা লিন্না চিকুনা শিরবদা মখোয়দা হুয় অশিবা অহু মী শিবগুমনা সংস্কার তৌবগী মীকপ মীয়াও তাবদা কোন্থৌজম লাইরেম্মনা মচ নিপা খোমজিংলিবা খোরিফাববু থনন্নগা মপামদা কুমলকপদা, লাইয়িংথৌ সোরারেন উরোই খওলোই হায়নহুনা মপামদা মন্নামগা চামিন থকমিন্ন রিঙৈদা সোরারেন্না মতিল শিখরকুনা কোন্থৌজম লাইরেম্মবু তরা চামাংগী য়াংলৈ য়ুমাংবীনে হায়না মতম খরা খাইনখি। মমৈথংদা নোংপোক মালং হুন্মোইবনা তরা চামাংদা য়াংলৈ য়ুমাংদবীনে হায়বদগী সোরারেন্না মহাকপু অমুক হন্জিন্নখিবগী মরমদা ইবনি। লোন্দাদি মৈতৈরোন অরিবনি।

(৪) খুমন কংলৈরোন—লাইরিক অসি মণিপুরদা গরিবনিৱাজ মহারাজগী মন্নাইবুংগো চিংথাইনা পান্নিঙৈদ. ( খৃঃ ১৭৪৮-১৭৫২ ) শকাব্দ ১৬৭১ কাইরেন থা তরাতরেৎনি পানবা স্বাতী নক্ষত্রনা পানবা য়ুমশকৈশা হুমৎতা ইবা হৌখিবনি ইবদি মীজা মপা (মহারাণীগী মপাবুং) হাওবম কৈবিরাম মন্ত্রীগা সৌকাইজম্বা মুকুন্দরাম মায়চৌগা মাখোয় অনানা তান্নহুনা ইখিবনি। লোন্দাদি মৈতৈরোন অরিবনি; মণিপুরদা নিংথৌরোনগী মরমদা ইবা লাইরিক অতৈদগী লাইরিক আসনা তোপ তোন্না অমদ খুমনদা পানখিবা লৈমা নিংথৌশিং অহুগী মমিং করি তৌবদগী করম তৌনা থোনখিবগে হায়বহু লাইরিক অসিদা শেংনা ইবা থেংবৈ। খুদমদি :—

নবেন নোংয়ায় খুমন লৈমা ওাঙ্গরোন খায়খিবা চহু কংলৈ মদাইমা তেন্নোং লম্প্যাকপু অশেনবী পায়মা লিনকোয়গী নহু নোংয়ায় খুমন নিংথৌ চৌংথোঙ থোঙ্গাইবা ও তৌনা কৌএ।

অদোম চৌংথোঙ থোঙ্গাইবা ও কৌবদি কদৌ নোংগীনো ? নহু নোংয়ায় শাংমাবা খুমন পোকমাবা লৈন্নুং পোইনাউতোন অতোনবা

চীংপুরোই ভম্প, কোন্না লাংওল্লকপা খুনবী পোমেহন চীংখোঙ পোই-রৈত্তোনগী কোন্নোয় মমিং থোংবু মৈনা য়ায়না মিংথোংএ হায়বগী চীংখোঙ থোক্লাইবা-ও তৌনা কৌএ ”

(৫) চেংলৈরোন -চেংলৈগী নিংথৌশিংগী ময়মদা ইবা লাই-রিকনি। চেংলৈ হায়বসি শলাই অমনি, লৈশাংথেম লোন্দা চেংলৈগী নিংথৌশিং য়াওরে, চেংলৈ শরাং লৈশাংথেম হায়বা শলাই অহুনি। চেংলৈ অসি মমাংঙৈগুদদি থাওখিস্সু কোরম্মী মাহুদি থাওখি খোংজোম্বা, থংওখি তাউপুং খোংস্তোবা অসিনচিংবা। হায়রিবা কাঙলুপ অসি মণিপুরদা নোংদা লাইরেন পাখংবনা পাল্লিরৈঙেদগী মণিপুরদা লৈরম্লবা কাঙলুপ অমনি। চেংলৈরোন্দা ইরি—নোংদা লাইরেন পাখংবনা নিংথৌ ওইরবহুগী হেক মমাঙদা লম অসিদা নিংথৌ অহুম পাল্লম্মী মাখোয় অহুবু সোরারেন অরিবা অহুম হায়না কৌই।

(৬) চায়নরোল— মতম অমদা মমাঙৈগুদা লৈবাক অসিদা (মণিপুরদা) লৈরম্বা, -মৈতৈ মোইরাং খুমন লুয়াং হৈয়েম খুজান থাওঙা কম্বোং খেন্দে চাইরেন অসিনচিংবা লমদা পোকপা অমম্মুং লৈরম্বা মীওইশিংনা মজাতি অমদি মিংচৎকীদমক মথ্রায় ফাওবা থাদোকপা কিদনা মাখোয় মাখোয়গী মতীক মথৌনা উৎননবগীদমক চায়নবা—অঙম্বনা ওমদববু ২.৫পা অসি চৎমরম্মী। মতম অহুদা লৈরম্বা মীশিংনা চায়নবা অসি শান্নপোংকুমনা খন্দোক্নুনা মিংচৎকী দমক্তা শিবা অসি করিমতা ওইনা খন্নরমদে। চায়নবদা তা নত্রগা তেন পায়নৈ। ঙাঙনা ঙাঙনবগী মতুং ইন্না মাখোয়না প্লায়নরিবা তা অতুগী তাখেংক অহুনা লমশীং ওন্থোকনরগা চায়নপুং খোল্লুনা মাগী মাগী লৈকম, খোঙদাকম শেয়নরগা চায়নৈ। হান্নমা হায়নরগা মাখোয়না তেন কাপ্লচনা নত্রগা তা লংনেহুনা মথুৎচুম্বা তায়ে। কনাগুম্বা অমনা হুল্লকপা তা নত্রগা তেন অহুনা মশাদা হেকপান্দুনা ঙ্খিত্ত দা থোকপদা তেন কাপলকইবা নত্রগা তা লংলক-লিবা নিপা অহুনা অওম্বা শকই অতুগা শোকইবা নিপা অহুনা

অমহুগী মরান ( defeated foe ) ওইরে হায়না লৌই। ওম্মিবা নিপা অহুনা মায়থীরিবা নিপা অহুগী মণ্ডক কক্নুনা হাৎপদা বেরা লৈনদে। তোঙান তোঙানবা লম অমমমগী মীনা মশা মশানা য়ানহুনা চায়নবদা শিনবগীদমক শিরিবা মায়থীরিবা মী অহুগী মরৈবাক অমসুঙ মনিংথৌনসু কয়িসু হায়নদে। মায়থীরবা, শিবা তারবা নিপা অহুগা হাৎকদৌরবা অহুগা অঙম্বা অহুনা হাৎত্রিডৌদা মানা মানা পুনরকপা চয়োম থোক্নুনা হরাউ হরাউ চামিন থকমিন্নরগা কোম্না হাৎনবসু য়াওই। শিগদৌরিবা অহুনা হায়জবগী মতুং ইন্না অঙম্বা নিপা অহুনা মণ্ডক কক্নুনা হাৎলগা অশিবা মশা অহু কাকনা অমদি শা উচেকনা চেন্দনবা লৈপাক্তা ফুমজিন্দুনা লোইশিনবিরম্বসু য়াওই অহুগা মকোক অককপা অহুদি মানা ওম্মে হায়বা থঙনবা পুথি। অসুম তৌনা চায়মথিবা ময়াম অহুগী মরমদা ইথা লাইরিকপু চায়নরোল কৌই। হৌজিকসু মণিপুরগী মফম কয়াদা চায়নপুং উবা ফংই। লাইরিক অসিদা ইরিবা লোন্দা পুদাদি মৈতৈরোন অরিবনি। লাইরিক অসি পারগা মণিপুরগী লম্মিং তুমিং, লম মমিং কয়ননা থোনখিবগে হায়বা থঙবা ওমই। ‘‘লমলেন শাচিং লারোংকোম কৌবদি কদৌনোংগীনো ? কম্বোং চেংখু চেংয়াম্বী মপারি ওয়ামঙামকনা চামলৌ লাচেন্নগে লাংবদা খুঙ্গান লাইরু চেঙ শিলহৈবা চমু লিনগোইগী নোংয়ায় লীকমন লাম্বনা কম্বোং নপা লম লংমাই নপু লম্বু নত্তে। নোংয়ায় ইপা লমদা করিগী চামলৌ লাচেন্নগবনো হায়না কোয়না কোয়না তান্নরে কোইচাংও থোন্নেএ। মশম মনা রায়না কারে রায়থৌও কৌএ। মশা লাকনা চিংখংলে শাচিংও থোন্নেএ। অমা লোংনা কমলে লারোং কোন-ও কৌএ। পুখ পুখা তান্নরে খম্পুংও থোন্নেএ। চিংলৈত্তোম শাখিবা খমলৈত্তোন লৌথিনবু খন্না কারে চীংথম লমলেনবা-ও কৌএ। কম্বোং মহী নাদা শীদা ঙাঙনা কারে ঙাংলৌও থোন্নেএ। অদোম নোংয়ায় শারোনপানা চামলৌ লা ঙাকলে রায়থৌ লমকন্নে। রায়থৌ-খোইন্না অথৌবা রায়থৌ লম ৭ক্লে চামলৌ লা ঙাকএ। পোইরেই

অখোং শিংগ্রেংমা চামলৌ লা হেকনগবরা হেকনদে। নোংয়ায় হাওখোং শিনাইখুনা চানগবরা চানদে। রায়থৌ লমকনব, চামলৌ লা ভাকপদগী হৌনখি। পাথৌ নওস্তুও পোইরৈ লমকেৎপা রাংওম লমথোইবনে। তনবা ইবিংঙা চায়মা খোঙকেন্মখিসে হায়না তেনশীংনখিয়ে। নোংয়ায় খিংবাই শারোনবগী তিমেন মথুৎখুনা কেন্নবদি খোয়মা লাংদোন শমনা মালেম লৈকং তুরে। রাংথৈ খোইয়া অথৌবনা খুবাক তিল্লাই মেন, খোকলাং পমশিংননা তিমেন ও হুমখিববু লাবা থঙুং থিৎ উনবী চকম লেংলে। অদোন খিংবাই শারোনবদি খোয়মা মমায় ওয়া হুয়েন লাপ্পেনখিববু রাংথৈ খোইয়া অথৌবনা তুরেন মোংবা ঈবু কান্না চোংনা লাবা তু ইম্নমা হুয়েন লাস্তানখিয়ে। অদোন নোংয়ায় খিংবাই শারোনববু নোংয়ায় মরমথৈদা তানকংলবগী লুরক কাওদৈ থি থৌনাউ লেম্বোও লেপ্লে। লাল্লু পোল্লেম হান তৌথোপ থম্বাংনা লাবা মচাহেন তনবা মরাই লাংনা ওন্দেরকলে। অহু নোংগীবু তুবী খোইহৌরা পাৎয়াই কোনাথল্লা, ইমু কোনমাংলা লাহৈ তোল্লোংপা লাইরা শোইয়াম্বা রাংথৈ খোইয়া অথৌবনা রায়থৌ লমলোকপা নোংয়ায় খিংবাই শারোনবা নোংমল্লা-ও তৌনা কৌএ। লমলেন শাচিং লারোংকোন রায়থৌ লম্মহন্দা চায়না খোঙকেম্নবা অহুস্তুও মদোমদে।"

(৭) নাউখিখোং ফম্বাল কাবা—লাইরিক অসি চাউরাকনা খৃষ্টগী তরাক্লক শুবা শতাব্দীদা ইবনি। মৈদিংঙু নাউখিংখোংনা করম ফম্বাল কাখিবগে হায়বগী মরমদা ইবা লাইরিকনি। মণিপুরদা খৃষ্টাব্দ ৫৬৮ দগী ৬৫৮ কাওবা পাল্লম মৈদিংঙু উরাকোন্থেবনা খাবরোন নোংজেংশুগা নোংবাল্লোন হোইয়াম্বীগা অনী পাল্লহুনা খাবরোন নোংজেং শুনা (১) নাউহন (২) য়োইচারোন (৩) নাউখিংখোং অমস্তুং (৪) নিং-থৌরাংঙা কৌবা মচানিপা মরি পোকই; নোংবাল্লোন হোইয়াম্বীনা ফৌরায়াং লাইকোকশু কৌবা মচা নিপা অমা পোকই। মৈদিংঙু উরা কোন্থোবগী মচা ইবুংঙো য়ায়মা নাউখিংখোংনা নোংমাইজিং চীংদা লৈবা শেল্লোই লংমাইগী অচোং য়ুমলেমবমগী রামৈ লাম্থবগী মচা নুপী

পীতঙঙা লৌচ্ছনা নুপী মপামদা য়াওং ইম্মুনা লৈরিঙৈদা মপাবুং উয়া কোম্হৌববু শাউবদগী শেলোই লংমাই মচা ময়ামনা অহিং অমা মানা লৈরিবা পীতঙঙাগী য়ুম অচ্ছ কোয়শিন্দুনা মখুত্তু খুৎলাই পায়চ্ছনা মাবু হৎকে পুখোরকউ হায়বদগী পীতঙঙানা ময়াম অচ্ছদা হায়জচ্ছনা য়ু পীথক্তুনা ঙাওহল্লিঙৈদা মাগী মরৌশিংনা মপুয়োইববু নোংমাইজিং চৌংদগী খুমন ঙাম্না চেনহনখিচ্ছনা মথ্বায় কনখি। মৈদিংঙু মাউথিং-খোংগী মখিং অমা হোঙনেময়োই খুঙ্গাও কৌই। মানা খুমন্দা লৈরিঙৈদা খুমন নিংথৌ পুজি য়ুমোইবগী মচা নুপী খয়োয়রোন কৈরুংহাংবীগা মোইরাং নিংথৌ সনা লাকখ্বাগী মচা নুপী ইরাংলোন লৈমা নামুন চাউবীগা নিংথৌ মচা নুপী অনী লৌখি। মতুংদা মতুমচাগা লোয়ননা পামংখুন্দা হোঙনেম লুয়াংমিংথৌ পুজিবগীদা লাক্কুনা মৈতৈ নিংথৌ অমনা খঙবা য়াবা তম্বা য়াবা মহৈ মশীং তমখি। মহাক্না লুয়াং নিংথৌগীদা লৈরিঙৈদা মপাবুং উয়াকোম্হৌবা নোংগারচ্ছমা মাবু নিংথৌ ওইয়ো হায়না মমানা মী থারক্তুনা কৌহল্ল-রচ্ছনা মহাকনা খৃষ্টাব্দ ৬৬৩ দা ফম্বাল কাখি। অচ্ছবু মানা নিংথৌ ওইরবদা মাগী মথ্বায় কনখিবা মাগী নুপী লংমাই পীতঙঙাদি মাগা ফম্বান কামিয়খিদ্রে। পীতঙঙানা মপুয়োয়বগীদা লাকপদা নীংবা কায়রচ্ছনা মথ্বায় মুংঙাইত্রচ্ছনা শিরগা য়ুমজাউ লাইরেম্মা ওইখি। খৃষ্টগী শতাব্দী তরুক তরেৎ শুবদা মণিপুরদা মোইরাং খুমন, লুয়াং মৈতৈ অঙোমনচিংবা কাঙলুপকী মীশিংনা মহৈ মহৈ মনিঙ তমনা পাময়ম্মী অচ্ছগা মতম অচ্ছগী সমাজদা করম তৌরম্বগে হায়বা লাইরিক অসি পারগা খঙবা ঙমই। মতম অচ্ছগী সমাজদা করম্বা মীওইনা নিংথৌ ওইগদগে, চহী ফনা হন্দুনম্মু মীওই লালুপ চাদবা মীবু নিংথৌ হাপ্লে নিংথৌ মচাশিংগী মরক্তা খ্বাইদগী মতিক চাবা খন্দুনা নিংথৌ হাপ্পরম্মী হায়বা মৈদিংঙু উয়া কোম্হৌবনা নোংগারবদা মৈতৈ লৈমা খাবরোন নোংজেশ্নুনা হায়খিবা লাইরিক অসিদা ইরিবা মখাগী অসিনা তাকই।—

"লাইরেন ইশাবিদি কোরৌ নোংগারে, তুবী কম্মোইমিংতি হাঙকরোই কলাংমৈদি তিংকরোইএ লাইরেন ইপারি সনা খোমমাহন মচি য়োইনাউহন অহনববু কম্মোইমিংতা কমগনসে হায়ববু চেংলৌ মঙম শোয়এ কলাংমৈবু তোংকরোইএ। ইপারি য়োইচারোন অরাং লাংচা লৌপুংকৈ তোংবসুঙ শমু পাংশোই নীকএ। কম্মোইমিংতা কমকরোই। পারি সনা খোম্মদোন নিংথৌয়াংগী অনা লাংগী কম্বাল চুম্বা লাম্মোই চৌংঙা লৌখোং তোংবসুঙ পায়মা মপূক কংএ। মাসুঙ কম্মোইমিংতা কফরোই। ইদাইরেমশি ও লাইরেন ইপারি সনা খাঙ-রাইগী × × × × × পারি হোঙনেময়োম খুম্বাওবু থুনা পাউ কৌরুও। কম্মোইমিংতি মান কমঙৈবে, কলাংমৈদি মানা তোংঙৈবে।"

মৈতৈ নিংথৌনা কম্বাল কাবদা শেংপা কিজেৎ লৈতেং, কম্বাল তোংবদা করি তৌবা হৌনবগে হায়বা নাউথিংখোংনা কম্বাল কাবদা তৌখিবা অহুগা নিংথৌ শিরপা করি তৌবা হৌনবা করমনা পোৎ-লোইবা হৌনবগে হায়বদু মৈদিংগু উরা কোস্থৌবগী নোংগাথৌ লাইয়িক অসিদা ইরিবা অসি পায়গা থগুবা ওমই। লাইরিক অসিদা শীজিন্নরিবা লোন্দা পুলাদি মৈতৈরোন অরিবনি।

(৮) থৌরানথাবা হিরান—মৈত্রবাক্তা খৃষ্টাব্দ ১১৯০ দগী ১২০১ ফাওবা পাল্লম্বা মৈদিংগু থরানথাবদা খূমন নিংথৌ পুন্সিবগী মচানুপী থয়োরয়োন চকপা ওম্পী শফবী লৈরীম্মী অহুগা হায়রিবা খূমন নিংথৌ অসিদা মৈতৈ নিংথৌ থরানথাবগী মচানুপী রাংগুমলোন চৌংখৈ থানবী থাজরম্মী। নিংথৌ অনী অসি মজা ইবেম্মা অনী অসিগী হাক্ককী সুংঙাইনখিদে। খূমন নিংথৌনা মচা নুপীবু মৈতৈ নিংথৌ থরানথাবনা থীনা তৌখিবগী লমন খূমগে হায়দুনা হৈয়েম খুঙান্দা লান্দামিন্নসি হায়দুনা লান নেকলগা হন্নকপদা খূমন্দা পীজা পীথক তৌরগা মৈদিংগু থরানথাববু ফানবা শীলম্মী। থরানথাবা মহারাজনা হৈয়েম খুঙান লান্দারুরগা লাকপদা মজা ইবেম্মা চৌংখৈথানবীগী ইজিঙগী খুমন্দা পাল্লমদনা ভম্না ময়ুম য়োনবা হি তোংদুনা কারকপদা

খুমন কাকপা লৈতোন পাম্বনা চিংহুনা লম্বীদা লান লুমলমহুনা কাকপা লৈতোন পাম্বনা মৈদিংগু থরানথাবনা তোংলিবা হি অহু পায়হুনা য়ানবদা মৈতৈগী অথৌবা য়েলাংবা তারিয়ানা খুমন কাকপা লৈতোনং পাম্ববু মশম পায়হুনা হিরুবাক্তা চিংখৎলগা লৌনা য়ান্দুনা মগুক ককলগা পুখৎলকখি। মৈতৈ নিংথৌগী হিয়াং হিরেনগী হিনাউদা হাপলিবা মশম ইকা ফাবা অশাবা মী মকোক অমা হাপলিবা অসি অহুতৈ কাকপা লৈতোন পাম্বগী মকোক য়েলাংব তারিয়ানা ককলকপা অহুগী খুদমনি। থৌদোক অসিগী মতুংদা মৈদিংগু থরান থাবনা মজা ইবেম্মা চাংখৈ থানবীগী লমন থুম্নবা খুমন্দা লান্দাখি অমসুং খুমনগা মৈতৈগা লান শোক্লখিবা অলিবু থরানথাবা হিয়ান হায়না খঙনখি। মমাতৈঙদা থোকখিবা থৌথোক ওইরবসু লাইরিক অসি ইবদি গরিবনিয়াজ মহারাজগী সনাহাক্তক্তা ( খৃঃ ১৭০৯-১৭৪৮ ) ইখিবনি হায়বসি লাইরিক অসিগী অহানবা লামায়দা "হয়া হে লীকলাই-ও ইপুংথৌ নোংথৌরেন বৈষ্ণব থোংনাং ময়াম্পা ভক্তি ওকোই থোংপু চুনপা তাইপঙ সরারেন নমু পোংহনপা লাইরেন নগুকী সনা নখোঙ থাত হয়িতৈঙগীপু ভয়ুম ইরাকমানা শৈথিরকে।" হায়না ইরিবা অসিনা তাকই। লাইরিক অসিদা লীজিন্নরিবা লোন্দা পুদা অসি লোন অরিবনি।

(১) চোথে থাঙরাই পাখংবা—লাইরিক অসি কনানা করম্বা চহীদা করি হুমিৎতা ইরম্বগে হায়বদি থেংনদে; অদুগা লাইরিক অসিদি গরিবনিয়াজ মহারাজগী সনা হাক্তক্তা (খৃঃ ১৭০৯-১৭৪৮) ইখিবনি হায়বসি লাইরিক অসিগী শৈহৌমক্তদা—"হয়া হে লীকলাইও ইপুংথৌ নোংথৌরেন বৈষ্ণব থোংনাং ময়াম্পা চাংগু ইন্দ্র সোরারেন নমু পোংহনবদ ভক্তি ওকোই থোংবু চুনবা লাইরেন সনা নখোঙ থাদা হয়িতৈঙগীবু নদাইরেম ভয়ম চীনপোই ইরাকমনা হয়া লাউমী শৈথিরকে"—হায়না ইরিবা অসিনা ভশেংনা তাকই। মরমদি শৈহৌ

থোংনাং ময়াম্পা—গরিবনিয়াজ মহারাজ

অসিদা ইরিবা "বৈষ্ণব খোংনাং মরাম্পা" হায়রিবসি গরিবনিৱাজ মহারাজবুনি। লাইরিক অসিদা ইরিবা লোন্দাদি মরক মরক্তা সংস্কৃত ৱাহৈ খরা চঙবা য়াওরবস্নু মপুংদি মৈতৈরোন অরিবনি।

(১০) নোংশমৈ—মৈদিঙ্গু খাগেম্বনা পাল্লিখৈদা ছিগী ৱাহৌগী মচিন মনাউ নিঙ্গাই তৌনবদগী মনাউ ইবুংঙো শানোংবনা মরাংগী পাংঙনবা (মুসলমানগা) লান নেকলুত্লুন মণিপুরদা লান্দারকখি। খৃষ্টাব্দ ১৬০৬ তা যাংগোই খোঙবান্দা মৈতৈগা পাঙনশিংগা লানথেং- নখি। লানকম অতুদা মৈতৈনা ঙমতুনা লান্দা মায়থীরবা পাঙবশিংতু মণিপুরদা লৈহনখি। লাহয়ি থৌ খাগেম্ববু লানকম অতুদা লাইরিকও য়েংবমগী নিপা অথৌবা অমনা য়েক্লবগী মথক্তগী মথরায় কনখি হায়রুনা অথৌবা অতুগী মমিং মহারাজনা লাইরেন নোংশমৈ অথৌবা কৌখি। মাঙোন্দা মিংথোন অসি পীবগী মতাংদা লাইরিক অসিদা অস্নুনা ই—

"লাইরেন মৈদিংঙু নোংপোক চীংলেন নোংদাই নিংথৌরেলা ৱাহমলকএ। পোইরৈ অথৌ সিচা হেপ্পাশিংও! ইন্তক মহুং অসিদা থোংনাং ইম্বরকপা ময়াংনা তম্পাক তারকপা অসিদা নিংথৌ ঐগী থরায় ইমিরেন খমলৈ মৈগু কোনবু য়ৌখিরবদা থরায় মপান ফুক মিরেন মরা থৎনা পুরকপবু লৈএ খোংনাং লোনখঙবা ময়াং লোন- তৈবা পন্ত্র লাইরিকয়েংবা কৌবদি কোল্লোয় মিদা পীএ। লাইরেন নোংশমৈ অথৌবা নিংথৌ পোকমাবা ও মিথোনখিএ।" মাগী মমিং লৌহুনা লাইরিক অসিগী মিং নোংশমৈ কৌখি। লাইরিক অসি মরু ওইনদি মণিপুরদা মুসলমানশিংনা খুন্দারকপা, মৈতৈগুমনা মথোয় মখোয়গী মশিনগী মতুং ইন্না য়ুমনাক থোক্লুনা লৈখিবগী ৱারীনি। লাইরিক অসিদা খাগেম্বা মহারাজাগী হাক্তকতীনা মতুংদা পাল্লকপা নিংথৌশিংগী হাকতা লোকললকপা অমসুং খুন্দাহুনা লৈখিবা পাঙন- শিংগী হৌরকফমগী ৱারী মাখোয়না লম অসিদা। তৌরম্বা থবকনচিংবা লাইরিক অসিদা য়াওই লোন্দাদি মৈতৈরোন অরিবনি।

# হৌরম লামায়

# অফোংবগী ৱারোল খরা।

মমল য়াম্নবা থায়নগী মণিপুরী সাহিত্যগী ৱারেং শৈরেং কয়ামা হৌজিক কাউবা ফোংদোক্তনা অরেম্বা ওইহনা লৈরি। মণিপুরী সাহিত্য পরিষদকী মরু ওইবা উদ্দেশ্য অমদি অসিগুম্বা ৱারেং শৈরেং অসিবু ফোংদোক্লবা হোৎনবা অমসুং ফোংদোকপা হায়বা অসিনি। থবক অসি পাংথোক্লবা হায়দুনা শ্রীনিংথৌখোংজম খেলচন্দ্রসিংহদা শিন্নদুনা হোৎনরিঙৈ চৈরক্তা মণিপুরদা অহানবা ওইনা জৱাহরলাল নেহরু য়ুনিভর্সিটি সেন্তর অমা হাংদুনা এম. এ. গী থাক্তগী হৌদুনা লাইরিক তম্বা হৌরগনি অমসুং মণিপুরী লোল অমসুং সাহিত্যবু তম্নবগী বিষয় অমা ওইনা থম্নগনি হায়না তাবদগী বিষয় অসিগী তম্নবা লাইরিক ওইবদগু মতিক চানবা হায়দুনা ৱারেংগী লাইরিক অসি কোংননবা হোৎনবনি। ৱারেং লাইরিক অসি খোমজিন্নগা সম্পাদন তৌনবা শ্রীখেলচন্দ্রসিংহদা শিন্নরগা অমুক রিভিয়ু কমিটি অমনা য়েংলগা পুথোকচবনি। শ্রীসিংহনা অৱাবা করা খাংবীদুনা পরিষদকী চাউরবা থবক অসি পাংথোকপদা তেংবাংবীবা অসিগীদমক শ্রীসিংহবু থাগৎচরি।

পাউনা বাজার,
ইম্ফাল।
তাং ২১।৮।৭২ ইং।

শ্রীহিজম গুণসিংহ
জেনরেল সেক্রেটরী,
মণিপুরী সাহিত্য পরিষদ

# পরিষদকী অরিবা মণিপুরী ৱারেং লাইরিক

## সোরারেনগা য়োয়মোংবগা ৱারোংনবা

( ভুতেংলোন্দগী )

খোইমোম লাইবংথৌ চীংঙু লেংনা তিনবা নখোয়বু নহান নোং কোরৌ নোং মথা মালেম তম্পাক লৈময়োন্দা ইমোম নোংবাল্লোন নোংমোইন্নু অহোঙবীবু কাউচানখিবগী মপারি লাইরেন ঙাংঙোই য়োয়মোংবগা মশানৌ য়োইহৈতোন তাউথিংমাংস্নু শাৎলে, মমোম লৈমা লাইরোকলেস্বীস্নু ফুয়নরে। মমোম খোম্মদোন ৱাংকোন লাইরুরাবু লৈবরা পাউহংলুও। মমোম খোম্মদোনবু লৈইগিদি হৈনা মউ পন্ উরাই হকনা যুমচিন কাকথৈ থা সুমায় উরোং খিল্লুও হায়না থৌশী-রকলবদা কোরৌ লাইবংথৌশিংনা লাইরেন ঙাংঙোই য়োয়মোংবদা পাওমেল্লেএ। চীংঙু নোংথৌ সোরারেন কোরৌ নোং নিংথৌনা হায়রকএ। নমোম চৈরৈ খোম্মতোন ৱাংকোন লাইরুরা অহেনবীবু লৈরবরা কোরৌ শেনচংনা ৱাংপন পাইচংনসে হায়রকএ। অস্নুম পাওমেনববু ঙাংঙোই য়োয়মোংবনা চীংঙু লাইবংথৌশিংও ইমোম চৈরৈ খোম্মতোন ৱাংকোন লাইরুরা শাকবীবু লৈএ। চীংঙু মথুবাক্না কাওচানগে। নহান পলেম ইমা নোংবাল্লোন নোংমোইন্নু অহোঙবীগী মনকৎথৈঙগী কাওশীং মনশীংমাবু ৱাৎপিগুনো কোরৌ হুদিং মঙানি গুরবগা ইমোম মোমন্নু শাকবীবু মরান হুহোংখোংদোংৱিগে হায়না হুমিং শীংথারবদা চীংঙু লাইবংথৌশিংস্নু থিংলৌ নীংনা তেনা খোইমোম সনা মখোঙখাদা পাওমেল্লুয়ে। চীংঙু থংপা নোং নিংথৌও। লাইরেন শাকবীবু চীংঙু নঙোন্দা কাওচানকে। তোইকুম নহান নো পল্লেম ঙাংঙোই য়োয়মোংবনা পাওমেল্লকএ। মমোম চৈরৈ খোম্মতোন মেন্নু

মমা নোংবাল্লোন নোংমোইমু অহোঙবীবু কাওচানৈঙেদা কাওশীং মনশীং মাবু ৱাত্তনা কুবিরকও। কোরৌ মুমিৎ মঙানিদা চীংঙু মঙবু খোঙ-হৌরকও মরান মুহোংখোংদোংবিগে হায়না অসুম পাওমেন্নুরবদা চীংঙু নোং পাখংনা উনবী মরাং কায়না হরাউওম্মে হায়দবরা?

কোরৌ মুমিৎ মঙানি ঙরবগা মমোম মেমু লৈত্তবগী লাইরেন ঙাংঙোই য়োয়মোংবনা মমোমমেমু শাগে হায়বগী লৈরেন লৈচাউপু লা মৈপুংলেন চিন শম্মৈ শমদোন য়োম শমচিন্তুক ভুংথাংনা থবাক ঙৈথোমনা কোল্লোয় মঙান নাইনা খোইমোম লাইকমলেন্দ। ঙাইথমলে। চীংঙু নোংখৌ সোরারেন অৱাং পাখং য়োয়রেনবসুঙ কোরৌ নোং-লাংপান্দগী শঙতিং লোনঙৌ চিন লোনথাং মঙান নাই সনা কোনথাং য়াইতরং কাওশীং মনশিং শুনা চীংঙু লাইবংখৌ খোইমোম মঙাইরোইবু ঙাইরোয়ননা কুমলকলে। মমা য়াংমু কাচেংকাবীচা তাউচীং হৈথোন ফমদা হৈরাঙয়োইখোনলমলবগা চীংঙু নোংখৌ সোরারেন্দি ঙাংঙোই য়োয়মোংবগী শারেন য়েংলম লেপ মেমু শাকবীগা খোইমোম লাই কোয়ুংদগী মরান লুহোং খোংদোংবিরবদা তাংজা ঈকাই নংগনে হায়বগী মচন মেমু থোংবু থোংলেন পাম্বৈ লানবদা শমু থুয়োনথানা লাইজা ঈরোয়ুংদা লুপখিরে। চীংঙু নোংখৌ সোরারেন্না থোংলেন মরান লেপনা মিৎয়েং শানখৈরিঙৈ লাইরেন ঙাংঙোই য়োয়মোংবদি খোংলেন লৈয়াংপা মাল্লেম লৈনিনবনিগিনা খোংলেন মরিন ঈয়া তাউখরকএ, লাংমৈ পুংলেন মরুথেংতি লাইজা ঈরোয়ুংদগী তাউখংলকএ। অদু নোংগীবু ভুরেন লংমৈপুংও তৌনা কৌএ। চীংঙু নোংখৌ সোরারেন্না য়োইহৈতোন তাউখিংমাংও নমেম মেমুনিগীদি লাংমৈ মরুথেংকা তাউ-খৎমিন্নরকঙৈনে। নশাবি ঙাংঙোই য়োয়মোংবনা মেমু শাবানরিঙৈনে হায়না পাওমেনববু হোয়তা চীংঙু নোংখৌ সোরারেনও। ইশাবি লাইরেন ঙাংঙোই য়োয়মোংবদি হাওবৈ খানা পাংবরম মোংবা তুত্তেংখিববু লাইরেন মরান ৱায়থুংদরিঙৈন হায়না পাউথুমলবদা খোইমোম থিংলৌ নীংনা তেনা হলৱাইরকলবদা লাইরেন ঙাংঙোই য়োয়মোংবদি খোইমোম

লাইকমলেন কংলৈ পুংময়োন্দা থিংলো মীংনা তেরকলবদা চীংঙু নোংথৌ সোরারেন্না তিল্লাং মখোয় শাউনা লাইরেন ঙাংঙোই য়োয়মোংবা নঙদি নমোম মেন্থু লৈতববু লৈএ হায়না চীনহাবনে হায়থবদা ঙাংঙোই য়োয়মোংবনা পাউথুমলকএ। ইমোম মেন্থু শাফবীদি খোই-মোম নঙোন্দা খুৎশিন্নরে। থোংলেন খুৎয়োনথানা লাইজা ঈদা তুমখিবদি চীংঙু নঙদি খোইমোম লাইমরু নত্তবরা? মায়খোঙ্গুন লীঙমদনা কদৌবা হলরাইখিবনো হায়না পাউথুমলবদা অরাং পাখং য়োয়রেনবনা লাইরেন ঙাংঙোই য়োয়মোংবা নঙদি মাল্লেম লৈনিনবা খোংলেন লৈয়াংপনিগীনা মোংবা তুথুনে ইনখিবগী শমু ননাতোন্দা মাল্লেম লৈনাং পকলিএ। চীংঙু ঐবু তাংশক্তে হায়না তিল্লাং মখো'য় শাউনা রাতাথিখিএ। লাইরেন ঙাংঙোই য়োয়মোংবা নঙ কোরৌ হুমিং মঙানি ঙাইথম্ও হায়না চীংঙু নোংথৌ সোরারেন্দি খোইমোম মঙাইরোয়শিংগা কোরৌ নোংনাংপান্দা তেখৎখিরে।

হয়েং কোরৌ হুমিং মঙানি শুরবগী কোরৌ থাক্তুম থাক রাংবন লাউহুম লাউনা নোংলেন মখোঙ ফুইনা চুথরকলবগী লাইজা ঈনা ঙমলকলে। কোংরাং রাতোন অরাংবন্থুং চীংলেন পল্লংলা অরাংবন্থুঙ থুমলবদা লাইরেন মচীন মনাউদি তোংনা য়াম্নকম্বু লৈতরে। অরাং লাইনা পাংবরম মিৎয়েং শানথৈখিববু অরাং মোংবী চীংতাইরেমবু থুম-দবনিগিনা লাইরেন ঙাংঙোই য়োয়মোংবদি লেমলৈ ঙানা তাউবগুম মোংথৎখিএ। মমা লৈঙোই মখেম্বু চানা পোকপী শন্না পোনবী চীন-পাকপীস্থু তিল্লিনমপু শেনপীস্থু লাইরেন মতুং ইনখৎখিএ। মতেং কাইরৈ শোকচোম্বু চানা খোয়নৌ ইতা পোনবী চীনপাকপী-ও ঐদি লাইজা ঈদা হৈতবনিগিনা ইমু খৌয়েকননা নোংমনঙৈনে। পোনবী শগন তুকাংহুংদা য়েপনা শোয়রেন ফুম্বীথক্তা থাংগৎপিরমও। হয়েং পোনবী নঙনা নন্নম থুরবদা লোকলৌ শানা কোম্না হা কোকপিগে হায়না পাওমেজনবগী শোয়রেন কুমপো থক্তা থাংকৎঙাম্মে অহু নোংগীবু

কুমকৌয়েন ও তৌনা কৌএ। লাইরেন মচীন মনাউদি মোংবী চীংতাইরেমবু ম্নোরবদা কৌবা অঙাংঙাগা মমোম লাইরোকলেম্বীগা লময়ল্লরে। অদু নোংগীবু লমওক-ও থোম্লেএ। কৌবা অঙাংঙানা লাইরেন ঙাংঙোই য়োয়মোংবগা খুচেং হংচি পায়না চিংথংঙামএ। কৌবা অঙাংঙা-ও লাইরেন ইচীন ইনাউদি লাইজা ঈনা ঙমলবনিগিনা মোংবী চীংতাইরেমবু ইন্দাল্লকপনে হায়থবদা কৌবা অঙাংঙানা কোরৌ চিন্দুম চিল্লকপা রাংবন মংচুম মংলকপা অসিবু ঐ থৌখামগে হায়না কৈঙম থৌনা হায়ঙম্মে ; কৈরেনপা খুনও কৌএ। কৌবা অঙাংঙানা কাওরেন শনথোৌবী তাউবা হুইথৌ থী কাইরৈ য়েম্মৌ থীগা ঙাংলেন ঙাংচৌ মপান য়াম্না কোরৌ মপিতে'নবু থৌখামএ। রাংবন খিংলৌ নিকপবু থৌখিংএ। চিম্না মংনা কাখিএ চিনবা-ও কৌএ। পানা শেম্না কাখিএ পাখুনও হায়দবরা ? তাইনা মেম্না কাখিএ, চীংতাইও থোম্লেএ। কোরৌ মপিতোনবু হুপনা মাঙখিএ, লুহুপ্পা-ও কৌএ। লাইরেন ঙাংঙোই য়োয়-মোংবনা মাল্লং মরাঙ হৌববু লাংলেন কোংয়াং রাতোন অনীবা চীনওক্ল-ববু চেংলৌ মিৎথিংলে। তিল্লি নম্বু শেনবীনা চানা ইতাই কোনবম্হুও মিৎয়েং শানখৈরে। কোরৌ হুমিংতাং রাংবন চুমিতাং খানথবু মাপা মাতম উরিয়ে লাইজা মথিনাই ইমু মরাঙ হৌবদি চীংলেন নাপোম অনেম্বা হাওরৈ নোংচুপলা পাংবরমদা চেম্থখিয়ে। লাইজা তল্লৌবা ইমু লেম-লৌবদি লাইজা ঈশাই চম্না কংশিনখিরে, কংলৈও কৌএ। পূমনা লাংচিনখিরে লাংশংও হায়দবরা ? লাইরেন মচীন মনাউদি অরাং মোংবী চীংতাইরেমদগী কংলৈ পুংময়োন্দা রায়থ্ংলরবগা শানৌ য়োইহৈতোন তাউথিংমাংও মোংবা থাঙ্গা য়ুমজাউ শাশে উরেপ চারা খিন মিয়াং মিতম য়ুংসে কোংয়াং লৈধা হুনসে কোনথা ফাইরেন ঈবু ঈরাংলুসে লেমলৈ ঙানা লমউক ওই শারেন শানা চাক্তানায়ে। য়োয়য়েন লেংনা কাং অশে খোঙকাং, লেংনা তিন অমাই নাকলৌ শিম্না কোম্বা কমলেন ঈবু চানা মমায় খাওরুইএ। মোংধা মমায় শীংতা ইকু মিতম পৈয়ে। য়োয়রেন নাকলৌ শীন খাবী লেংনা কাং অশে

লেংনা ভিন্না উরেপ চারা খিল্লে মিয়াং মিতম য়ুংলে। লাংলেন কোংয়াং রাভোন অনী চীনগুরুববু পান্দম মপা লৌনা মোংবা য়ুমজাও শারে।

## নৈনবা শরুক:—

য়োয়মোংবা— মৈদিংঙু খুয়োইতোম্পোকনা (খৃঃ ১৫৪—২৬৪) মৈতৈলৈমা নোংবাল্লোন নোংমোইন্নু অহোঙবী পান্নহুনা য়োয়মোংবনে ভাউথিংমাংনে মমোম লাইরোক লেম্বীনে অন্থম পোকই। য়োয়মোংবগী মনাউনিপা ভাউথিংমাংগা মচীন মনাউ অনীনা তুরেন তু-খোং তেংখি, কাকয়েন মীওম্বা হাংখি।

য়োইহৈভোন ভাউথিংমাং— য়োয়মোংবগী মনাউনি, খৃঃ ২৬৪ দা মপাবুং খুয়োইতোম্পোকনা থুপপ্রবদা মৈতৈগী কম্বাল তোংহনা খৃঃ ৩৬৪ কাওবা পানখি।

লৈমা লাইরোকলেম্বী—য়োয়মোংবা ভাউথিংমাংগী মচান্নি; কৌব্রুগী নিংথৌ কৌবা অঙাংঙাদা ওংখি, হোঙনেম লুরাং নিংথৌ পুন্সিবগী মমা কৌবরোন নামোইন্নুগী মমানি।

কৌবা অঙাংঙা— কৌব্রুদা পাল্লম্বা নিংথৌনি। মাগী মচানুপী কৌবরোন নামোইন্নু লুরাংগী নিংথৌ পামিংনবগী মচানিপা হুংবান পোম্বী লুরাওবদা থাজে।

## মাহৈগী অর্থ:—

নহান নোং— অহুঙৈ, মমাঙৈঙদা। ইমোম— ইচননুপী, ইচা নুপী। নোংবাল্লোন— অঙোম চন্নু, অঙৌবা চন্নু।

**নোংমোইন্নু অহোঙবী**—য়োয়মোংবা ভাউথিংমাংবু পোকপী মৈতৈ লৈমা। কাওচানখিবী - থাজখিবী। মশানৌ—মনাউনিপা। শাংলে— পোকলে। মমোম— মচানুপী। ফুয়নরে—পোকনরে। খোম্মদোম— থাদক।

সুমায় .... .........উরোং খিল্লুও — থাজরকনবা হায়রুচংলু। সেনচংনা পাইচংনদে— ঙাইশেন ঙৈনদি। মরান লুহোং খোংনোং-থিগে— লুহোংবিগে। তৌইগুম— তৌইগুম্বসুং। খোঙহৌরকও — খোঙশাল্লকও, যাত্রা তৌরকও। লৈরেন লৈচাও— শমজি অহুম কাংবা। শমচিহুকতুংথাংনা — শমজি পুন্দুনা। ঙাইখমলে— ঙাইহুনা লৈরে। অরাং পাখং য়োয়রেনবসুং— সোরারেনসুং। কোরৌ নোংলাংপান্দগী —স্বর্গদগী, লাইরৈবাক্তগী। ঙাইরোয়ননা — লোয়ননা। শারেন — য়েং। শমু থুয়োন থানা — খোঙকম শোয়হুনা। তাংজা ঈকাই নংগনে— ঈকাইবা ফংগনি। থোংলেন—থোং। ঈরোম্নদা— ঈশিং মম্নুংদা। লাংমৈ পুংলেন মরুথেংতি— মকোক্তা থেংপা লাংমৈ পুংলেন অহুদি। হাওরৈ খানা পাংবরম—মখা মায়গৈদা। মরান রায়থংবা—যুম য়েবা। মোংবা—তুরেল। খিংলৌ নীংনা তেনা হনরাইরকলবদা— অমুক হন্নকলবদা। তেরকলবদা— হন্নকলবদা। তিল্লাং মখোয় শাউনা— য়ামনা শাউনা। চীনহাবনে— চীম্বিবনে।

তাংশক্তে — উশিং থৌওইদে। রাতাথিখিয়ে— খোন্দাথীনা হায়খিয়ে। ঙাইখমও— ঙাইয়ো। কোরৌ নোংলাংপান্দা— লাইরৈবাক্তা। তেথংখিরে—হংগংখরে, চংখংখিরে। কোরৌ খাক্তুম খাক রাংবন লাউহুম লাউনা— নোং খাকপগা খোংবগা তৌহুনা। নোংলেন মখোঙ ফুয়না—নোংলী চাউনা নোং কল্লা তাহুনা। চীংলেন পল্লংলা অরাংবল্লও—চীং অরাংবল্লও। লাইনা পাংবরম—অল্লাং থংবা মায়গৈ। অরাংমোংবীচীংতাইরেমবু—কৌরু চীংবু। মচেং কাইরৈ শোকচোম্নচা —য়েম। পোনবী চীনপাকপী—ঙাম্নু। ইমু খৌয়েকননা—ঈরাক-নহুনা। নোংমনতঙনে—শিররগনি। লমওক্সরে— উনরে, থেংনরে। খুজেং হংচি পায়না— খুজেং লাকনা, খুজেং পায়হুনা। মোংবী চীং-তাইরেম— কৌরু চীং। ইন্দাল্লকপনে— য়েননবা লাকপনে।

---

# ফাস্তেক শোকনাইবা

## ( মোইরাং নিংথৌরোন-লম্বুবদগী )

লমলেন মদাইমা লুরাং হাইন্নু থম্বা চম্নুগা হাইন্নু নাম্বা চম্নুগা মমান-মচা নোংয়ায় হাওকোকথোং খুমন তাওহুইয়াংগা শীংবি লুরোই থোংনা পামেন শীংচেল্লম খুরোই হাওরা লমলাংদোংদা রাঙনবা লোল্লোই মনিংথৌ মুংবান ফাস্তেক শোকনাইবনা চরৈ হাওয়া তান্দুম তান্না হোঙ-নেমঙৈদা মমান নোংয়ায় খুমন নিংথৌ চী'থোং থোঙ্গাইবনা কোল্লোয় মিংনা ফয়ে অহোং লৈরেন থৈনগে হায়বগী মুংবান মরৌ লৌনা চাউনা ইমান নোংয়ায় খুমন নিংথৌও লোল্লোই ইপূংয়ায়দা মুংবান ঐগী অহোং কূম্মে য়েংখির-ও হ'য়না থমলৈ মপূংয়ায়দা পাউথেমলুববু নোংয়ায় খুমন নি'থৌ চীংখোঙ থোঙ্গাইবদি হাওমন তুগুম্ববু শানথঙদবগী নাশি পূংখায়রেম চুপলেন নাবু তান্না চরৈ ফিনৌ থোন লীকলাং মকোই ফোংনা লোল্লোয় মপূংয়ায়দা রায়থুংলরে। থমলৈ মনিন নাইবনা তরা লুকমাইরেম শারেন ফাহাপননা মায়থঙতমএ।

নিংথৌ ফাস্তেক শোকনাইবনা মমান নোংয়ায় খুমন নিংথৌ চী খোঙ থোঙ্গাইববু, অহোং লৈরেন থৈনগে হায়না শংলৌ থৌরাঙ-ওম্বগী নো'য়ায় খুমন নিংথৌ চাংখোঙ থোঙ্গাইবগী মমোম থয়োইরোন হাওরৈমা নিংথৌ ফাস্তেক শোকনাইবদা কাওজনবী মুংবান থমলৈ লৈমাবীনা থাঙয়ি খোংজ্রোম্বা মশুমথঙ শূকলেন মায়পাকপবু শূমজি নাতৈনেং শমনু কোম্থৌজাম্বা সোরা রাইরোপাম্বা মম্নকপু শূকলেন থাঙতপ পায়না খুবাক তিল্লাই মেন মোমঙ্গু শূম্ব, তেরান-শৈনা পাউ হৈরকএ।

মীগী মচা লমলানবা

নমোম অমা ফূয়রবস্থ

মীরায় তাদা ওংহল্লে,

মমাক শা ওইবা
মকু লান ওইনববু
করম লান নংগবনো
লৌশিং পাংগন থে'ক্লদি
লাইশেংখিও ।

(অস্থম) হায়না ভেরান রাগী নোংয়ায় খুমন নিংথৌ চীংখোং থোঙ্গাইবনা মমোম হাওরৈমা শাকবীগী শৃম্বন ভেরান শৈবু নাতারবগী ম'কলৌরেম নিংথৌ ফান্তেক শোকনাইবা-ও নমান ঐদি কৌবা য়ায়রেক-লগ্নোই নোংয়ায় ইপুংয়ায়দা ওন্দেরগে খুমন ইরৈপাক্তা হল্রাইরগে হায়না মরান ওন্দেখিরবদা মুংবান লাম্লোই ভরেংমানা হাওশি ঙমগা চিংনা লোম্লোই ময়াইকা ফান্তেক লানবু ফানা লমলেন মদাইমা লুরাং থারং খোইমুচা মুংবান ফান্তেক লৌঙাকপগা কেগে থাংবিলিরাহনগা কোংয়াং রাভারি ভারি লেংবা মরাকথং হোতা পাইজা মরা ওই চীনবান্ ভারি থোংনা খোনলোন রাকপু ঙাইতে লীশঙথক্তা পাউভোইনবা রাকপু পাথৌ থংবী লীর হনলো কেগে নপুংয়ায় মোইরাং চাউবা পুঙদস্থ পাউদোইনরুগুনো মুংবান অয়ুমনাক ফান্তেক ইশাইকোন্দস্থঙ পাউ-দোইনরুরোই হায়না পাওমেন্নরববু কেগে থংবীরাহন্না কেগে মপুং-য়ায় ঙাঙোই শাবন লৌরারক্তা পাউদোইনরুবা রাগী লাইরেন মৈদিংঙু কবোম্বা নঙউথেম রাবু ভৌরেন থাঙতপ পোকনা রাকমা থৌজেন নাইরে। লুরাং থারং খোইমুচা মুংবান কান্তেক লৌঙাকপনা রা-ওইরকএ। পাথৌ থংবী লিরাহনও নঙনা কেগে মপুংয়ায়দা পাউ-দোইনরুবগী রাকমা থৌজেন নাইরে হায়না রাওইদবু থংবি লিরা হন্না পাথৌ-ও ঐদি কেগে ইপুংয়ায়দা পাউদোইনরুদে পাথৌ নঙনহুম মুংবান নয়ুমনাক ফান্তেক নশাইকোন্দা পাউদোইনরুবগী ভারি ভাংথং নাইবা নরিঙৈনে হায়না রাহমলকপবু না তারবগী মুংবান ফান্তেক লৌঙাকপনা পাথৌ ও কোরৌ নোংনা চুমস্থনো হায়না কম্বী মৈগা-খু খোইজু ভোলোং ঈক্লরববু কেগে মোইরাং পাংবরমদ খাম্বী মৈথু

হুমজিনখিরে। অছু নোংগীবু লুৱাং খারং খোইমুচা মুংবান ফাম্ভেক লৌঙাকপা খাল্লে লৌঙাকরায় তৌরেল খোইজু পাল ও ভৌনা কৌএ হায়দবরা? তৌরেন খোইজুপানবু নাতৈনবা খোইমা নায়োমুংদা লাংকম কমশিন্না মুংবান কাকুপ চন্না ভাইখমভম্ববু চেংলৌ থিং- থিংলবগী নোংয়ায় খুমন নিংথৌ চীংখোঙ থোঙ্গাইবগী শমু মাঙদা থংনা থৌরৈ রাখরেক থরু অশৈবনা পামেন উতোনথক্তা তোংনা হুয়েন লানগাইভম্ববু নোংয়ায় খুমন নিংথৌ চীংখোঙ থোঙ্গাইবনা উনবী লৈনিংশিংন রাহংখিয়ে। হে থৌরৈ রাখরেক লানকাইবা-ও নোংয়ায় ইপা লাই অদোন ইপু লাই খুমন শাংমাবনা মুংবান মরান ওইগুনো হায়রবদি পামেন উতোনথক্কী থৌরৈ রাংখরেক নঙবু রায়রা ইত্তেন চানা কাপথগে হায়না রায়রা তেনরাইববদি পোনবী রাখরেক লান- গাই রাকপু মাল্লেম লৈদা তানা কাপথরে, নোংয়ায় খুমন নিংথৌনা উনবী লৈনিংশিংনা রাইরং সনা মনাশি শয়াং মতানশি, কোলোয় মথুজি সনা থোঙ্গাই খুবোম য়াইশি লোনবা শরেন য়েংলমগী পুম্নমবু চরৈ ফিকুমুংদা শানথুপখিয়ে। মুংবান মনিন নাইবনা ওকলেন লাং- গোই চনগুম থিংলৌ পঙ্গনভম্ববু নোংয়ায় খুমন নিংথৌনা মুংবান লাল্লোই মপুংফাবা নখোয়দি কদোভম্বনো? ঐদি মাকলৌরেম মুংবান ফাম্ভেক শোকনাইবনা নোংয়ায় রাইরং ইনাশি শয়াং ইতানশি শরেন য়েংলম শিবা পুম্নমাবু অহোং লৈরেন খৈনৌঙ হায়না লনখাইরম্বনে হায়না রাহম্নবদা মুংবান লাল্লোই তরেংমানা মুংবান ইনিংথৌগা নোংয়ায় খুমন নিংথৌগা উনবী পুকমান্নরবনরিঙেনে হায়না থাঙলেন মথুংশু তিমেন মমুংচঙবু চৈরংলৌএ। নোংয়ায় খুমন নিংথৌ চীংখোঙ থোঙ্গাইবদি ওকলেন লাংগোইমুংগীবু ল্যাইশেংলকএ হায়দবরা?

লীকলাই তারৌ পরেং কেন খুরোই খিংবা কোন হাওয়িন য়াংগোই ঈবু কৈনা শন্না লাইজা ঈরাল্লকলবদা ফাম্ভেক লাল্লোই তরেংমানা মুংবান মনিংথৌদা রাকংখিএ। নমান নোংয়ায় খুমন

নিংথৌদি উনবী পূকম'ম্মনা ৱাইরং মনাশি শায়াং মতানশিবু অহোং লৈয়েন থৈনৌও হায়বগীবু লন খাইরম্মে হায়না লাইশেংখিয়ে হায়না ৱাকৎপবু না তারবগী মুংবান য়াইবী কলহৌনীকনা ৱাহংখিএ। নোংয়ায় করম মরৌ লৌনা হৈনা লাইশেংখিবনো হায়না ৱাওইওমলবগী মুংবান পূমনা হৌনা হুয়েন লান্দারকপবু হাওয়ি-য়াংগোই ঈবু লাইজা ঈরান ওমদবগী মুংবান তকলৌশিদং শোম্না হলরাইখিয়ে।

নোংয়ায় থুমন নিংথৌ চীংখোঙ খোঙ্ ইবদি নোংয়ায় ফেন্দা লৈকোয়পূ'দ ৱায়থু লবদা অদোন লৈকোয়ফম্বনা থূমন ক'লা ৱাকোং-লাক্তা ফমনা ৱা হংখিএ। নোংয়ায় ইপাচা থুমন ইয়েম্নুশিংও মুংবান ফাস্তেক কূম্মে য়েংলা-ও হায়না পাওমেন ৱাগী লোল্লোই মপুং-মায়দা অহোং কূমৈ য়েংলুববু মুংবান মশা ওইনা ফাস্তেক মর'ন ওইগে হায়না শংলৌ থৌরাওওম্ববু ইমোম হাওরৈমা কোল্লোয় মম্নাথংগীবু লাইশেংলকএ। তয়ুমশিংও মুংবান লাল্লোই মপুংফাবনা য়াংলৌ লম-খাওমদা থিংলৌ পঞ্জনওম্বস্তুও নোংয়ায় ইপা লাই থুমন ইপু লাইনা লনকুবিরবগী ইতোম লাইশেংলকএ। তয়ুমশিংও নোংয়ায় ননিংথৌ ঐস্নুও ৱাম্নরা শাথোও কৌদা হুয়েন লাম্বোং নিন্দরিএ। অম্নম নোংয়ায় চাউবা পুং অদোন শাংবা য়াই আসবু ইদাইরেম অথৌ লিচা হেপ্পা থায়াও কোন্দাই লোন্‌বা পানবা কৈশকপা কৈরেন তেংথাবা অথম মীপোকপা অথৌ লাংগোনববু লেংনা ভিন্না য়াকাবা পুংনে, মুংবান মানা মীথাদা লুৱাং মানা করিগী থৌওইদরগবনো মুংবান থেংশে হায়না ৱাহংনরকলবদ। নোংয়ায় খাথাহৌ থুমন লাইথা পূমনা ভিম্না লাবা শয়েং পানবু ৷তং শমু খোওবু থীম্না কলা ৱাশক্নরে।

নোংয়ায় থুমন নিংথৌ চী়খে'ও খোঙ ইবনা তৌইগুম ইদাইরেম নোংয়ায় খোংগম্বা নওদি তাউজিং মেম্নম্ শাং হৈরাও তোম্বু হৈবু পোজেং লাইচম থম্না কেগে মোইরাং নিংথৌ উরা থুন্দাবা ওাংওোই পোংলেন হনবদা লমওক্রুও, নোং'য়'য় ওাইম্নুংশাংনে। মুংবান কাস্তেক

নামিন্নসে হায়না রাকৎলুও থৌশীখিএ। নিংথৌ ফাম্ভেক শোকনাইবনসুঙ ইদাইরেম কুরাংনাহা রাংম্নু মুপাম্বা নওদি লিকোল য়াইশংপুনা কেগে লৈমাবা ঙাংঙোই পোংলেনহনববু হুয়েন লাম্নেকলুও, নোংয়ার থেংমন্নসে অদোন ঙামন্নসে হায়না থৌশীরকপদা মুংবান লমনা নকপনিগীনা কুরাং মাহা রাংম্নু মুপাম্বনা কেগে লৈকোয়কম্বা ইরাং পুরিকলাই সনা মখোঙ খাদা নোংয়ায় থেংমন্নসে হায়না হুয়েন লাম্নেকরাবু হান্না লিকোল শায়া কৎনা পুক্রমলরে। নোংয়ায় থোংখম্ববু হৈয়ি হৈজাং কৎনা নয়ু নিংথৌ কেগে পোংলেন হনবা সনা মখোঙ খাদা মুংবান ঙামিন্না ফাম্ভেক থেংমন্নসে হায়না লালনেক রাবু মানবী থু তপ্না মূকমু লৈতোন কোন চা'ঙ্গৌ চেপনা লোম্না রাকৎলরে হায়দবরা? খোইয়ম নোংদম্বা মথৌথাবু ওন্তোকলে। অশাইথৈগী ফাম্ভেক শোকনাইবনা মমান নোংয়ায় খুমন নিংথৌবু অহোং লৈরেন থৈনগে হায়না শংলৌ থৌরাংরাগীবু খোইয়ম লাইনা য়াদবগী কেগে লৈমাবা ঙাংঙোই পোংলেন হনবগী ইরাং মপারি নাউরা অথুবা য়ান্না লোন খঙদরিবশিংনা পোঙেং পোমিৎথোক হৈরাঙ পোম্মাই হাংনা হৈরি মমায় শোই হৈজাং মমায়লেন ভাউজিং শু'দাই থায়না চারবগী মপন কেগে মোইরাং লৈমা চিনকু লোইনাই সনাবীনা পাওমেল্লকএ। ইশাবি কেগে লৈমাবা ঙাংঙোই পোংলেন হনবা-ও ইরাং নপারি নাউরা অথুবনা হৈরাঙ ফামনা তংলে। লিকোল শায়ারম্বু ইনগুনো হৈোয় হৈজাং লম্বু ইনথিও হায়না পাওমেন খোনগী মুংবান লাম্নেক হাল্লববু নমদা হুন্না নোংয়ায় খুমন লমদা য়াওখিএ। অতু নোংগী মোংয়ায় থোনগম্বা চিরোন হৈ কুরাং নাহা রাংম্নু মুপাম্বা নানম্ হৈও ভৌনা কৌএ হায়দবরা? নয়ু নিংথৌ কেগে লৈমাবা ঙাংঙোই পোংলেন হনবা উরা থুন্দাবদি হাওরৈ নো'চুপলা পাংবরম হুয়েন লান্দারকলে। নোংয়ায় খুমন নিংথৌ অদোন চীংখোঙ থোজাইবন্সুঙ হুয়েন লান হৌরকলে। কেগে লৈমাবগা নোংয়ায় খুমন নিংথৌগা নিংথৌ অনীমদি হুয়েন লাল্লম অনী ওইনা লমলেন মদাইমা নাপুং পারৌ থোংজাউ,

থোংজাক্ত লাইরোকলেন লোল্লোই য়ুম্মাথেংবু নাতেননা খুল্লোই হাওরা লমলাংদোংদা হুয়েন লান তারকলে। চুংলেপ হুম্ফু চোং কাওরেন শনথাং তরা লান তিমেল হুংশোনলৈ, খংলং লৈতং লেংনা পল্লেং-লবদি কাস্তেক য়াগা চাইরে, মুংবান মপুং তাকলে।

## নৈনবা শরুক

চীংখোঙ থোঙ্গাইবা—খুমন নিংথৌ থোঙলৈরোমগী মচা নিপানি; খুমন নিংথৌ ওইখি। খুমন নিংথৌ চীংখোঙ থোঙ্গাইবগী মচনুপী হাওরৈমা কাবীবু লৌবা লম্মাংদোংদা পাল্লম্বা নিংথৌ কাস্তেক শোক-নাইবনা মাগী মমদ, লম্মাংদোংদা কূমৈ য়েংলো লাউ হায়না কৌরগা মকু নিংথৌ চীংখোঙ থোঙ্গাইববু হাংকদবগী থৌরাঙ তৌবা অচু মচানুপী হাওরৈমানা খঙলদনা ফৌশু-ঈশৈ শকুনা খঙহল্লকপদগী মহাক্না লম্মাংদোংদা অমুক পম্ববা তৌদনা ময়ুম য়ৌনবা লাকলগা মোইরাং নিংথৌগা লোয়ননা লম্মাংদোংদা লান্দাহনা মঙ্গাকনিপা কাস্তেক শোকনাইববু মায়থীবা পীখি। চীংখোঙ থোঙ্গাইবনা চীংয়াই ভাসু চমু পামহনা নিংথৌ সরারোংগা পুরাণখুনৌশিবগা থোংহনগা থোং-য়াইগা লাইবগা মচানিপা মঙা পোকলম্মী।

উরা খুন্দাবা— মোইরাং নিংথৌনি। খুমন নিংথৌ চীংখোঙ থোঙ্গাইবনা লম্মাংদোংদা পানবা মঙ্গাক নিপা কাস্তেক শোকনাইবগী মথক্তা লান্দামিন্নসি হায়না লান নেক্কুনা খুমনগা মোইরাংগা অনীনা পুন্না লান্দাহনা কাস্তেক শোকনাইববু মায়থীবা পীখি। লোকখা হাও-খানা মোইরাংদা চংনিং পরেং মরি মরি লোই হাই অহুগা খুমন্দদি অচোনবা চংনিং পরেং মঙা মঙা লোই হাই। মোইরাং নিংথৌনা মথোয়দা ৱাংনা পীবা কারিগীনো হায়বদগী লোকখা হাওখানা খুমন্দসু মোইরাংদসু লোই হাররোই হায়দুনা লোইপোৎ পীরবদা খুমন নিংথৌ চীংখোঙ থোঙ্গাইবগা মোইরাং নিংথৌ উরা ভাংভোইবগা (খুন্দাবগা)

অনীনা হি ভোংহুনা পুন্না লান্দামিন্নহুনা লোকখা হাওখাগী নিংথৌ কাহুনা চংনিং লোই হাহনখি।

মোইরাংথেম, রায়েনবম, থাংজম, কত্রম্বম, মোইরাংথেম ঙাঙ্খরুং-বম, য়ুমনাকশিং অসি উরা খুন্দাবগী ঈনি।

**য়াহৈগী অর্থ:—**

লমলেন মদাইদা—লমদম। মমান মচা—মথংলেন। শীংবি—শীং। লুরোই থোংনা—কোক্তা পুহুনা খুরোই—ওয়নামদগী নিংথৌ-খোং কাওবদা লৈবা লম। লমলাংদোং—বিষ্ণুপুর, লম্মাংদোং। লুং-বান—লুরাং। হোওনেমঙৈদা—কুম তৌঙৈদা। ইমান—ইকু। ইপুথ্রায়দা—ইয়মদা। শানথওদবগী—থওদবগী। মায়থওঙমএ—মায়োক থারম্মে। মমান—মকু। মযোম—মচাহুপী। খরোইরোন—খুমন চমু। শূকলেন খাওতপ পায়না—শূক ময়ায় চবুক্তা পায়হুনা। খূবাক তিল্লাইমেন—খুবাক্তা মতিন থাক্নুনা। শূম্বন তেরানশৈ—কৌও ঈশৈ। হাওশি ঙমগাচিংনা—লুচিংহুনা। মরান ওন্দেখিরবদা—ময়ুংদা হন-থ্রবদা। ইশাইকোন্দমু—ইরমদমু। রাওইরকপা—শাউরকপা। চেং-লৌ মিংথিংলবগী—উরবগী। খুমন শাৎমাবা—খুমন পোকপা। রায়রা ইতেনচানা—এগী তেন্না। শয়াং মতানশি—মপাম্বোমদা শিবা তাল। তকলৌ শিদং শোন্না—তকশি শোন্দুনা। থেংশে—লান্দাশে। শয়েং পানবু তিং—মপাম্বোম তিংহুনা। কেগে—মোইরাং। ঙাংঙোই মোইরাং। লৈমাবা—নিংথৌ। ঙাঙোই পোংলেনহনবা—মোইরাং নিংথৌ। থেমন্নসে লান্দামিন্নসে। নাউরা অথুবা য়ারা লোন খওদরিবশিং—মরোন থোক্লুবা অঙাংশিং। মপুং তাকলে—লৈপাক কায়রে।

# কোম্মৌজম নোংকারোন

হয়া হে খোইয়ম লাইয়িংথৌ চীংঙু নোংথৌ সোরারেন অরাং পাখং য়োইরেনপা থংপা নোং নিংথৌ কোনথৈ অতাম্পা। শরাং অথাপ্পা, থংপা য়োইথংলেন শীকাপ লোংনা থাপা শীংতুম নীংকোয় য়েকপা, মাকমৈ লুরেন খনপা, নমু কমকম শীনপা, তাইপঙ অচং অশি লুংপা, শরুক লৌতম হুনপা, লালোই মীভাথোক শরেন মীগুং-লাংপু য়েনহৈপা, লাইপক খেলাই ইপা লাইয়িংথৌও! রাকমৈ নহিরম ইনঙমতে, তপ্পা সনা নঙৈথোলপপু শকঙমতে হায়না রারো-পিকুনো। তরম ইরাকুমনা চীংঙু নপা য়েং খোইয়ম নপা খল্লা লহান নোং হয়িঙৈকি হাওরোক মনিল নাই কোম্মৌ তানাতানা পাল্লমঙৈ কোরৌ হুইমু লৈমা মুচংবাম্পী শম্মোঙ রাখাইচেং খাইচেং অহনপনা পোকপী লাংহৈ কুমতোন লোম্পা হৈরিকুম লোংচুম্পীনা হৈরাঙতুকুম মচা-য়ান, তাউচীংতুকুম মরু পনঙৈতা খোইয়ম পাখং য়োইরেনপ্না লাউথরকএ। হে ইমান কোরৌ হুইমু লৈমা-ও হৌচিক-লঙনা নাকলু-কি য়াল্লিপা অসিপু অরাং কোরৌ নোংলৈমাপু ওই-নকে। হাওরোক শিহল্লোই কোম্মৌ নাহল্লোইএ, তরা চামাংকুনো, শংলৌ য়েনমাংকুনো হায়না খোমলেন মংলানচান্তা পাওমেল্লেএ। কোরৌ অহু মুমিত্তগী তরা চামাংতা শংলৌ য়েনমাংতন। লোইতাম থা তরা মুমিৎ শীং গুরপকি তাইপং মালং ফাওনা শানকোঙলপকি কোরৌ মুমিৎ তরুকনি গুতরিঙৈ খোইয়ম পাখং য়োইরেনপনা মালং ফেঞ্চি ওই, খমকোন নোংলৈ ওইনা লাউথরকএ।

হে ইমান কোরৌ হুইমু, লৈমা হাওরোক কোম্মৌ নোংপা থায়াল পাথুপ নোংলোন মনিন নাইপাশিং-ও! নমোম অসিপু পাংঙা য়েপসোইতা শংলৌ য়েনমাংহনকুনো, লৈকাই তেংফাং কেন, তুরেল খাম্বা লাম্না কাওচানপিকুনো। কোরৌ নোং লৈপাক্লা ইমু ফমলম

শীল শরুক লৈত্তম হুনপপু য়িপিঙা শীনমিন্নকে হায়না লাউথরকপপু হাওরোক কোম্বৌ পুন্নমক্তি চুমলেন নাপু য়ু'না না তারৌএ। কোরৌ হুইমু লৈমা মুংচেয়াম্পীনা খোইয়ম ময়াখংতকি মযোমপু তরা চামাংতা শংলৌ য়েনমাংতনা লাউয়োকখিএ। ইঙা লৌকুংতা ইঙেন লৌতাতা শংলৌ য়েলাংনতনা অচাউ লেপকারা শাংশু লেপ্তমলকএ। চৈরৈ লিক্তমকে মাল্লৌ লাক্তম কেল্লকৃলপতা কোরৌ কুমিৎমাতা চিনফু-রোন কোম্বৌশূনা লমলেন লোল্লোই লৌচীংথাং চীংথাং থংলা'মৈ লীকপুপী চীং, লো'রা তাউপী চীং মপন্না কুপিরম মতুনা কাপী লম খোইয়ম লাই পুন্স থ'পি চী'মাপা চীংয়া ওনতন য়েনশিল্লৌ, পোংচম লৌতি লৌনিংপাক পাখংশনম তেংয়াংলৌ নুবা চামলৌ লায়াংলৌ, খুয়েন কৈত'লৌ, তেকপী শাপৈ মুশোল লৌ, নোংচুপ কোংয়াং অথৌপা লাস্তা লৌ, হাওরা অমম্পাশাথুপ লৌ, হাওন্নু পালতোইন্নুনা উৎখা ফমনা হুন্না লৌ তিনহল হাথরৌ তিল্লাই নোংচেন লৌ অরাং থমলৈ তংপোক্তা য়েল্লাং থৌচৎপতা শংলৌ য়েনপুনফাতা খুৎতাক ঙাইরন ফংত'রিঙৈতা চীঙু নো'থৌ সোরারেন অরাং পাখং য়োই-রেনপানা কো'রৌ মখলমতা লাউথবকএ।

হে পেন্মা চিনফুরে'ন কোম্বৌশূ নঙপু পলেম পীপুকমুংকি খোইয়ম ঐনা যেংতৌ উরো৲ য়ু', পামেল উরাই হকপা নত্তপরা? য়েল্লাং করিক' থৌচৎপনে? নপন হাওরোক নতু কোম্বৌ ইমান কোরৌ হুইমু লৈমাতা হাযরু ও। হয়েং কোরৌ মঙানি শুপাতা হাওরাক নয়ুমনাক কোম্বৌ নশাইকোঙা তাল্লোয় মুয়িল্লকে হান্না লাউথরকলপতা চিনফুরোন কোম্বৌশূতি, চেংলৌ শক উতা পুমুং লেপ-খঙ ওমতরপকি উনপী পুকনীং ওকনা হুলরাইরকএ। ইপল হাও-রোক ইতু কোম্বৌ পলেম শম্বে'ঙ হুইমু লৈমা'ঙ, নমোম ঐনা পনম চখোকলুপতা কোরৌ অথাপ্পতা পাওমেল্লকএ। মোমজু নঙপু পলেম পীপুকমুংকি হৈনা নউ বল্লপনে। কোরৌ মুমিৎ মঙানি শুপাতা হাওয়োক নরানয়ায়তা তাল্লোয় মুয়িল্লকে হায়রমএ। অমুম

পাউত্তাকলপতা হাওরোক পুমনা হুপ কোম্থৌ পাকনা তাইনা মরান লানকা শেম মালেম লৈমায় ৈত, চামলো লাকা থা চৈরৈ ফিভৌ খম্না ভাইখমলে।

চৌংভু থংপা নোং নিংথৌতি লাংকোই কোক অনী লোঙপা শায়া মরি পানপপু খোংভওইনা কোরৌ কুপতুম কুপ ৱাংপন ল তুম লংনা মালেম লৈতারকলে। হাওরোক কংলৈ মশূমাঙতা পানপা হৈ, হৈবাঙ মউতাতি চায়াই চক্ষেন মানপা, তাউচীং মনাভাতি তাউপা হুইরৈ মানপা, হৈরাঙ লোংচুম্পা তাউচৌং য়েনয়েপকি পামেন শাপীপু থেমশাথক্তা ৱাইথুংলরে। থংপা নোংনিংথৌনা মশানৌ চিনফুরোনপু নীংনা নীংনা কুমলকএ। অতু নোংকিপু হৈনীং লোংচুম্পা ভৌনা কৌএ। হাওরোক মনিন নাইপনা খোইয়ম মখোঙখাতা পুরম্নরে। খোইয়ম লাইয়িংথৌনা চরৈ ফিশঙমুংতা চঙনা লুহোং লৈকোই লোইরপতা খোইয়ম লাইযিংথৌনা হাওরোক শেল্লেঙাই, কোম্থৌ পাচরৈঙাই পুমনমা ও! চাংভু ইরনকুতি হাওরোক শিকনো কোম্থৌ নাকুনো, কাওরেন শনয়াম লোই তয়ম নাই শীনা বৈরেন হাপচাথন· শোয়খেঙ ঙা চঙপা শারেন শায়াম ফাপপু লন কুপীকে। চৌংভু তাউপা ২হুইচাপু ইহন পাউহন্না-ও হায়না লন কুপীরম্মে। অৱাং পাখং যেংইবেনপতি মশানৌকা ঙাইরোয়ননা কোরৌ নোং কাখিরে হায়ভপরা?

চাংভু মরনকুকি হাওরোক শিতবে কোম্থৌ নাতরে। মুংঙাই য়াইপী ময়াং কায়না পল্লে হায়তংরা? খোইয়ম লেংনা তিনপা-লক্তা চিনফুরোন কোম্থৌশুতি বভৌনকপা! ৱাংপন লৈমা নাহুইশু কোরৌ লৈমা ও ভৌনা কৌএ হায়তংরা?

কোরৌ নুমিৎমাতা হাওরোক পুমনা হুপ কোম্থৌ পাকনা তাইনা লমলেন ৱাত্রই খাতা য়াওরৌ শা তাল্লুপতা চৌভু মরনকুকি কোরৌ থৌশী হুই, ৱাংপন পাউহন হুইপু তাচা লিল্লাথি নোংকোন শেরন

মৈনা ঙম্পল্লপকি থরৈ কূমলে লেমলৈ ভারে। হাওরোক কোম্হৌ পুন্নমান। হাওশি মংথিন তম খুন্নুং পাউত্তাক তমমা রাংলেন পু'চাউ য়ৈ তরেৎ শেনফাং য়ৈ মীকপ তম মীরাং তম্পপু রাংপন লৈমা নাহুইনা মিৎয়েং শানকৈরপকি খোইয়ম ইশাপি-ও। লহান নোংগত হাওরোক শিহল্লোই কোম্হৌ নাহল্লোই চঙপরা নঙপরা ? হৌচিং হাওশি মংথিল্লে খুন্নুং পাউত্তাকলে। ইন্ন কনা কেম্পা ইতু কনা মনপা-ও মিৎয়েং শানকৈরকে হায়রপতা খোইয়ম লাইরিংথোনা শানৌ চিনফুরোন-ও নপন কেমতে নতু মস্তে। হাওরোক তাউপা মহুৎচাপু তাংচা লেল্লা।থনা ঙম্পল্লে। অতুকি হাওশি মংথিনপনে হায়খিএ। রাংপন লৈমা নাহুইহুনা তাউপা মহুইচাকি তমক্তি রাংলেন পুংহৌরোই। নশানৌ ঐতি হপন কনা কেম্পা ইতু কনা মনপনো মিৎয়েং শানখৈরকে হায়রপতা খোইয়ম লাইরিংথোনা শানৌ-ও। চীংঙু ঐনা নপন কেমলো হায়তরিয়ে। শানৌ নঙতি ইপারি খোরিং-ফাপপু তরা চাপুক শায়না নাউহম্পীনে চৎফরোই হায়পতা তৌই-কিতি শাপি—ও মালেম লৈতারোইএ। কোরৌ মথনমাতা পাউ-হংলুকে হায়না পুরুমচরপতা শানৌ ও চীঙু ঐতি মিৎয়েং তাং চুম্পা নাকোং নাচুম্পনে, তরা চামাংতা রাংলৈ যুমাংলকুনো হায়খিএ।

চিনফুরোন নাহুইহুতি মপন কূমলকলে মতু তারকলে। কোরৌ মথনমাতা হে পলেম ইমা হুইমু লেমা-ও হপন কনা কেম্পা ইতু কনা মনপা-ও পাউহংপপু হে হমোম হপেম্মা নপন কেমতে নতু মস্তে। নশাপি চীংঙু নোংথো সোরারেমনা লনকু হই, কোরৌ খোশী হই, রাংপন পাউহন হহপু তাংচা শিন্নাখিনা ঙম্পল্লে অতুকি হাওশি মংথিন তম্পনে। ইমোম নঙপু চেংলো কুইনা উতরে। নতু-রোহনাই কোমা শাৎপা নহুইরোন কোমা ফুয়পীশিংনা চেংলো শক উরৌওনো। ইমোম নঙপু মালেম লৈতারম ও হায়না পাউথেম্পপু মমোম নাহুইহুনা হে পলেম ইমা-ও। চীংঙু মিৎয়েং তাংচুম্পনা তরা চাকমাংকুনো রাংলৈ যুমাংকুনো মালেম লৈতাকনো হায়রকএ

হায়না ৱাকনপপু মতু লাকলৌশিল মন্নিং খোঙকাং লেংবী পুম্নমানা কংলৈ মশূমাংডা শম্ু খোঙপু থাম্না মীকপ্পপাক হুংশ মতৌ য়েংনা মালেম লৈত্তারকলে। পলেম মমানা কৈরা তান্তা পম থচাই লে লোই চুপনা য়োহচামরে। ইমোম নঙপু নাউরা খোয়রেনকমতা নপন ইখোয়াক তরা চামায়েঃর্মচিংনা হাঙতৈ অথুম্পপু তাংখও হায়রপতা মমোমনা হায়কনো। লাহয়িংথো য়োইরেনপা মপারি সনাহনপু তরা চাপূম শায়না নাউহর্মালিএ। খোইয়ম মিৎয়েং ভাংচুম্পপু শোঙকিয়ে হায়রপতা ইমোম-ও তৌরাং ককচা থন চরৈ ফিরোন ভরেৎ কোয়রে। খোইয়ম মিৎয়েং ভাংচুম্পনা উররোই হায়না পুশিনখিয়ে। চামলৌ লাথূপ শানা ৱাংলৈ চেপনা হৈপতা খোইয়ম নামুংপনা তিমাং হাইশংনপনা তৌরাং ফক্তা কাওনা চামলৌ লাথুপম্নংতা তাররে। মাঙলে মাঙলে ইপনখোয় ইশাইতৈনা হায়চপাতি থোকলরে। হাও-রোক শিরতৈ কোস্থৌ নারতৈনে। নখোম ঐস্থু খোইয়ম লাইয়িংথোকা ইনখোংলিকুন শোয়নতৈনে হায়না ৱাওইখিএ। চিনকুরোন নাহুইহুতি চরৈ ময়িনাফপু হাইন. হুমনা কাখিরে। কোরৌ মথনমাতা য়াইপী মমুং থৌনা ইপন কেমলো ইতু মল্লো হায়না কোল্লোয় মথূৎতোপপু থেম্বরমএ। তাংচা লিল্লাথি নোংকোন্ শেরনমৈপু শানওনখিয়ে। কোরৌ নোংলৈমাতে লাহায়িংথো সোরারেননা কোরৌ নোংখোঙ থিংনা লৎনরে।

চৌংঙু মপারি পলেম পীনাহতা পানপা কৈথোম থকনা নাউ-নৌপাতে পল্লেম পীবাংশিনপী ৱাংপন উত্তরপকি চৌংলেন নোংলাউথী-কুম মীকপলে। খোইয়ম লাহায়িংথোনা পারি সনাহন-ও পল্লেম নমাতে তরা চামাংপী ৱাংলৈ য়ুমাংপীনে হায়না চরৈ নাহোং শা শমু নমতা পোনা হয়া নে নে পাউথেম্পপু চৈরৎতে। কোরৌ হুমিৎমাতি থংচৌং লাইমরুনা চোয়নৌ সনা থেংকু শাপপু শমূ খুত্তা শূনা পাউ-থেম্পপু কোরৌ থাক্তুম থাকলে। কোরৌ হুমিৎমাতি চৌংঙু হংকোই লিংথৌ কৌপরু অচিপনা সনাকি শামু শাপপু শমু মাঙতা চিংন্না

পাউথেম্পপু হোয় য়াতরপকি কোরো ভুমিৎমাত্তি খোইয়ম কৌপয়েন অহনপনা সনাকি য়েনপা শাপপু শমু খুস্তা শূনা লাইয়িংথো সোরারেনকি মপাগ্নি খোইয়ম খোরিকাপা-ও চীংলেন নোংলাউথীকুম্পপু চৈরৎও পাউথেম্পপু হোয় য়াত্তে। কোরো ভুমিৎমাত্তি লংমাই নিংথো কাইনো চীংশোম্পনা শীংলেন লৈশং তোন্নোওপপু শমু খুত্তা শূনা পাওথেম্পপু শীংলেন মশক য়েং লৈরাং খূৎনা য়ায়না খেকনা নোকলে। অত্তু নোংকিপু লৈশং খেকরায়পা তৌনা কৌএ।

অসি তুংতা নোংপোক হুমওইপনা নোংথো সোরারেন-ও চিনফুরোন নাহুইহুসিপু তরা চামাংতা য়াংলৈ য়ুমাংতপীনে হায়না পাউমেন খোনকি নোংথো সোরারেন্না চীংগু মথাৎংকি কোরো তেসিন্না য়াংপন হনচিন্নকে হায়পকি লাইচা ঈরিক লাইশেং থোইপা লৈহুং পায়োৎশুপা মরি হুন্নাই চাইনোৎকতনা চাউপা মতোম শেংপা ঈতা শ'ন্থেংলপকা চরৈ কিণ্ডো হোংনা খোইয়ম লেংনতিনপালক্তা কোরো খাচিকনা য়াংপন খাপাংননা য়ায়েনমন্নরে হায়তপরা ?

## লৈনবা শরূক

য়াংপন লৈমা নাহুইহু—কোন্থোজম লাইরেম্মা।

হাওরোক—খয়োম্না মণ্ডাং নিংথো চহু পান্নহুনা পোকপা মচা।

কোন্থো—হাওরোকনা মণ্ডাং নিংথো চহু পান্নহুনা পোকপা মচা নিপা।

থায়াল—লেম্বানা মণ্ডাং নিংথো চহু লৌহুনা পোকপা মচানিপা।

পাথুপ—হুইমু লৈমগী মচা লোকপনা মণ্ডাং নিংথো চহু পান্নহুনা পোকপা মচা।

নোংলোন—পাথুপনা মণ্ডাং নিংথো চহু পান্নহুনা পোকপা মচা।

**য়াহৈগী অর্থ :—**

চীংগু নোংথো সোয়ারেন—লাইনিংথো সোরারেন। কোনথৈ

অতাম্পা—লম অরাপ্পা। শীংতুম নীংকোয় য়েবপা—নোংদম্বা। তাইপং অচগু অসি লুংপা— পোকপা অংসুং শিবা নোংদমলিবা। শরুক লৌতম হুনপা—শরুক য়েনবিবা, শরুক থুংবা। মীঙাথোক—মীরা মীশা তাবা। খেলাই—লাইবক। লাইপক খেলাই ইপা—মীগী মরাইবক অক ফত্তু ইবা। রাকয়ে—ছি। 'তয়ম ইরাকমনা—মনাই লাইরিক ইবা এৈনা। লহান নোং হয়িগৈংকি— থায়না মমা-গৈগী, অচুগৈগী। হাওরোক মমিন নাই কোম্মৌ তানা তানা পাল্লমগৈ— হাওয়োক কোম্মৌনা য়ামনা মুংঙাই য়াইকনা পাল্লিগৈদা। লোংচুম্পী—মরোং চুম্না পানবী। হৈরাঙতুকুম মচা য়ান তাউচীংতুকুম মরু পন-গৈতা— নাউপুরবদা, গর্ভ লৈরবদা, মীরোল্লবদা। খোইয়ম পাখং য়োইরেনপনা—সোরারেমনা। ইমান—ইকু, ইনেম (মকম অসিদদি ইনেম)। নাকলু ফি য়াল্লিপা অসিপু— মীরোল্লিবা অসিবু, গর্ভ পুরিবা অসিবু। অরাং কোরৌ নোংলৈমাপু ওইনকে—সোরারেনগী তাল্লোয়(মতু) ওইনগে। তরা চামাংকুনো শংলৌ য়েনমাংকুনো—চৌল্লাক অমাং অশোয় চাগনু। খোমলেম মঙলানচাম্বা পাওমেল্লৈএ—তুমলিগৈদা মঙদা তাকলৈ। কোরৌ অতু হুমিত্তকি—হুমিং অচুদগী হোচুনা। লোইতাম—থা। শীং—হুমিং। হুমিংশীং শুরপকি—হুমিং মশীং শুরবগী। তাইপং মালং ফাওনা শানকৌঙলপকি—তাইপংপান্দা ফাওরকলবগী, মী ওইনা পোক্লকুবগী। খোইয়ম পাখং য়োইরেনপনা—লাইম্লিংথৌ সোরারেননা। মালং কেঞ্চি ওই— হুংশীং নোংহুম ওইনা। খমকোন—নোংলৈ। শরুক লৈতম হুনপপু— শরুক য়েন-বিবপু। য়িপিঙ্গা—এৈখোয় অনী। চুমলেন নাপু য়ুংনা না তারৌএ—য়ামনা মুম্না তাহৌএ। মমোমপু—মচানুপীবু। নাউয়োকথিএ—য়োকথিএ। অচাউ লেপফারা শাংসু লেপতমলকএ—মপুং মরৈ কানা চাউরকলে। চামলৌ—লা। তেকপী—ওক। চিনফুরোন কোম্মৌ শু—কোম্মৌজম নিংঙোল। নতু—নবুং, নৌপা,। পনম—চখোকপা,

কোয়থোকপা। নরানয়ায়—নয়ুম। মরান—মমুম। লাংকোই—শগোল। খোঙওইনা—তোংহুনা। কংলৈ—শুমাং। চৈংর—কি। ঙাইথমলে - ঙাইহুনা লৈরে। তাউপা - হুই। লোংচুম্পা—মরোং চুম্বা। ঙাইরোয়ননা—লোয়ননা। য়াং তাংচা লিল্লাথি - লিন। থরৈ কূমলে লেমলৈ তারে—শিরে। য়াংলেন—পুং। মিংয়েং শ্যানকৈরপা—উরবা। পুক্কমচরপতা—খুক্কমজরবদা। য়াংলৈ - য়ু। চেংলৌ—শক। শাংপা—পোকপা। নহুইরোন্—মমৌ। ফুরপী—পোকপী।

---

# শেনবা মিমাবা

## (খুমন কংলৈরোল্লগী)

নোংয়ায় চারোন য়াম অদোন শুরোন মনিন নাইনা পাল্লিভৈদা হুংবান হোঙনেম লুয়াং নিংথৌ পুল্লিবা তাল্লোয় মরুপী থয়োয়রোন ঙাহু থুম্বীনা মপারি শেনবা মিমাববু শাংনরবদা তাল্লোয় কেংনা রা লুমলেন থম্বন য়াগী হুংবান ময়িমনাকপু নমদা হুন্না মপারি শেনবা মিমাববু শমু নমদা পোনা মপাম নোংয়ায় চাউবা পুংবু ইন্দাল্লকপদা হুংবান শেনবা মিমাবদি মপুম নোংয়ায় চাকনা লৌয়ায় হুইক্রকুম মপোপ চাউ শাবন তিংকোইকুম মনা লেকনা পাথং উয়াংমৈ লেপ্তুম চোংনা অচাউ লেপকায়া শাংসু লমঙমলবদা লাবা খুমনবু য়াংদৌ শারম লীনা য়াওরৌ শা তানথিববু হুংবান মপা লম লুয়াং মপু লম, মকোই নোংলোন পাই, লেম্পা থায়ান লম মৈভেংঙ, লোইনাই থরান থাবা খোকলাং তাখোয় পুং তিমেন তাচুম পুংবু নাতৈননা য়াওরৌ শা নাতৈ চীয়েন তোম্পোকপবু য়াওরৌ শা তুরবদা পম্মৌ মপা শাংমাবা হোঙনেম লুয়াং নিংথৌ পুল্লিবনা মপারি শেনবা মিমাববু চেংলৌ শক থঙদরবগী হে ইনোংয়ায়-ও য়াওরৌ চীয়েন তোম্পোকপা

শারেন নওনা ফাবা অসিবু মুংবান অয়িমনাক্তা লাকা থোঙ্গা য়ান পামিং পুমিং থান। মুংবান কোৎচঙনগে হায়না পাওমেনঙম্ববু মুংবান শেনবা মিমাবনা হোয়দ। ইয়ু হমু ময়াইকাবা-ও ঐদি য়াওরো চীরেন তোম্পোকপা অসিগী শায়েন মতীক খঙদে. পল্লেম ইমা পোকমাবীদা অচেন খংদৈ য়াঙনা পাউ হংলুথিগে হায়না পাওংল্লবদা মুংবান শেনবা মিমাবনা পল্লেম মমা খয়োয়রোন ঙান্নথুম্বীদা পাওমেল্লুইএ। পল্লেম ইমা পোকমাবী ও। নপারি ঐনা য়াওরো শা তাল্লুববু মুংবান মিয়িমনাক লুরাং মশাইকোন, মকোই নোংলোনপাই লমদেং লমলাং লমদা য়াওরো শঙাই. শঙাই-চীরেন তোম্পোকপবু য়াওরো শা তুরবগী মুংবান হমু ময়াই কারবা অমনা থৌহু নুংপাকথক্তা ফমনা লম য়েংঙাম্বদা শারেন ঐনা ফাবা শা অসিবু মুংবান শায়াইকোৎ চঙনগে য়াওরো মমল পাগে হায়না পাউথেম্মে। শারেন মতীক খঙদবগী পল্লেম নঙবু ইন্দাল্লকপনে হংয়থরবদা পল্লেম মমা পোকমাবীনা পারি শেনবা মিমাবা ও শঙাই চীরেন তোম্পোকপনে হায়রবদি খোয়মা নারোন মুংগী শারেন মঙাইরোইদা লেংতন্দবা য়াওরো মহীশাংবু শামান্নদবনে। পারি নঙবু মুংবান নপা লাইনা লনকুবিবানরিঙৈনে। অসাইঙৈগী থৌহু নুংপাকথক্তা ফমনা মুংবান লময়েংঙাম্বা অহুদি পম্মৌ নপা শাৎমাবা হোঙনেম লুরাংনিংথৌ পুম্নিবনে। য়াওরো নঙনা ফাবা অহুগী শারেন মতীক ওইবদি নবেন য়ুমোইমু অহেংঙবী ফু গা মৈনীং ফমনা য়াংগোই-রিবী হমু মিংথৈ পরোঙশুমনা লাইরেন হৈমুম শারবী কপলাক হিকৌ-শানা শমু খোঙথাং খঙদরিবী মিংয়েং উয়োন থীরবী অহুবু খোইমোম হী ওইরবী চীংঙু য়াই ওইরবীনে। অহুবু শারেন মতীক ওইএ হায়না ৱাহমলকএ। মুংবান শেনবা মিমাবদি অচেন লোকলৈ হৌনা মুংবান পুম্নিবদা পাওমেনখিয়ে। য়াওরো ঐগী মতীকনা শারেন মপানবদি নুংথাম নয়িমনাক্তা ফুংগা মৈনীং ফমনা য়াংগোইরিবী হমু মাল্লেকাবী অহুবু শারেন মমল ওইনা পীয়ো হায়জবদা তোঙনেম লুরাং নিংথৌদি তাংজা মরু লুকনা পায়না উনকোয়মুংদা মতোম নীংখনখিয়ে। নাউন্না

অথুবা অসিবু ইপারি শেনবা মিমাবা তা-আনে। পল্লেম মমা খয়োম্বরোন ঙাম্নথুম্বী থৌতিকখোনবুনরিঙেনে। মাই মৈচীন ওনকরোইএ হায়না পারি শেনবা মিমাবা-ও নয়ু হন্নু ময়াই ফারবা অসিবু চীল্লেঙ অথীবা মাঙথানা য়থং অকায়ববু মাঙয়িন্নদনা থৌজান মায়ওকননা নপুম নোংয়ায় চাউবা পুংদা য়াংকোইমন্নরুও হায়না লনকুবীঙমলবগী মুংবান শেনবা মিমাবাদ মো য়াই খুমন নিথৌ অদোন পুন্সিবদা মবেন য়ুমোইন্নুগা রাইথুংলরে। য়োয়বু খোইমোম লাইরেম্মা য়ুমোইন্ন অহোঙবীবু নোংয়ায় মপুংয়ায়দা য়াংগোইমন্নরবগী অদোন লৌক্চাউপোকলে শী চাকোনখিল্লে। অহোঙ তানফংলবগী কৈনা রাংতৈ হাঙদ মানবী লাঁঙৎতনা য়ুরেন চাহোঙনরৌয়ে। য়োয়বু খোইমোম লাইরেম্মা য়ুমোইন্ন অহোঙবীনা শেনবা মিমানবু নোংয়ায় থুমন নিংথৌ পুন্সিয়ুমোইবদি মশানৌ নোংয়ায় খুমন লৈমা পিয়াইরোক্কা মপারি য়োইথোংঙাইগা ঙাহরোয়ননা লোইবী লৈয়ান মপুংয়ায়দা থৈনা য়াংগোইখিরে। খয়োয়যোন ঙাক্তথুম্বীগী মপারি শেনব মিমাবনা খুমন 'ন থৌ ওইরে হ য়দংরা ?

## নৈনবা শরুক

খুমন কংলৈরোন কৌব লাইরিক আস শকাব্দ ১৬৭১ (খৃঃ ১৭৫০) ফাইরেন কৃষ্ণা দ্বিতীয়া য়ুমশকৈশা মুমিৎ "খেল্লেন শগোনশেম্মা রাংলেন পূজা লেপালতৈ স্বাতী কাইনৌ থরানপিচাকনা তোংলেন মঙান নাইনা মাহ স পু চা ঋথুম্বদা" হৈবা হৌথিবা লাইরিক'ন। গরিবানরাজ মহা-রাজগী মচা ইবুংঙো চিংশাই মহারাজগী মনাও হৈবেম্ম, হাওবম চন্নু মহারাণী দময়ন্তী নো পোকরায়রং চেখোম্বীগী মপাবুং হাওবম কৈবীরাম সিংহ মন্ত্রীদা মহারাজ গরিবনিরাজনা খুমনগী পারী পুরী মথংলীংনা লেংও হায়না সনায়াথং তাকপীরম্বা মতুংইন্না শীজমপা কৈবিরাম সিংহ মন্ত্রানা সৌকাইজাম্বা মুকুন্দরাম মায়নৌ ওরেৎ শেলুংহনবদা খুমন নিংথৌশিংগী রারী হৈশি হায়দুনা মখোয় অনী ওংমহুনা ইথিম্ম

লাইরিকনি। লাইরিক অসি ইবদা অশেৰা লোয়শঙগী কোনসবা মুরারি খুমন্থেম্বা বনমালী য়ারেপ্পা গঙ্গারাম মথোয় অহুমসু য়াওথি হাওবম রামচরণা কলম পায়দুনা ইথিবা লাইরিক'ন। হৌবদি চীংথোং লোইরৈ-তোন্দগী হৌনা ইশ্বরকপনা খুইগী ওরামরিশুবদা পাল্লম্বা নোংয়ায় খুমন নিংথৌ লময়ায় কাইখিনবনা মৈদিংঙু কো য়াম্বগী সনা হাক্তকা (খৃঃ ১৩১৪-১৩৩০) ইম্ফাল কংলৈদা কারক্তুনা লোখবা অহু ফাওবা হরি। নিংথৌরোনগী মরমদা ইবা অরিবা লাইরিক অতৈদগী মাসিনা তোপ—তোয়া অমদি খুমন নিংথৌশিং অমসুং খুমন লৈমাশিং অহুগী মামংশিং অহু কয়মনা কার ভৌবদগী থোনাখংনো হায়বা লাইরিক অসিদ. মরীক চুমনা ইার।

শেনবা মিমাবা হোংনেম লুরাংনিংথৌ পুজিবনা খুমন নিঙোন ওাহু-থুম্বী পায়দুনা শেনবা মিমাবা পোকলবা মতুংদা মথোয় অনী খাইনরদুনা ওায়থুম্বীনা মচানিপা শেনবা মীমাবা পোদুনা পুরকলগা মপাম খুমন্দা মচানিপাবু চাউনবা য়োকখি। য়ামনা অঙাং ওইনা মমাগী তুং ইন্দুনা লাকপা মরমনা মহাকনা মপা মশক খঙলমদে। মামা পাখং কারক-লবদা নোংমা মহাকনা শা তানবা লাকপদ. লুরাংগী লমদমদা হোঙনেম লুরাংনিংথৌ পুজিবগী ময়াম্বা পুদাংকোই খুৎকোইবনা ওনখিবা শঙাই চীরেন তোম্পোকপ. অহু মহাকনা হাৎলুরে। লুরাংনিংথৌ পুজিংনা মাহু থেংনরদুনা নিপা মচা নহাকনা কারিবা শা অসিগী মমল কয়া লৌগনি শা অহু পীরম্মো হায়রবদা নহাকনা মহাক্তি মাহুগী মমল খঙদে মমাদা হ লুখিগে হ.য়দুনা খুমন তায়া লাক্তুনা মমাদা হংলুরবদা মমানা শা অহুগী মমন্দি লুরাংনিংথৌগী কুপ্প দা লৈবা মবেন ইমোইচু অহুনা মমল মতিক চায় মাহু পীয় হায়য় হাপ্পরক্তুনা মহাকনা মাবু পোকপা মপা লুরাংগুরু পুজিবদগী ইমোইচু তহে ভবী পুদুনা খুমন্দা চৎখি। ইমোইচু অহু কংলবা তুংদা মহাকনা খুমনগী নিংথৌ ওইখি, মাগী মামা খুমন নিংথৌ পুজিবনা লোইবী লৈয়াম্দা থৈদুনা লৈখি। য়ারী অসি খুমন ক'লৈরোম্দগীনি।

হোঙনেম লুরাংনিংথৌ পুন্সিবা—লুরাংগী নিংথৌ পোম্বী লুরাওবনা কৌক্রগী নিংথৌ কৌবা অঙাংঙাগী মচানুপী নামোইনু পান্নহনা পোকপনি। হোঙনেম লুরাং নিংথৌ পুন্সিবা অসি লুরাং মকুবী চৈংদা পামং থুন্দা লৈরমই। মহাকনা ১। ঈরেম নাউশংখু ২। তাইতল্লেমা মোইনু চনু ৩। য়ুশিললৈমা চৈংনুং ৪। হাওকু লৈমা লমদংনিংথৌ চনু ৫। ঙানু-রোন থোঙাইবা চনু ৬। হাওশিয়াং পুয়াংবা চনু ৭। ঙানুরোন খুয়াইচেনবী ৮। ঈরেম খোংলৈশাং অমস্নং ৯। খয়োয়রোন ঙানু থুম্বী মাপনমক পান্নখি। মহাক মতম অহুগী লাইরিক লাইশু মহৈ মশিং য়ামনা হৈবা পণ্ডিত অমনি। চাউরাকনা মহাক খৃষ্টগী তরেৎশুবা শতাব্দীগী তংখায় কাওবা লৈরমই। মণিপুরগী অরিবা লাইরিক কয়াদা থোইদোকনা পুন্সিরোনগী মরমদা নৈনবা লাইরিক কয়াদা মহ কী মমিং ইবা থেংনৈ। মৈতৈ নিংথৌ নাউথিংখোংনা নিংথৌ ওইত্রিবৈদা মাগীদা লৈহনা মহৈ মশিং তমখি।

খয়োয়রোন ঙানুথুম্বী—খুমন নিংথৌ পুন্সিবা য়ুমোইবগী মচন নুপীনি। মহাকনা হোঙনেম লুরাংনিংথৌ পুন্সিবদা ওংহনা শেনবা মিমাবা পোকখি। মাগী মচানিপা শেনবা মিমাবনা মাগী মামা পুন্সিবা য়ুমোইবগী মহুত্তা খুমনগী নিংথৌ ওইখি।

অদোন পুন্সিবা—খুমন নিংথৌ লাইকেংবনা কাইরৈমা পান্নহনা অদোন পুন্সিবা য়ুমোইবা পোকই। নিংথৌ অসি খৃষ্টগী তরেৎশুবা শতাব্দীদা খুমন্দা পাল্লম্মী। মৈতৈ নিংথৌ উরাখুঙাওবগী (খৃঃ ৫৬৮-৬৫৮) মচা নিপা য়ায়মা হোঙনেময়োয় খুঙাওনা মাগী মচানুপী খয়োয়-রোন কৈরুহাংবী লৌখি। মানা অহন ওইরকলবদা মচন নুপী ঙানুথুম্বীনা পোকপা লুংবান শেনবা মিমাবনা খুমনগী নিংথৌ ওইরবদা মানা মতু মচাগা লোয়ননা লোইবী লৈয়াম্দা থৈদুনা লৈখি।

## মাহৈগী অর্থ:—

নোংরায়—খুমন। অদোন—খুমন। লুংবান- লুরাং। ভাল্লোয় মরুম্বী—মতু। শাংনরবদা—মচা পোকনরবদা। শমু নমদা পোনা—

মনজন্দা পোঙ্না। ইন্দাল্লকপদা- লাকপদা। মপুম—মাগী মামা, মমাগী মপাম। হূইত্র—নাপী জাৎ অমা। তিংগোই—নাপী জাৎ অমা। অচ ` লেপফারা শাংসু লমঙমলবদা—চাউরকশাংলকলবদা। লাবা খুমনবু 'নখিবু—শা তানবা লাকপদা। য়াওরো শা নাঙৈ—শা তানবা লাকপদা। পঙ্হৌ শাৎমাবা—মাবু পোকপা মপা। ইনোংয়ায় —ইশূ নিপা। অচেন খংলৈ য়াঙনা—য়ামনা থুনা চেন্না চেন্না চঙ্নুনা। খয়োয়রোন—খুমন চন্নু। পোকমাবী—ইমা অপোকপী। লুংবান মশাইকোন —লুরংগী লমদম। হন্নু ময়াই কারবা—হন্নু কুরুক চল্লবা। শারেন— শা। য়ুমোইন্নু অহোঙবী—লাইরেন্মা অমা। ফুগা মৈনীং কুমনা য়াংগোইরিবী—ফুন্না লাইরুদা লৈবী। মিৎয়েং উয়োন খীরবী—মমিৎ নিংথিনা উত্রবী। অচেন লোকলৈ হৌনা—চেন্না চেন্না লাক্কনা। নয়িমনাক্তা- নযুমদা। হন্নু মাল্লৈ কাবী—য়ামনা হন্নুরবী। তাংজ'— কোক, লু। পায়মা উনকোয়ন্নু'দা—মপূক মন্নুংদা। মতোম নীংখনখিয়ে —মথন্দ খনখিয়ে। নাউরা অথুবা—অঙাং নিপামচা। থৌতিকখোন —য়াথং। থৌতিকখোনবুনরিঙৈনে- ইনশিল্লকপা ওইরিগনি। দৌরু চাউপোকলে—লুংঙাই য়াইকনা পাল্লে।

---

## থাঙয়ি তাউবুং খোং তৌবনা ঈরেম তোইবী লৈমগা হঞ্জিন্নবা ।

( চেংলৈরোল্লগী )

থাঙয়ি তাউবুং খোং তৌবনা ময়ুম থাঙতা পূমনা হৌ কম্বোং মরাঙ হৌনা লাংবন ইশা। তানগে হায়বগী মরোয় শোঙাই লাববু ঙাইরোইননা কৌবা মদাইমা লুরাং মখলমা খোঙদোঙ শনশেনবনা শনশেন লোক লোকলৈ পুলৈ লোক্তা রাকয়ে খোঙওইননা থুমু পালোই ননা চেংলৈ লুরাংম্নিদা লাংবন ইশা। তানববু য়াওরো শাশীং চামা শুনা ফা ওকলেন লাবা থারোনবস্থং পানবা অথৌবা কৈরেন য়েকলাবনচিংবা শাজন শঙাই তোকপা কাম্বা শযু লৈরাং হুওক পাইবং খুবিং খুবাই য়োংমু য়োংশেন শাফূ লাংহৈ খৈরোয়লুরাউবনচিংনা য়াওরো শায়াম ফারবদা য়াওরো থারোনববু শারেন ফাহাপননা মরান ওন্দেরক মচীং হনরাইরকলবদা থাঙয়ি তাউবুংখোংতৌবনা তয়ুমশিংও অরা পোথাখিসে রাংলো লমতনখিসে। নহান নোংগী তালোয় অপাম্বী ঈরেম তোইবী লৈমগী লাইজা মহিথেন্দা রাকয়ে হি থাংখিসে হায়না রাহমলবদা অরা পোংথোকলিঙৈদা থাঙয়ি চেংলৈপাম্বনা ইরোয় পোনবী শোঙাইরাবা নঙবু লাউ ও নয়াম্মা লৈমবু মপাম লুরাং লাইবু মোমম্ভু খুজিন চুশিল লাইবু লাইকাববু ইমান মরালয়ায়দহুম থাম্বী মৈলৌশানদি মিংয়েং শানখৈরুও চেংলো শফ উরুও হায়না থৌশীখিএ। মরোয় শোঙাই-রাবনা অচেম লোকলৈ হৌ লোকলৈ খুদোন হুম্না মিংয়েং শানখৈরুববু ঈরেম তোইবী লৈমদি মপন শঙশিং ফিশা শঙ শঙলেন অতেংবদা চরৈ ফি শাঙম্মে। পোনবী শোঙাইরাবনা মরো লৌনা হৈনা তাংজা মরৈতোমদি লাংবল খোইহী তৈঙমনা পাউ হংখিএ। হে মোমম্ভু চেংলো শকোয়থোংবু হেনবীও লৈম্থং পিশমম্ভুনা শেংলো মৈ, য়াইথোঙ পাথংবনা রাইরো মৈ, কাপুং লমওন মৈ, লাইপুং লমথাং মৈ, পুচেং কোকপা মৈ, লাংচেং খোয়মৈ, শীংকন নোংকাই মৈ, শহু তেকচাক মৈ,

লমফেন কামচাকমৈ, থাংচি উপী তরাম মৈবু লৈবরা হায়না পাউহংববু ( পাউহংলুবদা ) ময়াম্মা লৈমনা তাংজা মরু লূকনা পিরেম থকমা তানা মীকপথি, মালেম খোঙবী লৈথৈ য়েংনা মুংশিখিয়ে। নহান নোংগী ইরোয় শোঙাইলাবনে। মরান কদায়রম থৌচৎলুবগী খাম্বী মৈবু নিরবনো! ময়াম্মা নিংথৌ থাঙয়িবনা মোমমু ঐগী ইতৌ য়েংলুও হায়না থৌশীরকপানরিঙৈনে হায়না নীংথল্লবদা মুংবান লুরাংখুবা চমুনা পাউথুমখিএ। খাম্বী মৈ নিরবা নঙবু কনানো? চেংলৌ শক থঙদে হায়না পাউথুমলবদা য়াওরৌ শোঙাইরাবনা মরান থিংলৌ নীংনা তেরকলে। ময়াম্মা নিংথৌ থাঙয়িবদা রাহমখিএ। য়াম্মা তাম্মোঙ লৈমাবা লেমথোঙ মপু নিংথৌও। নরোয় ঐনা মিৎয়েং শানথৈরুবা চেংলৌ মিৎথিংলুববু নমানগী শঙদিং ফিশা শঙদা চৈরৈ ফি শাঙম্মে। মপাম লুরাং লাইবু লাইকোকলে। নাহান নারা মথুঙৈগীগুমনা নূরা মুহৌতোংগুমনা নোহৌরে। শেম্মোয় চীংশামা লংমাই লংবা চীংদা পানবা লৈ, কাইনৌ শমজি লৈ, শমজি তোমথেং লৈগুমনা নিঙথি-গুমদে রাহমলবগা ময়াম্মা থাঙয়ি নিংথৌবনা তয়ুম তাম্মোঙ মনিন নাইবণি'ও শা লেন অমরক তেশিন্না লৈরাং অমরক হজিল্লগে। নহান নোংগী তাম্রোয় অপ খানে তাংজা ঊকাইফরোই-এ। ইপারি পাংথং অহনবা নঙনচিংনা মুংবান মকুবী চীংদগী তাউজীং হৈঙাঙ হেকলুও হায়না থৌশীখিএ। পোনবী শোঙাইরাবা নঙদি নরান অমরক ওন্দেরুও নচেঙ অমরক হনরাইরুও। নয়াম্মা লৈমবু শমু খুংঙমথিনা পাউথেমলুও হায়না থৌশীথোকখিরবদা পোনবী শোঙাইলাবনা মোমমু চেংলৌ শকোয় হেনবী-ও অসাইঙৈদি ঐদি য়াম্মা লৈমবু নত্তবরা খচিকএ। য়াম্মা নিংথৌ থাঙয়িবদি অয়ুম থাঙভা পূমনা হূপ লেমথোঙ পাকনা তাইনা রাকয়ে খোঙওইনা থুমু পালোইননা নপাম মুংবান নরমথৈ অসিদা য়াউরৌ শা তানবদা পানবা অথৌবা কৈরেন য়েকলাবনা ওম্বলে। ইমু কীরাকশা ঊঙৌ পামক্ষেম্নরে। চেংলৌ মিৎকুপমরমদবু লৈরাই ·নকুণ লম হিন্দেন নতারমদা কুম্বিরক·ও হায়জরক·এ। লহান

নোংমী তাল্লোয় অপাম্বী লূমলেন হঞ্জবীনে। মোমন্থ তাল্লোম ইকন্থীবু চেংলৌ শক উরমগে কম্বোং ইপু য়ায়বু ইরান মোংবা য়ূমদাংশাংবু য়ৌদানা য়াংলৌ লম্মখাঙ অসিদা নোংমল্লগবরা খঙদে হায়জরকএ। অস্থমনা পাওমেল্লবদা ঈরেম তোইবী লৈমা লুরাং খুবা চম্থনা মথংলেন থাওয়িববু পানবা অথৌবনা ওম্বল্লবরা খজিকপবগী মোমন্থ থরায় মিরেন পাইনা পিরেম থক্সা তানা খোয়জি মুংয়া পায়না মুংশি খোয়বু ওয়া মীকপখিএ। ইরোয় শোঙাইলাবা-ও নয়াম্মা লৈমা ঐবুদি শূমায় মুংনাংফরোইএ। ইপন থরায় লৈপন থোঙবুদি হেন্না চৎফরোইএ হায়না ইপন লুরাংখুবনা চীনগোই খুখিবা য়াথং ইকাইববু থোকলগনে। নয়াম্মা নিংথৌবু কোরৌ নোংগাখি চীংঙু পন্দনবনা হাল্লগনে। ইপন মুংবান মনিন নাইবনা হায়নগনে পাওমেল্লবদা পোনবী শোঙাইলাবা লৌশিংবনা হায়গুনো য়াম্মা লৈমা-ও। য়োয়মন্নাই লাইরেন তাউদনবনা মতাং তেন অঙানবা ময়ূম চঙবনা হাল্লগনে হায়না পাউথেমলবদা মপন খঙহন্দা মহু উহন্দনা পনম চথোকলকএ।

মথংলেন থাওয়িবস্থ মরৌ লৌনা হৈনা খোইবুংতুগুম্বদা লৌশাঙম্মে। রাকৈয় মখূনেংকা থাওয়িবা শমু মহকসাংগা পূমমক্কস্থঙ ঈঙাং পামফেম্নবা শানদি তাউজীং হৈঙাঙবু তৈশিল্লে। রাকৈয় হিকুম্থংদা চরৈ ফিকোয় খম্না ঙাইখমঙম্মে ময়োয় শোঙাইরাবনা রাকৈয় হিপান পায়না কোলোম্ন অমেঙবা য়াথং অথুম্বনা রাহমখি-এ। য়াম্মা নিংথৌ তাউপুং খোংতৌবা-ও য়াম্মা লৈমা মুংবান লুরাংখুবা চম্থবু লাকলে হায়না পাওমেনববু থাওয়িবনা না তারবদা রাকৈয় হিকুম্থংদগী য়াওরা খোল্লেন পিকনদি রাহমলকএ। তাল্লোয় অপাম্বী লূমলেন হঞ্জবী নঙবু লহান নোংদা য়াওরৌ শাপূক ঙাপূক চঙনা তাল্লোয় শেৎনরে লূমলেন থাইনরে। থোইয়ুম কোরৌ নোংদম্বা চীংঙু রায়েনবনা তৌবা-নরিঙৈনে রারৌগুনো। থাওয়ি ইপুংয়ায় চেংলৈ ইরমখৈদক্থম ইন্দাল্লসে। ইমান লুরাংখুবনস্থ রাওইম্থনো হায়না খূজেং হংচি রাই শয়েং পানবু লাকমা রাকরৈ হিকুম্থংদা থাংগৎনা চিংখৎলবগা ময়ূম থাঙঙা পূমনা

হোনা শমু খোঙবু থীন্না নোরোং খাঙতপ পানপাইলাক লাইজা থাথিনপেকনা ইমু মায়োকননা ইঙো নমদা হুন রাকয়ে মরাঙ হৌ তোজেং মথি নাইনদি কম্বোং মপুংয়ায়বু ইন্দাল্লকএ হায়দবরা?

ঈরেম তোইবী লৈমদি তাজা মরূ লুকনা মালেম খোঙবী লৈথৈ য়েংনা মরোয় পোনবী শোভাইলাববু রাওইখিএ। তাংজা লৈনীলোঙবা খমুংশিংনুপীগুম লৈরাংমগুং মানগুম্বা-ও। অসাইভৈদি নঙদি নয়ান্মা নিংথৌ থাঙয়িববু পানবা চৌনগোই চন কৈরেন য়াথোঙলোন্সে হায়বা নত্তবরা হায়না রাহমলিভৈদা মপন্স মুংবান লুরাংথুবনা না তারবগীবু লাবা কচক হৌনদি তিল্লাং মখোয় শাত্তনা শূমায় মথৌবোম থৌবোম তাত্তবরোইদা য়াওরা খোঞ্জেন লাউনা পাওমেল্লকএ। অয়ুম মুংবান মনিন নাইবা লুরাংতানদবশিংও নখোয়বু লাক-ও। ইমোম ঈরেম তোইবী লৈমবু মাকলোরেম থাঙয়ি তাউবুং খোংতৌবনা মুংবান ইরমথৈ লুরাং ইশাইকোন্দবু রাকয়ে খোঙওইননা য়াওরো-শা তাল্লবদা ইমোম পাত্তথেমথোকখিরে কল্লক-এ মুংবান ইখোয়বু মীথাদা লুরাং তাংশক্তে হায়না রাকয়ে খোঙওইনা তোংজেং পালোইননা মুংবান লাউনা খোংনা তাল্লকপবু মযুম মুংবান মদাইমা মুংবান চৌবুনা শোয়শেনবাই খোইমোম লাইহিংবা হাৎনা শোয় কাঙবী লেংলোইনাইবু নোংথৌ সোরারেন্দা ইমু খয়োম শানা নিনাশোয় তনবা মৃকতমথেন রাংদে হ'মেঙ চীংদা কানা মিংয়েং শানখৈরুববু কম্বোং ময়ুমনাকপূ নাতৈনখিরবগী তকলোন শিদং শোম্না লাবা কচক হোনা হলরাইখিয়ে হায়দবরা?

## লৈনবা শরুক

থাঙয়ি তাউবুং খোংতৌবা—চেংলৈগী নিংথৌনি, চেংলৈগী নিংথৌ থাঙয়ি খোংজ্রোম্বগী মচানি। মৈদিংঙু নাউথম্বনা ( খৃঃ ৪১১-৪২৮ ) চেংলৈগী নিংথৌ থাঙয়ি খোংজ্রোম্বগী নুপী য়াওরৈবা চম্বু মুন্দুনা লোৱবা মতুংদা মরোয় লোংবান কানাবা চুম্মেশাংগী মতেংনা থাঙয়ি

খোংজ্রোম্বনা পেম্নু লৈমরেন লৌখি। পেম্নু লৈমরেম্না চীংজেন নারন পাংগনবগা তাউবুং খোং তৌবগা মচা নিপা অনী পোকখি। থাওয়ি খোংজ্রোম্বগী মথদা মচানিপা তাউবুং খোংতৌবনা চেংলৈগী নিংথৌ ওইখি। মহাকনা ঈরেম তোইবী লৈমা লুরাংখুবা চম্ম পান্নহুনা পাংথং অহনবগা য়ুনাউরোই য়ায়মবগা মচানিপা অনী পোকলবা মতুংদা তোইবী লৈমা অসি লায়থুং থুংডে হায়দুনা খাইনহুনা মপামদা লৈখি। মাগী অনাবহু কোকলবদা মাখোয় অনী ওমুক হুন্নিমরগা কামু অতোনবা কৌবা মচানিপা অমা পোকখি। কামু অতোনবনা য়াওরৈবা চম্ম লৌই। কামু অতোম্বগী ধারাদি— ১। সরাংথেম ২। সরাংথেম নাউরোইবম ৩। রাইরোকপম ৪। চনম ৫। এলাংবম ৬। চিংডাখম ৭। সরোংখাইবম ৮। মাইবা থিয়াম ৯। সনমোম ১০। খরাইজম ১১। খোংগাবম অসিনি।

য়ুনাউরোই য়ায়মবা—চেংলৈগী নিংথৌ থাওয়ি তাউবুং খোংদৌবনা ঈরেম তোইবী লৈমা পান্নহুনা পোকপা মচানিপা য়ায়মনি। মহাকনা য়াওরৈবা চম্ম পান্নে। মাগী ধারাদি— ১। লৈশাংথেম ২। খাগোকপম ৩। নাউসেকপম ৪। ইংগুহুম ৫। খোইরোম ৬। মৈনম ৭। চোংথাম ৮। হৈরাম অসিনি।

লুরাংরি—লুরাংই তুংরল—লমদেং খুল ফাওহুনা খুদৈবন মশাং ইন্না লাকলগা ইরোইশেমগী ঈরোংদা ঈভিল্লবা তুরেল।

## রাহৈগী অর্থ:-

থাওডা কম্বোং—চেংলৈ। মরোর—খোঙলোয়। রাকয়ৈ খোঙ-ওইননা—হি তোংহুনা। খুমু—নৌ চেংলৈ লুরাংয়িদা—লুরাংঈ তুরেলদা। মরান ওন্দেরক মচীং হনরাইরকলবদা- ময়ুমদা হল্লকলবদা। য়াংলৌ লমতনখিসে -লম্বীদা পোথাখিসি।

# মপুরোইবা নীংবী লৈমা নামুনথাম্বী

## (চায়নরোলদগী)

লমলেন মদাইমা হৈরেম মরকশি কোনয়া থৈদিংপান্দা চায়না খোঙফেমববু লৈএ। লমলেন হৈরেম মরকশি কোনয়া থৈদিং পাল্লো কৌবদি কদৌনোংগীনো? নোংয়ায় খুমন নিংথৌ পুনশিবা মশানৌ লোনয়াংবনা য়াওরৌ শ্যাদানবদা অদোন লোনয়াংবদি ভাল্লোয় খজিকনা লূপলেন থাবাংননা লোনবনিগিনা লূপলেন থনবনরাগী ভরা চাকয়োমদা রাংলৈ খোমহান্দবা রাগীবু নোংয়ায় লোনয়াম্বদি নোংয়ায় মপাচা খুমন ময়েল্লুবু তাংজা ঈকাইখি হুয়াই শেনগোইখিয়ে। ময়ুম নোংয়ায়না ভেংথানা খুমম্না মিকৌনবদি পাৎপূ কোন-ও কৌএ, কংকানবু য়া-ও কৌএ। কোনয়া অচনবদা হুপলেন নমঙাননা ভরা চাবুক লাম পায়না খমনিতিং উনবী চকম তিংলবগীদমক মরক ওইনা শিরে। অহুনোংগীবু হৈরেম মরকাশ কোনয়া থৈথোকপাল-ও কৌএ হায়দবরা? হৈরেম মরকশি কোনয়া থৈথোকপান্দা চায়না খোঙফেমববু লৈএ। অদোন নোংয়ায় খুমন নিংথৌ পুনশিবা পুয়াম য়ুমলেনবা ভন্দু লাম্ববা লেমলৈ নিংথৌ হাইহৈবনা ইদাইরেম নোংয়ায় খুমন খাথা লাইখা থনবাশিংও। হৈরেন কাংবিশূ শমু খোঙশেকপা লাংলেন কেংঙয়াং চৈত্তপাম্না থৌবনা ময়ুম নোংয়ায় শীংজা রাইকোইবদা এলাং থৌচৎফদে হায়ববু ভম্বুম খুন চন্থুশিংগী লৈরক কোনশাং রাবু না ত য়য়ে। মরোং কনানা চুং কুন্না তিমেন কনানা তা চায়নফগবনো কংলা থনবা পাউ খুমলকও হায়না পাউ হংববু নোংয়ায় খাথা থনবনা পাউ খুমগবরা পাউখুমদা অদোম লাইথা থনবনা পাউ য়াগবরা পাউ য়াদে। অদোন চকলাই কাংস্তোনগী কংলা ফমগা থেংবা লাংলেন কেংঙয়াং উনৌ কোন্দে কোম্না হুনবনা কোঙয়াং রারেপ ফাবগুন নাউরা লাংজেং মথোকলকপা হুয়েন লামথাম মহৈরকলিবা নোংয়ায় চাথ, মোইরেম্বা অথৌবনা কোম্না পাউখুমলকএ। শাবন লাম্বোঙশিন হুয়েন লাল্লম খঙদা ঈগুন মপু কোল্লোর নয়াথংবু

ভাংজা লুদা থোংনা নুদাইরেম ঐমা থোকলাং পমশিংনা তিমেন তা চায়নকপগে হায়না পাউ য়াখিয়ে। নোংয়ায় খুমন নিংথৌ কেগে হাওতক শনবন য়াগী হেক্কু থারোন চাবু কাইনা হুনবনা ইদাইরেম নোংয়ায় চাখা মোইরাম্বা-ও কংলা লৈপাক ময়েং তাহন্দমা কোল্লোয় পাউখুমলকপা অসিবু অথৌবা নতুকনবা মহাক অরেপ্পনে। নিংথৌ কাকোক চৌন্দাই লুংগী পানা চদূন পীনা থৌদোংখিয়ে হয়দবরা? নোংয়ায় চাখা মোইরেম্বা অথৌবনা অমরক পাউখুমলকএ। হয়েং ঈচুং কৌবা শোয়ও রবগা হৈরেম কাংবীশূবু মানবী চীয়েনা কাওরেন লাইথেংনকপগে হায়না মরু লৈদা তানা খুরুমলবগা মরান থৌকুমখখিয়ে। নোংয়ায় চাখা মোইরেম্বনা মুমিদাং ঋম কুমলকপদা মোমমু তাল্লোয় মরুম্বী কেগে মোইরাম্বা চমু লৈমা নামুন খাম্বীদা পাউ তমখিয়ে। য়োইবুনাই ইনেম মচা নামুন খাম্বীও নথংলেন ঐনা কংলা থৌগারুবদি য়াম্মা নিংথৌ অদোন পুনশিবনা হৈরেম কাংবীশূ অথৌবা নোংয়ায় শীংজা য়াইকোই-ফদববু মরোং চুও ফুনা তিমেন তা চায়নকও হায়ববু নোংয়ায় খাথনা পাউখুমদা অদোন লাইথনা পাউ য়াদে। নথংলেন ঐনা পাউ য়ারকএ। য়োইবুনাই ইনেম মচা ও তরা চাক য়োমও। য়াংলৈ খোম হাপ্লো হায়না পাওমেনখিএ। থংলেন ইবুংঙো তা ও। কেগে ইপল লম মোইরাং ইচু লমদগী ইয়ান লুহোং খোংদোংলকপবু লোইদাম থাশিদা লাংহৈ কুম ওন্দরিয়ে। ইথংলেন নঙদি হৈরেম কাংবীশূবু চায়না খোঙকেমগে করি পাউ য়ারুবনো হায়না য়াঙইঙম্মে। নকম ঐগী ওরাং খোমলেন মঙলান চন্দা। তুরেন নামদু কুম লৈরাই খাম্নি তাবদা চোমলাং কাওবী ইনাশিবু লাইজা ঈদা তাখিববু শীংনাং কৌরোং শানা লাম্ববু লাময়োল্লে। মোমমু মাল্লৌ ইকায়বাম্নও লাইজা ঈদা তুমলম্মে। মোমমু মাল্লৌ কোকথোং ফিদা চাবা পাইখুরা লমফংদববু লাইজা ঈরোইননা তাউথখিয়ে। খোমলেম থৈনা মঙলানচানবু ফঙে। থংলেন ইবুংঙো তা ও লাল্লোই মীঙাথোক শরেন মীগুংলাংগীবু ওইর পনে হায়না থৌথাম্ববু য়োইবুনাইও নথংলেন ঐদি নোংয়ায় খাথা

লোনা তিন থুমন লাইথা কস্ম। লক্তা খোয়মা ইমায় ওন য়ামজেং ইনম মুককরয়োইএ। ঐবু হয়েং নোংয়ায় ইপাচা থুমন ইয়েলুশিংনা মোমম্ব মণ্ড মানবা মুজা মমান লৌবা অদোন চীননেনবা থুমন নারাংবনে হায়রগনে। তাংজা ঈকাই হুয়াইশেনগোইএ। নোংয়ায় ইনিংথৌবু শোংকিএ। তৌইগুম্বম্বুও অশিবগা ঈকাইবগা অনীমক্তি থমলাংপা রারী ইরেংপু রারীদা হায়রম্মে। অশিবনা মনাউনি ঈকাইবনা ময়াম্বনে হায়রম্মে। ঐবু মাই মৈচীন ওল্লয়োইএ হায়না য়াদথিয়ে। লৈমা নামুন খাম্বীনা পাওমেল্লকএ। থংলেন ইবুংঙো তা-ও খোয়মা ঈহৌগী য়ামজেং ইকাগী থংলেন ঐবু লোইবা ইবুংঙো তাও। নকুম ঐগী খোমলেন অসি মঙবদি কাহরে ইচেঙ চেংজা ইল্লুমবু ক লৈ ইগুমাঙ গুমাই ইথৌবোমগী লোইবী চীংকাবক্লেন কাবলেন শৌকামুনা হেন্নাউ চন্তনা চেনখিববু মঙলম্মে। থংলেনও তঙঙাইও হায়না থৌথাম্ববু নোংয়ায় চাথা মোইরেম্বদি কাওরেন মতুপ হাং মানবী মপা তাম্বা শনগুম্বনিগিনা রা চার্নাবদে। মোমম্ব তাল্লায় মরুম্বীনা তরা চাকয়োম্বা রাংলৈ খোমহানবদা পাদম্বম্বুং পাচুদে। থংলেন ইবুংঙো তা-ও তঙঙাইও হায়না থুজেং হংজি পায়না থৌথাম্ববু থৌথাম ওমদখিএ। চাথা মোইরেং ওম্বদি থয়াং কোন্দাই লোনবনিগিনা ওকলেন তুগুম কচক হৌ লৌ মথি নাইনা থীকক্রি লানবাউখোন হুংঙা মিকপখোন, য়ুমিৎ লাঙ্গেনখোন কাক লানবাউখোন, চীংমুং ঈরাউখোন, চীংশাং নায়েখোন তামনা হুইশোনখোনবু মাচুংদবা, শাইবা পময়েথা লাংখোং ইতাশি, পনম খোময়েথায়বু শোং কিদবনিগিনা নোংপোক খেবানথোংনা নান্দবা উমু কোইরেং নিংথাংচুং ইঙেন লৈথেৎ লাইশম চুমবুন থৌথাংচুং, মরোং চুংমিৎ হেনবা নোংচুপ কমবোং অতেবা শিলহৈবা মথুৎশাবু ওইনব। চুংশেম্মা মরোং ওক্তা হুক খোকলাং তুংশোম্না খেরে মাঙইম্না খেৎথাং চারিখম মাকমর উনগোইথোং উরেকশেৎ নোইনিংখোই চেপথেৎনা খুদাং য়াইচাউর্শ, অঙাঙবা শাদা কৈরোনফি, অপা চীংখোঙ লালহৌফি, চরৈ ফিচুং থাওম্না পুমুং লালপোৎশেৎ, শঙদিং লাললৈ-

খেমমা হাওরৈ খানা প্পাংবরমদা হুয়েন লান্দাখিয়ে। নোংয়ায় চাখা মোইরেম্বগা হৈরেম কাংবীশূ অথোবগা অনীমক লমলেন হৈরেম মরকশি কোনয়া থৈথোক পান্দা লমওরুরে। নোংয়ায় চাখা মোইরেম্বনা পাথৌ হৈরেম কাংবীশূ অথৌবা-ও ইবিংঙা অসি কোয়ৌ মুমিংমদি মরোং চূংফুনা তিমেন তা চায়নখিশে। হৈরেম কাংবীশূনা পাউখুমলকএ। পাথৌ চাখা মোইরেম্বা অথৌবা ও। অসি কোয়ৌ মুমিংমদি মরোং চূংগু তাম, তিমেন তাস্থ রাংলে। মোমম্থু মুজারক্তা কাওরেন কুনাও-শোন, খুংশূ মিতম পাইনা মানবী নি'থৌ থিন, কাওরেন মিংথা লাউ লৌবুক নারি শোম্না থাম্লে ভমথুং তানঙস্পে। খোয়নৌ তে কোক হৈরোইনা লৌর'ই কামুথোক অসিনা মরোং চূংবু ওইফরোই চৈবু খাংগুরাকপা এম্নাউ পাম্বা, কাওরেন তনবা লেংনাউচৈ, মচীন কোম্বাও চারন লেংবা অসিনা তিমেন তাগা ওইকরোই। পাথৌও হৈরেম অয়ুমনাক মোংবা ইশাইকোন্দা তিমেন তাচেল্লু, মরোং চূং চেল্লুখিগে। পাথৌ নোংয়ায় চাখা মোইরেম্বা অথৌবা-ও খোয়মা ইমায় ওল্লোয় য়ামজেং ইনম মুকলোইএ হৈরেম ইপল্লম খুঙ্গান ইরৌ মাঙদা ভাইখক অরাপোথারস্মো। হৈরেম কাংবীশূ অথৌবদি মোংবা মশাইকোন্দা রাইথু লে। মোমম্থু তাল্লোয় মরুম্বী শংলৌ এনথুরাংবীদা পাওমেন-খিয়ে। শেল্লোয় ইপাতাউ নোংয়ায় চাখা মোইরেম্বা অথৌবনা এৈবু হুয়েন লান শীংখিএ। তরা চয়োম-ও রাংলৈ খোমহাল্লো হায়খিএ। মোমম্থু শুংলৌ এনথুরাংবীনা তরা চয়োম্বা রাংলৈ খোমহানববু কায়িগুম উনবী পুকনীং থুংকাস্তে। শানিগিদি শাদোমপোক, লান্নিগিদি লানদোম-পোকপু পাচুইএ। থংলেন ইবুংঙো তা-ও খোয়মা নমায় ওনগম্থু হায়না খোদোংখিয়ে। হৈরেম কাংবীশূদি লাবা পোৎলোই মশীংগুনা খন, মরোং চূংদি ঙক্তা হুক, তিমেন তাদি খুস্তা পায়না হুয়েন লান্দা-রকএ। শেল্লোয় মপাতাউ অনীমক্তি লমলেন হৈরেম মরকশি কোনয়া থৈথোকপান্দা খোকলাং লমশীং ওন্নরে হায়দবরা? নোংয়ায় চাখা মোইরেম্বা অথৌবনা পাওমেল্লকএ। পাথৌ হৈরেম কাংবীশূও হৈরেম

নৰমথৈনে নঙন, হায়া তিমেন তা হুল্লো। হৈৰেম কাংবীশুনা পাওমেল-লকএ। হৈৰেম ইপল লম খুঙান ইপল লমনিগুম্বসুঙ নোংয়ায় নঙনা হায়া হুয়েন লান শীংলৈএ। পাথৌ মোইৰেম্বা অথৌবা-ও নঙহুম হায়া তিমেন তা হুল্লকও হায়খিয়ে। নোংয়ায় চাখা মোইৰেম্বনা খুবাক তিল্লাই মেন, খোকলাং পমশিংনম্না তিমেন তা হুনখিববু হৈৰেম কাংবীশূগী শমু মথুদোনবু খিজিক খেংনা তিমেন লৈদা তেনপাল্লে। নোংয়ায় চাখা মোইৰেম্বনা পাথৌ হৈৰেম কাংবীশূও শমু নখুদোনবু তিমেন ইন্নুংচঙনা খেংনা তেনবাল্লবনে হায়না পাওমেংখিয়ে। হৈৰেম কাংবীশূনা পাউখুমলকএ। পাথৌ নোংয়ায় চাখা মোইৰেম্বা-ও শমু ইখুদোনবু ঈঙাঙ খিজিক থোকপদি অসাই ৰৎ হাগাশোন তিতি ঙমগা য়াৎপদা খুনবী কাপতি য়াইচানা ইমু তোংগচি বগিবু তৌবনে পাথৌও হায়না পাওখুমখিয়ে। নোংযায় চাখা মোইৰেম্বমা পাথৌ হৈৰেম কাংবীশূও কোৰৌ মুমিৎ শীংবুম মঙানিদা হৈৰেম নপন লমদা চুমঙনো হায়না ৰাশকনখিযে। তৌইগীদি পাথৌ হৈৰেম কাংবীশূও তিমেন তা হুল্লকও হায়না নোংয়ায় মোইৰেম্বনা তনব। থবাক লোংনা য়াখিয়ে। খুঙান অথৌবনা থূবাক তিল্লাই মেন তিমেন থাঙতপ পায়না কেল্লকপবু অদোন থুল্লুং থাৎ উনবী চ#ম লেং, শোয়ৰেন ফূমমী নমঙাননা লুতুৰে হায়দবৰা? নোংয়ায় চাখা মোইৰেং ঙম্বা অথৌবনা হৈৰেম কাংবীশূ অথৌবা-ও নোংয়ায় ঐবু য়ুমথৈ ঙাকপা অদোন ইমৈ থৈবনে। খুমন লমকেৎপা অদোন লমহাইবা, ৰায়ৰা শাশীংসু হুয়েন লাল্লশীং মূংল-বনে। কৈৰা তান্না শমু লেংগনবা মহাকনে। ইনোং মোংশীংগু ইকুম কুমশীং শুৰবগীদ৺ক ৰায়ৰা নশা ওই হুয়েন নৰান ওইৰবনে। পাথৌও খোয়মা ইমায় ওন য়ামল্লেং ইনম মুকলৰোইএ। নমোম লৈওন যোয়বুনাই কেগে মোইৰাম্বা চল্লনা তৰা চয়োমলক ৰাংলৈ খোমহাল্লকপবু লৈএ। থকমিন্নখিসে তিমেন তামৈ পায়না খোকলাং তাদোন থঙ্গা লাম্বকনখিএ। তৰা চাকয়োমসুঙ লানচানখিএ। ৰাংলৈ চীনখুন য়োংথম্নৰবদা নোংয়ায় চাখা মোইৰেং ঙম্বনা পাথৌ হৈৰেম কাংয়োং

খুজ্জান মকুয়াং অথোবা-ও থাওলেন চেপনা চনববু মচম ফবিও, খোনাউ লেনথোও লেনববু মরেন ফবিও। লোইবী কাক অমুবা শী'ওেল লৈপাম তুচিনবা চেকলা হামবোইবনা থাওজি মিতম চেন, শরেন হিংশোন শায়না পাউদোইনববু শোংকিয়ে। পানেন উকৈথক্তা শা চানয়গনে, থাওয়ি লৈরোন চন য়ামজেং লৈকুপশীববু মশীকবি ও হায়খিয়ে। হৈরেম শমু খোওতেকপা চৈও পান্না থোবা, হৈরেম অকাংয়াং খুজ্জান মকুয়াং হৈরেম কাংবীশু অথোবনা নোংয়ায় চাখা মোইরেম্ববু থাওলেন চেপনা চন লুরক কাংদে থি খোনাউ লোনথোও লেমে। লান্নু পোম্লেম হান্না হৈরেম খেরে চীং খুজ্জান লান্নুথেন্দা রাইথু'লে। হৈরেম মপা লাই খুজ্জান মপু লাইনা রাচুমলকলে। অসাইতৈগী নোংয়ায় চাখা মোইরেম্বগী তিমেন মতাচানা পাল্লববু খুনবী কাপতিং য়াইথংচানা ইমু তোংগা চিংবনে হাংনা য়াথং রাপৈ হায়বগী হেরৌননা ফেংলে। পলেম পীশোল্লে পম্মো পাশোল্লে। অনা লাইপোৎ ফারবদা আসাইতৈগী লানশোক রাশক রাদি হৈরেম মপাচা খুজ্জান ময়েল্লবু ঈকাই শেনগোইবগী পাউ তাক্তনা অনা লাইরম খওদরে হায়দবরা ? হৈরেম কাংবীশু অথোবদি অনা লাইপোৎ কারবগী মিংয়েং লাউশুমদা ঈণুং মিশেং থাওনা লৈখিশুনো। লাইজা তোপনা হনখিগে।

নোংয়ায় চাখা মোইরেম্ববু মরুম লৈমা নামুন চাউবীনা শুমাও মথোবোম য়াংবারোইদা কোরো হুমিং মালেম মনারোইনা মথংলেনবু লাকবরা হায়না নোংহাম্ববু লাকরে। নোংয়ায় শীংজা রাইকোইবনা না তারকএ মো'ইরাম্বা চন্নু লৈমা নামুন খাম্বী ও নথলেন নোং-য়ায় চাখা মোইরাম্বদি হৈরেম মরকশি কোনয়া থৈথোকপান্দা শাইবা পনয়ৈথা লা'খোং ইতাশি পমম খোময়ৈথায়ববু লাল্লংলে হায়না পাউমেল্লবদা লৈমা নামুন খাম্বীনা কোরো নো'বু য়েং মালেম লৈবু থীন্না তকলোশাদং শোন নোংথম্বিচা ইরান্না খোঙজি হুংয়া পায় ইচৌবীচা থা মাংনা হেকওাই মপাউ চাউ পিরেম থরুকননা হুংওন-খিয়ে। লৈমা নামুন খাম্বীনা নোংয়ায় কংলা তোংলেংয়ায়দা রাহমখিয়ে।

ইনিংথৌ অদোন পুনশিবা-ও নদাইরেম থংলেন ইনেম মচা চাখা মোই-রেম্বদি নোংয়ায় নিংথৌ নথৌথাগী হৈরেম মপুংয়ায়দা নোংমক্লে। লৈকাই পুজরুক লাংবন অংল্লক, খোংনাং মায়তেকপা কানা লুককুম চেঙবুম মনাউতোনগুম্ববু লনশিংবিও। চুজা মতিক নত্তনা থংলেন মুংশি মৈনা কংলা রাকোংলুংএ। নোংয়ায় খাথা থনবা অদোন লাইথা তেম্বাশিংনা পাঙ্গিয়াখিদে। নোংয়ায় খুমন নিথৌনা পাওমেল্লকএ। কেগে মোই-রাম্বা চম্নু লৈমা নামুন খাম্বীও ইদাইরেম নোংয়ায় চাখা মোইরেম্বদি অদোন লমকেৎপা খুমন লমহাইবনে। নথংলেনগী তনবা মতুকনববু য়াওদে। লাংবন অওল্লক লৈকাই পুজরুকুম্ববু লনশিং ওমলোইয়ে হায়না রাকনখিয়ে। লৈমা নামুন খাম্বীনা চরৈ লুখুম চাউ পিরেম খকমা তানা কেগে মপন লম মোইরাং মতা লমদা রাকয়ৈ খোঙওইননা রায়রা শানেকখি, হুয়েন লাম্লেকখিএ কেগে উরা ইতৈঙাই ঙানথম ইনাউ ঙাইশিংও। থংলেন য়াই ইনেম মচা চাখা মোইরেম্ববু লমলেন হৈরেম মরকশি কোনয়া থৈথোকপান্দা নোংহানলে। থংলেনগীদমকপু লৈকাই পুজরুক খোংনাং মায়তেকপা মন্নরুকুম্ববু লনশিংবিয়ু, হৈরেম কাংবীশূ চায়না খোঙফেন্নবিও মোমচু এৈদি তয়ুম ননাই ওইগে হায়না থৌনেকপবু হায় য়াদে। য়োইবু নাই লৈমা নামুন খাম্বীও। নথংলেন নোংয়ায় চাখা মোইরেম্বদি কৈরা তান্না চাউ শমু লেংগম্লেএ। হুয়েন লানশীংগু রায়রা শাশীং হাওদববু নত্তবরা? হৈরেম মপুংয়ারদা করম নোংমল্লুরবনো? লহান কেগে ইখোয়বু লোক্তাক নরৌ ওইকরোই শীংজা রাইকোইকরোই, য়েলাং থৌচৎবরোইএ হায়বা নত্তবরা? কেগে মতিকনা মোইরাং মপানববু য়াওদে। হৈরেম মপুংয়ায়দা লনশিং ওমলোইএ হায়না রাকনখিএ। লহান নোং নোংয়ায় কাওচাচৎ অদোন মনজা হোনবা নোংগী রাওইঙাম্মে। লৈমা নামুন খাম্বীদি নোংয়ায় মপুংয়ায়দা অমরক হলরাইরকলে। থাঙঙা ঙারৈকোক লৈকাই মপান-শাংগী থাংয়ি ইথৈকৌ লাংবন ইথাঙশিংগুম্বী নাপা শেকলৈশেক অঙোবনা মপা ঙোনা শারবী অহল মতম ওইরবী হন্নু ময়াই কারবী

অমতং থাগুডা লৈকাই পোইরকএ। ইছুইরোই কেগে মোইরাম্বা চম্থু লৈমা কেগে নামুন থাম্বীও। কদোবা নোংমায় মুমথৈলোম কেগে খুল্লক চঙবনো? নথংলেন নোংয়ায় চাখা মোইরেম্বগী মশানৌ পম্হৌ পামচা পল্লেম পীমচা শিখোং মশাইকোন্দা তরা চাক্তাংখিবা, নোংয়ায় শিখোং নিংথৌবা রায়রা শাদা কনবা ছয়েন লান্দা থৌবা তনবা মতুক হাঙ কাওরেন মপাতাম্বা শংগুম্বব ছয়েন লান নেকলু-ও হায়না পাউতাক-খিয়ে। লৈমা নামুন থাম্বীনা শিখোং মশাইকোন্দা অচেন খংলৈ য়াঙনা রাইথুংলবদা খোয়নৌ মতা ঙাইশিংদা পাউহংখিয়ে। নোংয়ায় শিখোং নিংথৌবগী মোংবা মশাইকোন্দ কদায়নো হায়না পাউ হংখিয়ে। মোমল্লু য়াংলৌ লমখাঙদা লমংকবীনা নোংয়ায় শিখোং লাম্ববদি মুমজীন য়াতা তাউবা শাইনোন ইতাই মৈবা অসিনে হায়না পাউতাকখিয়ে লৈমা নামুন থাম্বীনা চেংলৌ মিৎকোয় অনীমক্তি মশানৌবু শংনা য়েংববু মথংলেন নোংয়ায় চাখা মোইরেম্বগী নাতোন কোরী নাপোমথোং চীনবান মোইগাইয়াৎ মিৎমৈনাশংতা পুঙং লেপপানথোংবু চুন। মাল্লে হায়না শম্মু খোঙ থাংজিনখিএ। লৈমা নামুন থাম্বীনা শানৌ লৈরাং অতোনবা উনৌ কোন্দে কোম্না হুনবা ছইয়াই লীকলু অথেঙলাগুম্বাও এরনে নশাবি নোংয়ায় চাখা মোইরেম্বদি তাল্লেংয় মরুম্বীনে হায়না পাওমেন-খিয়ে। নশাবি মোইরেম্বদি থুমন নিংথৌ পুনশিবা মথৌথাগী হৈরেম মপুংয়ায়দা নোংহামলে। নশাবিগী দমকপু করোং থুৎকুমলো, লাংবন চেঙবুম মনাউতোনগুম লনশিংলো হায়না ছয়েন লান নেকলবনে হায়না পাওমেল্লবদা লৈমা নমুনথাম্বীগী কোলোর মতিলমেনবু না তারবদা য়ারেন খোঙখৈ চাক শয়েং পানগা তিংনা তকলৌ শিদং শোম্না ওকলেনগুম কচকহৌ, থি লৌগুম মথি নাইখিয়ে। শাবি মতৈ মনাউ অনীমক্তি নোংয়ায় মপুংয়ায়দা রাইথুলরে। নাউরা লাংজেং নাতমলকপা, পাহাং নোংজেং ওইরিব-ও শাবি নতৈ লৈমা এরনা তরা চাকয়োমগে রাংলৈ. খোমহানগে হায়খিয়ে। মতৈ লৈমা নামুনথাম্বীনা তরা চাকয়োম্বসুঙ ময়োম কৈএ। রাংলৈ খোমহানবসুঙ রায়রা শামি হাল্লে। শানৌ

লৈরাং অতোনবা-ও য়ায়রা শামি হুয়েন লানয়োম্ববু পাচুইএ। ইশানৌ নওবু থোয়মা নমায় ওনগুনো, য়ামজেং ননম মুক্কুনো হায়খিয়ে। নোংয়ায় শিখোং নিংথৌবনা শাবি চাখা মোইরেম্বগীদমক করোং খুৎকুম্ববু য়োন্দনা তানফংলক্লে হায়না মরোং চেপয়াম্না থেৎপ্লাং চারিখম, তিমেন ভুংশোম্না শংদিং লাইল্লেথেম, ঙ্কিমু লাইপোৎ মঙাম্নাই, অঙাঙবা শাদা কৈর্ক্ষি অমুবা চীংখোং লালহৌক্ষিবু চরৈ কিচ্ছুং থাওন মঙান নাইনা হাওরৈ খানা পাংবরমদা হুয়েন লান্দারকএ। নোংয়াম শিখোং নিংথৌবনা হৈরেম শীংজা য়াইকোইনা ফুজা য়েলাং থৌচৎপীদা পাউহংখিয়ে। হৈরেম খোংঙা খোঙতেক আ চৈঙুপাম্না থোবা হৈরেম কাংবীশু অথৌবদি কদায়রম শীংজা য়াইকোইখিবনো হায়না য়েংলা থৌচৎপীশিংদা পাউহংখিয়ে। হোয়দা নোংয়ায় শিখোং নিংথৌবা-ও। লহান হৈরেম মরকশি কোনয়া থৈথোকপান্দা চায়না নোংগী হেরৌননা মাফংবগী হুমলেন য়াইবী মরু ভূপনা অংন নোংগারাং য়াংলৌ থিম্বাথোকলে।- অসি কোরৌ হুম- মঙানি গুরে হয়েং কৌবা মনোং শে য়রবগ, হাওশি মং থিনগে হায়রে হায়না পাউতাকখিয়ে। নোংয়ায় শিখোং নিংথৌবনা চরৈ মনিংথম শংদিং মরোল্লু, চূলোং মনমথাও তিমেন মখুৎশুবু থোয়মা নারোনচুং হৈরেম মপান থোংদা লোংলম্ম। ইচুং শোয়ায়মদা য়ুমলেম শাইগং ঙান না ভাখিএ। হৈরেম মিংয়েং নাউশুমদনা খোমলেন ভুমগন্দবনা পাওমেল্লকএ। নোংযায় চাখ মোইরেম্বা লালু পোলেম ফুংগীবু শী চেপ মৈবা মুংকুনো হংয়না পাওমেনঙম্ববু নোংয়ায় শিখোং নিংথৌবনা না ভারে। ভকলৌপিদংশোন তিল্লাং মথোয় শাউনা য়াইবী কলহৌনিক নমু মীয়ামকক্তা চো থোকলে। ঐনে নোংয়ায় চাখা মোইরেম্বগী মশানৌ নোংয়ায় শিখোং নিংথৌবনে হায়না হৈরেম ইচুং মিশেংখাঙবগী শীংচেপ মৈরা হাইজৌ মুংনা হৈরেম লৈকাই মপান শাংবু থাম্বী মৈগা থাদোকলে। চকমোম মথিনাই থুমবী মৈগা'চন হুয়েন লানশীং মূংলে। মৈবী তাঙোয়রবগীদমক ময়ূম হৈরেম মনিন নাইবদি থি বা য়ামনা লাওতকনা, কৌজেং য়ামনা মীচিক্করে। নোংয়ায়

শিখোং নিংথৌবনা ইমুং শোয়ায়মদা য়াংলো তানবন চেনগানা, শাশং য়ুঙৈরান তোংজেং কুথায় হুংগী হৈরেম কাংবীশু অথৌবা হমলেন য়াইবী তুপলবশু লুরক কাওদৌথ খৌনাউ লেম্বোঙ লেপ্লে। হৈরেম খোঙতেক অশৈবা লেনাউ হাওখোম্বা হাওদং পুংদোইবনা ইমুং শোয়ায়মদা থানবন লাইরিঙাম্বশু থাঙলেন চেপনা চন, লুরক কাওদৈ থি খৌনাউ লেনখোঙ লেনলকএ। হৈরেম শোইথি নাউ খুঙানশোই মনাউসুং লোকলকএ। মশাবি নোংয়ায় চাথা মোইরেম্বগী লাল্লু পোঞ্জে হুংগী খীচেপ মৈরা থানবশু চরৈ নাহোংশা পাইখু লেংহায়না হৈরেম পম্বোঙশু কায়া চোং-লকলে। নোংয়ায় মপুংয়ায়দা লৈমা নামুন খাম্বীনা মীকপখিএ। মোমহু শংলো ইথৌরাঙ এশাং ইঙনদমগীবু শানৌ লৈরাং অতোনবশু হৈরেম মপুংয়ায়দা নোংমল্লবরা হায়না মীকপখিএ। হয়েং কৌবা চীংলেন নোংগা শোম্ব শোরা তৈনা ওল্লকলবদ, খোয়নৌ ইতা ঙাইরোইনাইশি ও অসি খোমলেন মঙলানচান্দা য়াওরো শানিগী শ্যাথাম চনব। হুযেন লাম্নগীদি লানয়াম চনবা মঙবু মঙলম্মে। শানৌ লৈরাং অতোনবশু থিংলো য়াইথারোইএ। মরোং চৈচেল্লোইএ। তরা চাকয়োম-মন রাংলৈ খোমহানমনবু হাঙলকলোইএ। খোয়নৌ ইতাশিংও ইখোয়দ অযুম নোংয়ায় লৌরেনবা, লমলেন উচরাদা শানৌবু ঙাইথমলুসে হায়না হৈরাঙ অশং য়েং তাউ জং অমুনখন তর চাকয়োম পু রাংলৈ খোমগা হান্না ঙাইথমএ। মশানৌ লোইরক অথুবা নোংয়ায় শিখোং নিংথৌবদি মশাবিবু নমদা পো শোইথিং শোইনাউ লে'দা থোংনা লাল্লু খুত্তা শু, থাঙলেন নাসৈ য়েপ মরোং চেপযান্না, তিমেন তাবু য়েৎওইনা, থেৎথাং চারিথমনা থি লো নীংবা তেরকপবু লৈমা নামুব খাম্বীনা, মশাবিবু খুবাক লাইথল শা, চেংলো মিৎপু কুপ্তনা য়েংবশু চেংলো মিৎথিংলে। খোয়নৌ ইতাশা শানৌবু লাকলে। শানৌ লৈরাং অতোনবনা চরৈ নাহোং শানা পাইখু লে'হায়বা অসি ইশাবিবু ওইরি-ঙেনে। শমু খুত্ত, পায়বা অসিদি এশাং খুদাক ঙাইরনদিনরিরোই। লাল্লু পোজেম মাল্লে, তৌথোপ থম্বাংলৈএ। মশানৌনা রাইথু'লবদা

লৈমা নামুন খাম্বীনা শানৌ নওদি ভাইরখিও। অরা হকনা চোক, এনবী হুইয়াই তোন সনা লাওঙ্কৈ চোকএগুম অরা পোংথোকখিও। নশাবিবু কৈরাতান্দা থোংবা লাংগোনখিগে। লৈমা নামুনখাম্বীনা মথংলেননী শরা লুমথাংথৌ লৈরাং অভিংঙাবু কৈরা তান্দা থোংনা থংলেন ইনেম মচা নোংয়ায় চাখা মোইরেম্বা অথৌবা-ও ইপন কৈরা ভাজৌনথকী খোয়মা ঈহোগী য়ামজেং ঈকাগীও। নকম থৌখামখোনবু না তাদবগী হৈরেম মপুংয়ায়দা করম নোংমল্লবনো কল্লকএ। খজাই লেংওন চুপ পিরেম থাক্করুনা হেকভাই মপাউ চাউনা মালেম লৈদা ওয়া মীকপথিএ। লুকলেন পমনা হা তন্না চাকমাইলেমনা মায়খঙ-খিয়ে। ইশানৌ লোইরক অথুবা-ও নোংয়ায় শিখোং নিংথৌবদি কদৌনগো? পল্লেম মুখুবীচা হৈরেম খুঞ্জান ওম্বা হৈরেম কাংবীশু কাবা নোংয়ায় শিখোং নিংথৌবা-ও কৌরে হায়না মিং হোংখিয়ে। অহু নোংগীবু হৈরেম খুঞ্জান ওম্বা হৈরেম কাংবীশু অথৌবা শাজং য়ুঙৈলানগী, খুঞ্জান য়াওনশাংবু কাইনা হুনবা, হৈরেম থোংথোক অশেবা লেনাউ হাওখোম্বা, হাওদং পুংদোইবা থানকম লানয়িনবা কাবদি নোংয়ায় মানিংথৌনা য়োইচায়খিয়ে। লমলেন হৈরেম মরকশি কোনয়া থৈথোকপান্দা চায়না খোঙকেম্নবা অহুসুঙ মদোমদে।

## নৈনবা শরূক

### য়াহৈগী অর্থ:—

কদৌনোংগীনো—করি মরমগীনো। লুমলেন—মতু। খাবাংননা—চপ মান্নমা। লুমলেন—মতু। খাবাংননা—পরেং চপ মান্ননা। য়াংলৈ থোমহান্দবা—য়ু হান্দবা। নোংয়ায়—খুমন। মপাচা ময়েম্মু—মাগী থারা নালা, শাগৈ নাতৈ। হুইয়াই শেনগোইখিয়ে—ঈকাই-খিয়ে। কোন—পাং। য়া—কংকান। অদোন—খুমন। লাম্বুবা—

লান্দা থৌবা। খাথা লাইথা থনবা—খা অরাং থনবা। শমু খোঙ-শেকপা—মখোঙ শেকপা। লাংলেন কোওয়াং—রা। মরোং—চূং। তিমেন—তা। উনৌ কোম্না হুনবা—কোম্না পোকপা চহী য়ামজ্রিবা পোকপা কুইজ্রিবা। লাংজেং মথোকলকপা—মথোক কারকপা, ঈনথং-লকলিবা। তাংজা লু-কোক। কাইনা হুনবা—ওম্বা। কাকোক চীন্নাইমুংগী—কাগোক্তগী। হয়েং ঈমুং কৌবা শোয়রবপা—হয়েং নোংঙাল্লগা। মরু লৈদা তানা—মকোক লৈপাক শোকনা। মরান থৌকুমখিয়ে—মমূমদা কূমখিয়ে। মোমহু তাল্লোয় মরুম্বী—মতূ। চম্বু—নিঙেঙান। য়োইবুনাই ইনেম মচা—ঐগী নুপী। নথংলেন—নপু-রোইবা। রাওইঙম্মে—শাউরম্মে। লাময়োল্লে—লাম্বা কংদে। মাক্নৌ—ফি। চীননেনবা—চীম্থিবা। হুইয়াই শেনগোইয়ে—ঈকাইয়ে। ইরেং—ইপু। খোমলেন—মভ। কাইরৈ—য়েন। কংলৈ—শূমাং। পাদম্বা—খেন চাং য়েংবা। থয়াং ক্লোন্দাই লোনবা—থৌনা কবা। য়ুমিৎ—লান। ইঙেন লৈথেং—চুংদা থেৎপা লৈতেং। উরেকশেৎ—উরোক মতু। পুম্নুং—কূরিৎ মরেপ। শঙদিং লাইল্লেথেমনা—শাপোৎ লানপোৎ শেৎতুনা। খাইল্লে—লৌবুক। মোংবা মশাহ্‌কোন—মমুম। খুনবী কাপতিং য়াইচা—কাকফৈ। ইমু তোংগচিংবগীবু—ঈ চূপখিবগী। পিরেম থক্লকননা—মপি তরং তরং শিম্থনা। কংলা রাফোংলুইএ—কোম্নুংদা লাউরুইএ। চরৈ লুথুম চাউসা—কীরুক খুম্বা। ইহুইরোই—ইমৌ নুপী। লালু পোলেম মুংগীবু—পোলাং মমুংদা থমলিবা মকোক অহু। চকমোম—মৈ। হুমলেন য়াইবী তূপলববু—শিরববু, থমোম্ন লৈত্রববূ। পূংদোইবনা—পুং য়ৈবনা। তেরকপা—হল্লকপা। তৌথোপ—প্লোলাং। ষৈরা তান্দা থোংনা—মতম্বাক্তা থমতুনা। শরা লুমথাংথৌ—লাইবকী শরূ, অস্থি। ইশানৌ লোইরক অথুবা—ইনাউনিপা। য়োইচাম্নখিয়ে—লুনা তৌথিয়ে।

# পাতঙঙানা মথংলেন হোঙনেময়োইখুঞ্জাউগী মথ্বাই কনবা।

( নাউথিংখোং ফম্বাল কাবদগী )

লাইরেন মৈদিংঙু উরা কোঙ্খোবদি ইঙ্গুংশোয়য়ায়মদা চীংলেন ঙাল্লম ঙান্দনা তুবী মরাঙ হৌ লাইরেন মথ নাইমা কংলা য়াইপুং থীম্না পোইরৈ খুনজা তথম নাইজা পুমনা কাখৎলকও হায়না পাউ কৌখৎলবদা পোইবৈ খুঞ্জা চৌ তথম নাইজা তিন অয়োংচা লাইফম থন, অপাউগা থাবম থম্না য়াকারকলবদা লাইরেন মৈদিঙুদি ইঙ্গুংশোযায়মদা তুবী লাংগোই খুনেৎ কোরৌ শীথশা রাংবন খুয়ৌ-কাও, মরাং কোইফোয় চীংগী লাংজন লীগা লৌ, হুম্না কোঙোই থুনা ফারৌশা মথুজিন লৈমাঅম্বা মশোং খাংপাক হম্লুন মানবা শূমাই রাইপুংথক্লো ( শূমাই মথৌপুংদা ) উফুল নোংলৈ হৌবদা লোংনা ওনবা শা, লাংগোই শগোল স্বরাইস্বম্বা অরাং নোংথি মঙাও শাবু লাংগোই শাপোৎ শেম, ফোনচম লুকক লৈনা তাউ, লাংগোই খোঙ ওইনা অরাং লাইনা পাংবরমদা ছুয়েন লান তানখৎলক্লে। মুংবান নাউখোংজাম্বা চানকোন থোং কৌবদি লুরাং নাউখোংজাম্বনা .ক'রৌ পনচন থোং কোনঙৌ পুমযোম থোংবু থোং শাইএ। মুংবান মপা চানা চৎকে চৎহন্দে, লুরাং ময়েল্লুনা লানগে লানহন্দে। হৈরেম পোনবী লোকলৌখোং লৈতাং শেকফুরেক চেকলা নমঙৌবনা পোনবী য়োমদম পৈনা য়াকারববু মুংবান মপাচানা হোইগে হোইহন্দে, লুরাং ময়েল্লুনা তানগে তানহন্দে লুরাং নাউখোংজাম্বা অসিদি মুংবান মপাচাবুদি করম লায়বনো হৈরেম পোনবী লোকলৌখোং চেকলা নমঙৌববুদি করম চানবনো অত্থু নোংগীবু মুংবান নাউখোংজাম্বা চাককোন থোং তৌনা কৌএ। মুংবান নাউখোংজাম্বা চানকোন থোং কোরৌ পঞ্জন থোং কোনঙৌ পুময়োম থোংবু চকথাঙ নারেং থোংবু থোংলেন পাম্বৈ শৎ কাওখঙ মরিন হাংলে। লাইরেন মৈদিংঙুনা লাংফম ফামনা শৎনা খোয়মা লিল্লা নাথেৎলে। উশুবা

লাংয়া হৌহন্দা খোয়মা লাংখোং লেগুহন্দনা ঙাইথমলে। ময়িম শেল্লোই লংমাইদি থাগুঙা মচীংশাং খুনকম মকাইকমগীবু মরান ওন্দেরক মচেঙ হনরাইরকপবদা লাইরেন মৈদিংগুনা খোয়মা লাংখোং লেগু লাংকম মথুম হাংনা শেল্লোই নাকা নিক লংমাই শিকা নীক্লে। শেল্লোই লাজয়াম ফারে। ইমু নাকা নিক্লা ঈহাং ঈচেম্নরে। তিমেন তাখোম থুম, থাগুলেন খূৎতূম ঈগাও পক, লালু চোমায় ফোয়. পোইরৈ থাগুলেন মখুম হাং কবাক চেপ্পৈলে পানগুম নপ্পনারোএ। ময়িম শেল্লোই লংমাইবু পুপাপ লমশম ওই, মংলক লাম্না য়ানগুম্নবু য়াম্নরে। পানবী ল্লেন্দেম শোই মৌবী পোগুশগু য়ানগুমলে। ময়িম শেল্লোয় লংমাইনা খোয়মা নারক চগুনা চেল্লবদি লাংবন কাওরেন শন লৌ চগুবা লোইমোম পোগুশগু শায়বগুম য়ৈনরে। লংমাইনা লাইজা ঈদা কুমনা চেল্লবদি লাংবন ঈকা-ঙা ঙাসিং খমদোৌবীচা য়ৈগুম য়ৈনরে। ময়িম শেল্লোয়না চীংদা কানা চেল্লবদি পোনবী শোইবোন তান, থুমনাউ কোকপাকপীচা য়েম্নাউ য়াগুশং তানগুম তাম্নরে। ময়িম শেল্লোইগী মহীনা থকতুম থক্লরে। ইমু থকপরৌ নামসংকোন-ও কৌএ। লংমাইনা খোয়মা নাগা থংনা ঈ তৈরম্মে, থংমা ঈতৈরৌ—ও কৌএ। ময়িন লংমাইগী মহীনা খোয়মা নাদা কারে নাগা-ও হায়দবরা? অরাং কৌবা ঈরোং খোং নাগা পনমক্ল, থংমা ঈতৈরৌ, ইমু থকপরৌ নামসংকোন লংমাই মৈরা পোজেং লমদা খোশাববদি হুয়েন লাম্নিগীদি কুমপা নাউসং রারেং চান্দা লীকতোপ থৌরাও অথৌববু কাইনা চল্লে। লাইরেন মৈদেংগুনা শেল্লোয় কজেং থাগুয়ান খাক কয়া হেনখিবনো হায়না মিৎয়েং শানথৈববু য়াংলৌ লমকাই চেল্লে। খোয়মা লৌহিং শানথুম্না শেল্লোয় অথম্বা লংমাই অকোনবা তরাদং কোল্লৌএ; অদু নোংগীবু লাইরেন তরা তংঙাংকোন-চাং-ও তৌনা কৌএ। লাইরেন মৈদিংগু উরাকোম্ভৌবদি নাগা পনমক্ল থংমা ঈতৈরৌগী মরান ওন্দেরক্লে। পোইরৈ ময়ায় শুমদোংপান্দা ভুবী, চুপ্পুথোই লাইরেন লাইবুরাংনা রাইথুংলে। মৈদিংগু সনা মচুংশেন চুগুসেন মরাম ওন্দি নৈজহনখিম্নবনো।

হে লীকলাই-ও অসাইতৈগী শেল্লোই অথম্বা লংমাই অকোনবা ভরাদং হেনখিবনা শেল্লোয় মচীংলেন লংমাই মশাইকোনবু য়োরবদা লাইরেন মৈদিংঙু উরা কোম্থোবগী তুবী য়েনপোং মথোন্নাও লাইরেন য়েল্লাং মওমদম অরোনবনা অন্নাং কৌবা ঈরোং থোংদা খোয়মা লীরোবা কোলোই য়োবাংশেম, ভাওজা লমলুমওম্বগী কৌবা ঈরোংদা শেল্লোয় লানয়াম লংমাই মাফানীকনা কৌবা লানয়াম শিরে হায়না হুন্নেন লানপাউ ভমলুবদা ময়িম শেল্লোয় মনিন নাই লংমাই তানাদবদি শেল্লোয় চীংশাং নাকপক থন লংমাই ঈরোক লাইচম নিম্না মীকপ্নরে। লাইরেন মৈদিঙু উরা কোম্থোবা তুবী করি থোয়নো কল্লকএ। শেল্লোয় ইতুংলাং লংমাই ইঙাইরুকপু পূথনা লৈতে। লৈকাই পুজরুক লাংবন অওন্নুক চেওবুম মনাউতোনগুম্ববু লনতোম্দে। করিগী তুবী ফনহৌনীকনা লাইরেন থাওশা নতোম পাম্নবনো কল্লকএ। ভৌইগীদি শেল্লোয় ইপাচা লংমাই ইয়েন্নুশিং-ও ঈথোয়ম্নুং মোমছু শমলাং ওইরম লৈবদি নত্তে; লাইরেন মৈদিংঙু উরা কোম্থোবা মপারি শেল্লোয় অয়িমনাক্তা হুয়িনবা লংমাই ভেংনা য়িমকাবা অচোঙ য়িমলেনবা মমোমলোন নোংশানলোন পীতওঙা লীকলু লৌথিবা গুন্নাম শাফবাদা হুয়িনববু লৈবনে। মপন লাইরেন উরা কোম্থোনা মগুংলাংগীবু লৈকাই পূজন্নাক লাংবন অওন্নুক কাপ ভাইপোং লৌথিবা মন্নক থোংনাং মায়তেকপা কানক-কুম্ববু চেংনা তান্না লনশিংশে হায়না শেল্লোয় পূম্নহুপ লংমাই পাকমা তাইনা য়াতা-নরে। শেল্লোয় অনৌবা মখি নাই লংমাই মরাও হোরে। চীংশাং পনগা লাউ তাউবা কাওদেন শু, শূকমু লেংথোংনা, তিমেন ভানোয় চোং, থাওলেন খেরাং থাং, য়াইবী কনহৌনিকনা লংমাই অচোং য়িম-লেনবা মরানম্নায়বু য়িমলেন সাইগও কোয়না পাওমেনখিয়ে। ইমোম নোংবান্নোন পীতওঙা লীকলু লৌথিবী-ও ননেম মচা লোকয়ি শেল্লোয় নাই লংমাই তেংনা য়িমকাবা ইমোম নঙোম্দা হুয়িনবা অসিবু লাইরেন মৈদিংঙু উরা কোম্থোবা মগুংলাংগীবু লৈকাই পুজরুক লাংবন লৌওন-লুকুম্ববু লনশিংগে হায়না পাওমেল্লবদা মমোম নোংবান্নোন পীতওঙা

লীকল্ লৌথিবীনা পাওমেনখিয়ে। শেল্লোয়না ঱া হায়না লংমাইনা তে থানা অথৌববুদি অয়াওবা-ও তৌনা কৌএ। ইপন শেল্লোয় অয়াওবা ইছু লংমাই অথৌবাশিং-ও নঙখোয়না চীংশাং পনগা লাউ তাউবা কাওদেন শৃনা য়িমলেন শাইগঙ কোয়বা অসিবু ইপন শেল্লোয় নখোয়গী মাকলৌরেম ইছু লংমাই নখোয়গী শেনলৌরেম লাইরেন ইনেম্মচা লোকয়ি শেল্লোয়নাই লংমাই তেংনা য়িমকাবা অসিবু লাইরেন মপা মৈদিংঙু উরা কোম্বোবনা কৌবা ঈরোং থোংদা শেল্লোয় লানয়াম থা লংমাই লানগা মাঙহল্লে হায়বা অসিবু শেল্লোয় পূমনা হুপনা লংমাই লানচং ঱'বু হুয়েন লানপাউ চেল্লুদে। লাইরেন ইনেম্মচা অসিবু ইপাম শেল্লোয় চাকনা হুইক্রুগুম মপোপ চাউ ইপন লংমাই য়ুনা ভিংপোইগুম মনারেক্লে মৈদিংঙু ইনেম্মচা অসিবু শীংলেন করম শেৎন-ও হায়বনো ইছু শেল্লোয়চা পাখং অতেংবশিং ও নমোম চেংলৌ ইশক য়েংনা হুংশিবি-ও। নমোম ঐবু লাইরেন ইপারিবু শাৎনদরিয়ে। ইমোম তমক্ষা ৱাংঙমলোনবু কূয়নদরিয়ে, শীংলেন ইচু থাউ লৈরাং ইৱাক চামদরিয়ে। য়াওরা শুজা নম্, তিক্তা লাংকোয় থেংদরিয়ে। ইনিং হুমলৈলেপ, ইমু শঙক্ল লেপ্পু ফংদরিয়ে। খুমনখোম্বী য়াওশোম্বী লেপ্পু লেপ-ফাদরিয়ে। নমোম লেমপা সায়েংকাই, লোকলৌ তবোপ কায়গুম্বী ঐবু শীংলেন করম ঙম্না কেম, লৈরাং করম ঙম্না মল্লো হায়বনো। হাওশি খুদোপ মল্লায়বী হাওমন লাংনা কেম্রায়বী তাউজীং চাদনা য়াকুম্বী, ঙাইরোং তংদনা লৈশাবী, ৱাংলৈ থক্তনা য়ু পিংবী, য়ামজেং কাসা চাউ শৱা তুরৈ হাঙবীবু ঙাইরঙৈনে হায়না মন্থু খূয়া লৈথাঙ পায় শমলাং ফাকেম্না মালেম লৈদা ওন থিং থিং কাইনৌ শমজি থোক পিরেম চাইজি চৈরোইননা খুরুমজববু মন্থু শেল্লোয়চা পাখং মপন লংমাই চীংশাং হৌবশিংনা ঱া চানবিদে (হোয় য়াবিদে)। ইমোম-ও হায়গনো ননেম্মচা মৈদিংঙু হোঙনেময়োয় খুঞ্জাউ লংমাই তেংনা য়িমকাবা অসিবু অয়িম লংমাই শেংবা লাকুম্ববু লাইশেং থিফরোইএ। লাইরেন মৈদিংঙু উরা কোম্বোবনা শেল্লোয় ঈখোয়বু নাফানিক, লংমাই

শিকানিকনা কৌবা লানয়াম থা, লংমাই লানগা মাঙবা নোংগীবু শেল্লোয় রাকাউ, ঙমলোইএ।

লাইরেন মনেম মচাবু শেল্লোয় ইচৌংশাং লংমাই পনম লানয়ানকমদা থাঙলেন মথুম্রইাং লাংগোই সাল্লিথোকনা য়োন্দনা নোংমনহনগে হায়না মহ্ যাইবী কলহৌনিক্লবদা নোংবাল্লোন পীতঙঙা লীকলু লৌথিবীনা পিরেম থকমাতা হেকমাই ম্ভ য়েংচেংনা রাহমাখিয়ে ভৌইগী দি ইপন তাউবা কাঙদেন শূবাশিংও। চৌংশাং নখোয়না খোকলোইহৌ থাঙলেন খেরাংথাং চুং, লোং, থ.কুপ হৌনা ইছু য়াইবী কলহৌনিকপশিং‌ও নঙখোয়বু ঙাইরখি ও।

অঙোবা পুরৈরোম্বা রাংদৈ থুন্দা য়ু, শী থাঙ থনকৈ নানম য়ু য়ুঙৌ পুমচা ওৎক্ষবু লৈয়ে। নমোম শংলৌ ইথৌরাঙ য়েল্লাং ইঙমদম, রাংলৈ অয়াকপা হাওদৈ অথুম্বু লৈএ। রাংলৈ চৌনথুনমবু য়োংখিও! লাইরেন ইনেম্মচা মৈদিংঙু মোমমু থরায় ইমিয়েনগুম্বা অসিবু ইপন ফৈরা তাজিনথক ইছু লোকলৌ তুচিনথকাবু লমওক্লবা লাইরেন উরিঙ মায়াহিং থোংদবা হুম্লিং পেংলোই থীবু পক্কবা চংবী লা ময়োনগুম্বা তিমেন তারবা তাওঙনা ময়াঙ শীংপা থংচৌং খোকহৌনানা মহৌক্ষবা, য়াইথোঙ শিংস্থরৈগুম লৈরাং হান্না থঙনবা, লাবা থাঙচেং অহানবা, থংলেন রারাংথাম অচেংপা মুংশি ঐগী তঙতূরৈ, পামু পরৈ অচেংপা মুংশি থৌকাউ ঙমদবা অসি কোরৌ মুমিৎমগী মখৈ শীংলেন শেৎনবা লৈরাং থাইনরঙৈনে, রাকয়ৈ ইবিংঙাবু লাইচি তৎনরা তুরেন রায়থুবী চানা লেমলৈ মথা ফুককুম্বু মু·শিং সামন কোকনা থাইনরঙৈনে। ইপন পুচেং কোকপরৌ পানফুক পানকোইরৌদগী ঙাংথুন পানবী নীংপাকপবু সারেন ওইনমফুদা পানপী স্থংতাই ফুংনা য়োম্লনখিগে। ঙাইরোং শিংমিং য়েৎনা নমক্ষবা হাউমন য়েৎ-ওয় কোনক্ষবা, মোংবান চৌংপুয়োকশিংবু হাউমন পাক্লা থায়গে। লাইরেন ইনেম্মচানা তংখিম্লনৌ হায়না পাওমেল্লবদা নোংবাল্লোন পীতঙঙা লীকলু লৌথিবীনা খোয়বুং মরৌ চাউনা তিংইগুম লৌণাখিয়ে। থৌছু থুংপায় থোংফবা, চেঙল্লা

নুংলেন অকুপ্পবু সারেন ওইনমঙ্ফুদা শীংবী মকারাম, লাইজা ঈশৌগ্গাংনা লোনশিন্নখিয়ে। মহু চীংশাং খোকুলোয় হৌবা, মপন তাউবা কংগুদেন শুবশিংদা অনৌবা শমরক হন্না পাওমেঙ্খিয়ে। ইহু লংমাইচা পাখংশিংও ঙাইরখিও। তাংখুম পানপী মুন্দরিয়ে। পূকনীং মুংশি চঙনবা খোয়বুং মরৌ চাউহৌরে হায়দবরা? মপন নোংপান অচোং য়িমলেনবা মরানয়ায় মোংবা থাঙ্ঙা নিংঙঙান কাদা লাইরেন মনেম মচাবু কৌবা চীংতোই লংগুম তোয়নখিয়ে। লাইরেন মৈদিংঙু হোঙনেময়োই খুঙ্গাউ লোকয়ি শেল্লোয়নাই, মোমহু খোয়ম। ঈহৌরকহৈঙগী, লাংজেং ঐগী মুংশি কাউ-ঙমদবা ইপন কৈরা তাচিনথক, ইহু লোকপৌ তুচিন থক্কী লমওক্লবা লাইরেন ইবুংঙো তা-ও। নকম নোংকাল্লোন ঐনা ইপন রারকপবু ঙমদরে, ইহু থৌখাম্বম্বং খামঙমদরে। লাইরেন ইনেম মচা নওবু অসি কোরৌ মুমিংমগীমথৈ শীংলেন করম শেংনরা লৈরাং করম খাইনরসিবা কল্লকএ। ইপন শেল্লোয় মনিন নাই, ইহু লংমাই মরাঙ হৌরে। লাইরেন নওবু অরাং কে'রৌ নোংইনচেক্কুম সারা চেংলৌ শক উহন্দনা করম পাইখিকদবনে। কল্লকএ। তৌইগুম মোমহু যেনপোৎ ইথৌরাঙ য়েন্নাং ইঙমদমবু নমু মীরৈহংনা পূন্নীং ফিরোন লেঙহল্লাইএ। লৌথুপ পরৈ খঙহল্লোই, লাইরেন নঙদি পরৈ হোংলা থৎ, ফকলাং লোঙ্গা মতাই কাঙনা যিমলেন শাইগঙ পোননালিংনা শেল্লোয় চীংশাং নাপোম শমনা ওকলেন পনঙমখি ও লাইরেন পনলিংখি ও। তুবী নঙনা শেল্লোয় পঙ্খোংখি লংমাই পনলিংখিরবদি পোইরৈ নপন লম, কংলৈ ময়ায়রেন, লাইরেন নপা মৈদিঙু উরাকোংস্থৌবদা রাইথু লুগনো। নমায় হাওরৈ খানা পাংবরম নো য়ায় খুমন নিংথৌ মপন ঙানমু লৈমাচা থৌবান নিংথৌ চমু পুংখঙবী পায়মা লিনগোংয়গী অদোন পুনশি য়ুমোইবদা রাইথুংলু ও। নোংয়ায় মাঙোন্দা চাকতাংলু-ও। অদোন মাঙোন্দা য়ুমগারুও। লাইরেন ইবুংঙো তা-ও। নওবু শীংলেন শেংনরে, লৈরাং খাইনরে, মুংশি শামন অমুখবু কোংরুবে। কোরী নাপোম খোংবু চুনবা, চীনবান মোইগাইরেনবু নিংথিবা লাইরেন উরিং মায়হিং থোংদবা,

হয়িং পে লোইথীবু পক্তবা, খ্বাই নোংচেনবম পিবা য়েকমা হাওতংলা ৱায়রা মতেঙ্গা নাউৱা থোইচু তৌ কাপথরে, কোৱৌ হুমিৎচুপ মালেম ঙানবা মনারোয়না অচু লৈবু কেমদবা লম্‌খাইরেনা খুইদবা পামেন শয়ি মৈথাঙ লৈগুম্বা নঙবু লাইরেন নপা মৈদিংঙু উয়াকোম্থোবা মগুংলাংগী নোংয়ায়, লৈকোয়পুংদা করম ইন্দানখিগবনো কল্লকএ। লাইরেন ইনেম-মচা—ও। নশানৌ নোংবাল্লে পীতওঙাবী ঐদি থমলৈকানে খোনবু থঙদবী য়াইথোঙ করাউখোনবু সাঁদবী শৱা চুরোনবু তাদবী তেংনৌ পাত ও থৌংদবী মেনাং তনবা ঈরীক হোংদবীনে। লাইজা তরঙ ঈপাকথক্কা ওঙবা লৈ পাংয়ায় থরো। লৈগুম লৈরাং তোমশাৎনবী, পম্থৌ ইপা পোকপু পাঁনদম ওমথৈ থঙদা, পলেম ইমা পোকপীবু সৈওনবীনে। লাইরেন কোৱৌ ইনোংথৌ তা-ও। হয়েং মুবী নঙনা ফম্মোই মিৎতা ফম, ফলাংমৈদা তোংলবদা নশানৌ নোংবাল্লোন পীতওঙ বী ঐবু লাইরেন সনা নখেঙ খাবু ইন্দাঙ্গরকপদা লাইরেন পুকনীং ৱাকাউ-ওমগুনা হায়না শওদিং মনিংথমবু পুম্নং কিশি থোকপিখিয়ে। চৱৈ মকুরিৎপু পুম্নং হৈরু হুকপিখি। মাল্লৌ লেংহুম নাইনা ইনবিখিয়ে। লাবা শমচিন নৌরৈথোংবু পাকলোই শল্লাই য়েংপিখিয়ে। লাইরেন ইবুংঙো তা-ও। হয়েং পোইরৈ ৱা কাউওমগুনো। নশানৌ নোং-বাল্লোন পীতওঙা ঐদি শেল্লোয় চীং খুৎশা ইহু লংমাই লংবা চীং অসিদা লাইরেন নঙবু মুংশি পুকনীং ৱাকাউওমদনা লোইদাম থা শিৱা লাংহৈ কুম ওনববু ঙাইজওমগে হায়না ৱাহমখিয়ে। লাইরেন মৈদিংঙু না মশানৌ নোংবাল্লোন পীতওঙা লীকলু লৌথিবী, মুংশিকাউওমদবীগী নুরা খোংলী মখাঙনপু, ভুবী শমু খুৎনা ফংনা কিবিখিয়ে। ইশানৌ মুংশি ওঙতু লৈগুম্বী ও। নঙমুঙ উনবী পুকনীং ৱাকাউ ওমগনো। লাইরেন ননেম মচা ঐমুঙ হয়েং পোইরৈ ৱাকাউওমলোইএ। ৱাঙম ৱানিনলোইএ হায়না মশানৌবু খুজেং পালোই লাক, শমলাং তোনগা নান, খজাই লেংলোই চুপ, তমপা মিৎকম ভাউ, পিরেম মরাঙ হৌনা মুংশি পোনবী চীনওয়বৱু ৱারম মতোন লোয়বদা লাইরেন মৈদিংঙুদি

ফকলাং লোনজা মতাই কাও, পরৈ হোংলা। থংনা য়িমলেন শাইগঁং পোম্নালিং শেল্লোয় চৌংশাং নাপোম শমনা তুবী ওকলেন পনঙমখি, লাইরেন পনলিংখি থিংলো পনচোংখিরে হায়দবরা ?

অসাইনৈগী শোল্লোয় চৌংশাং খোকলোয় হৌবা য়িমলেন সাইগঙ কোয়বা ভিমেন ঙানোয়চোং, চুং লোং ঙক্কা হুক, থাঙলেন খেরাংথাং, মহু চৌংশাং খোকলোয় হৌবশিংনা লংমাই অচোঙ য়িমলেনবা মরান-য়ায়বু থোঙলেন নাতৈ কাঙ চার মথোঙ লৈনা হাংনা লাইরেন মৈদিংঙুবু শমু হকথেং কংগে হায়না ইনচিনখিববু শেল্লোয় পন চোংঙামলে, লংমাই য়োমদাংশাংবনা পাংমেনখিয়ে। হে ইমোম নোংবাল্লে'ন পীতঙঙা লীকলু লৌথিবী-ও মৈদিংঙু ননেম মচা হোঙনেময়োই খুঙ্গাউ লোকয়ি শেল্লোয় নাই লংমাই তেংনা য়িমকাবা শেল্লোয় সুয়িনবদি কদায়নো ? ইমোম নঙনা শানথুপনবনবিঙেনে। লংমাই ইশাইকোন অসিদা শান-থুপকরোইএ। লাইরেন ননেম মচাবু থুনা পাউতাক-ও হায়না পাও-মেল্লকপবু মমোম নোংবাল্লোন পীতঙঙা লীকলু লৌথিবী সুয়াম শাকবীনা পাউথুমখিয়ে। ইপম শেল্লোয় মনিন নাই ইহু লংমাই মরাঙ হৌবশিং-ঙ চৌংশাং নঙখোয় লোইনা হৌ, তাউবা কাঙদেন শু, ভিমেন ঙানোয় চোং, থাঙলেন খেয়াং থাংনা ইহু লংমাই মরাঙ হৌ ইপন শেল্লোয় নথিনাইববু লাইরেন ইনেম মচানা তারবগী শেল্লোয় পনচোংখি লংমাই পনলিংখিবদি নমোম ঐস্নুঙ তুবী থিংলো পমচোং লম লাইরেন পনলিং-কমবু খঙলৌদে। ইহু নগুংলাং ইপন নঙাইনে। নমোম ঐঙোন্দা চৌনগোই য়ামনা পাওমেল্লগুনো হায়না মোমহু হেকঙাই মপাউ চাউনা রাহমলবদা ময়িম শেল্লোয় মনিম নাই লংমাই মরাঙ হোৱে। ঈরোক লাইচম খুদিং, চৌংশাং নাপোম খুদিং থিবস্নুং খি খঙদে। লংমাই থাঙঙা য়ূমবুম হাঙদনা থিবস্নুঙ থিখঙদরবগী তুবী থিংলো পনচোং লমবু খোয়মা নাশোন য়েংনা, ইম্নুংশোয়য়ায়মদা হুয়েন লান তানলকলে। ময়িম শেল্লোয়না তেংথানা লংমাইনা রা হায়না পুংবু খোং, মৈবু য়াই কৌএ। পুং খোংবু থীন্ মৈ য়াইবু থাম্না তাম্নরকএ। অহু নোংগীবু

শেল্লোয় লৌ খোংচি, খোংচি য়াইনরোক তুবী থিংলৌ পনচোংলম লাইরেন পললিং রাই চীংশাং শাচেন লম ও তৌনা কৌএ। লমলেন শেল্লোয় মদাইমা মৈদিংঙু শেনবী কিয়াম্বা মপাার পোইরে নিংথৌহনবনা লাংগোই থুনাম থাবা চীংবু শেল্লোয় চীংমৈ শমথখিয়ে। লাইরেন মৈদিংঙু লংমাই তেংনা য়িমকাবদি লিনরাই ঈসমথৌনা লংমাই নমদা হুল্লমলে। লিনরাই মোংবা তূয়া ইম্না তাকনা ঈয়ায় খায়থখিয়ে।

লমলেন মদাইমা মাকাতং লম ওস্তোক কৌবাদ লংমাই কোকপা শাকারাম্বা চাংশাং লাংল্লেপ্পা য়াওরৌ পনচন্‌বনা লাবা থুমন পুনা য়াওরৌ শা নাববু নোংয়ায় রাহেং খমকোইবনা শরেন শিথৈ চোকলবা য়াওরৌ ফৈসৌনরববু শারেন শামাঙ থৎনা থিংলৌ থরোন পুখিয়ে। লংমাই কোকপা মশানৌ ককলেন সিথম কোইবনা মশাবিগী য়াওরৌ ফমহৌশা অদোন শামাঙ থৎপবু চেংলৌ মিৎথিৎলে। কোরৌ হুমিৎএদি মশাবি লংমাই কোকপা শাকারাম্বনা গাবা অনৌবা ফমহৌথববু য়াওরৌ থকং চেম্না শারেন লাইথংনরে। য়াওরৌ খুচুম্নবা শারেন ফৈশৌনরববু অদোন রাহেং খমকোইবনা য়াওরৌ থঙুং থিৎনা শারেন তেনপাল্লববু থিংলৌ থরোন পু শায়েন শাপোৎ শেমনা মরান ওন্দেখিরবদা লংমাই ককলেনগী খমকোইবনা নোংয়ায় রাহেং খমকোইববু রায়রা মতেঞ্জা রাইকৌ চিনালোঙবনা অদোন উনবী চকম থিৎনা চৈপীরে। কুরাং মউনকি পায়মা উনবী থোয়থাউরীবু মালেম লৈদা তানা হুয়েন লানচেনখিরে। ময়িম শেল্লোয়না তেংথানা লীরুং মথূৎশুবু মাক কৌএ। মাকপী থমোয় তিংমা রায়রা তেনরাইথরম্মে, অহু নোংগীবু মাকতিং-ও কৌএ। লাইরেন মৈদিংঙুদি মাকতিং ওমলোম্না তাকনা পনমৈ শমথখিয়ে। ময়িম শেল্লোয় লংমাইদি লিনরাই মোংবা তুয়া ইম্না রাইসা পন্দোন ওমওম্না মাকতিং লমওন খোঙদা তকলৌ শিদং শোম্না হুনরাইখিরে।

লাইরেন মৈদিংঙু লোকয়ি শেল্লোয়নাই লংমাই তেংনা য়িমকাবদি হাওরৈ থানা পাংবরম নোংয়ায় লৈকোয়পুংবু ইন্দামগে হায়না অচেন থংলৈ হৌথাখিরে। লমলেন মদাইমা ফূনান্ তেন্‌হৈবা মচীংজিন্নবু

নাতৈননা ঙানপ চাজনরাই খাংলা য়োকুম লম লমলেন পোংহৈথা উরূপ লমহুংশিবু নাতৈননা লিনরাই ঈমৈ শমথখিয়ে। মৈদিংঙু চলাম্বা লাল্লোই লমতাইরাই লমলেন লিল্লোঙ শাহৌপাৎপু ঙমলোন নাতৈননা নোংয়ায় লমশাং ইম্না হুয়েন লাঞ্জেল্লকপবু নামোইন্থু অহোঙবী তুশাকোন ঙাঙো'ই য়োয়মোংবা তূতেংকোন লমলেন মদাইমা য়োইহৈ খয়োইরোন হেমচেং চকপা ঙমবী পনম কাইথাকম, নোংয়ায় অমনশিওক লমবু না'তৈনা য়িম্‌মিঙ চামলৌ লৌঙাকপনা উরা পোংমাতুবু খোইয়া লীথুবা লম, পোইরৈ মৈতৈরোন কোনস্থুচা লিনগোয়গী খূ্রামপাম্বগা লোই-থোমস্থুচা লিনগোয়গী পুচেং সাংবগা তনবা অনীমকনা চীং চরোই লানগা মাঙ্‌নরাই মেনাং তনবা সিওইরম নোইন্থু মানবী সিওইরাইববু হেস্থখিরে। লমলেন মদাইমা ঈরোং লৈমা মচী'চীন থৌবান হুমচিন হুময়ারোঙবু ঙমওন নাতৈননা নোংয়ায় লমদম য়েংনা হুয়েন লাঞ্জেল্লকপবু নোংমোইন্থু অহোঙবী তূসাকো'ন ঙাঙোই য়োয়মোংবা তূতেং ঈ, তুরেল লাইজা। ঈন্নীক লাইনা তাংজা ফৈনা লাম, লিনলী কোম্না তাউ, ভুরেন লাইথংকান ককচেং তৌতোন খোম, কাওবী স্থমলোইতাউনা লাইজা। ইরেন পূঙঙম-লববু লাইরেন মৈদি'ঙু্না শাম্বা ঈরোইতম্না ইমু খোঙ্গাওননা লাইজা ঈশম থৌরক্লবগী লৈরাই মুংবী থক্তা কারবদা লাইরেন শমদিং মনিঙখম চৈরৈ ময়িন ফি, পূহুং মক্‌রিৎপু তুরেন লাইজা ঈনা চোৎলবগী অসাই-ঙৈগী মশানৌ নোংবাল্লোন পীতঙঙাবীগী শমু মেল্লোং মথূৎথোন শঙদিং কিশি কিরকপবু্ চৈরৈ কি'শিথোক পুহুং মক্‌রিৎপু হৈরু মতাই কাঙনা মাল্লৌ ময়িনফিবু্ লাইজা ফিঙুম তাউনা য়োয়ময়ায় তাউদনবগী রাঙ্গোন মনোংশা কোরৌ নোংশা মৈদা ফৌরম্মে। অচু নোংগীবু লাইরেন মৈদিংঙু হোঙনেময়োই খুঙাও লোকলি শেল্লোয়নাই লংমাই তেংনা য়িমকাবা শেল্লোয় হুয়িনবনা লাইরেন শাম্বা ঈরোইন্নাই তুরেন লাইজা. ঈশম লম কাফৌ লমহুংশিও তৌনা কৌএ।

লাইরেন মৈদিংঙুদি নোংয়ায় লমশাং ইম্না অদোন য়াংলৌ লমদাং শিৎথখিয়ে। নোংয়ায় চাউবা পূং অদোন শাংবা য়ায় চোংমু চোংথাবম

চহু, থাইমু থাইথিপম চহু, তোঙপোন ৱাইরো থাংবী কুমথী নাতৈ কাওবী, সান্না উথিং তানবী, লোকলোতান লেপহৌবীনা পুংখও পুং, অদোন লেম্বা মোইদু চা অয়ম্বা, য়াওরো অচওয়াই মানবী শাপোময়াই অদোন খিংলো চীপাক লোনচিন য়াইবু য়াইখও পুং, কাওতপাই চরাই তোঙবা অমু নোংগা পাম্বনা কোরো মোংদা কানা লাইজা ঈনিপুং, মরুম অরাই চীংঙু চহুনা লোকলো পাকোন সানা ঈয়াপুং, নোংয়ায় শোয়তিং হাথফম অদোন শোয়পাই হারেপপুংদা ৱাইথুংলুরে। লাইরেন মৈদিংঙুবু নোংয়ায় থাথা হৌ অদোন লাইথা তিন্না লমওকওম্মে হায়দবরা ?

## নৈনবা শরুক

নাউথিংখোং ( খৃঃ ৬৬৩-৭৬৩ )—মৈতৈ নিংথৌ উরা কোম্হৌবনা থাবরোন নোংজেংশুনে নোংবল্লোন হোইয়াম্বীনে নুপী অনী পান্নজুনা থাবরোন নোংজেংশূনা (১) নাউহম্নে, (২) য়োইচারোম্নে, (৩) নাউথিং খোংনে, (৪) নিংথৌরাংঙানে মচানপা মরি পোকই ; নোংবাল্লোন হোইয়াম্বীনা ফৌরায়াং লাইকোকশু পোকই। মৈদিংঙু উরা কোম্হৌবনা নোংগারবা মতুংদা নাউথিংখোংনা খৃঃ ৬৬৩ দা ফম্বান কাখি। মৈদিংঙু নাউথিংখোংগী মমিং হোঙনেময়োই খুঞ্জাওস্থু ফৌরম্মী। মানা নিংথৌ ওইত্রিবৈঙদা লংমাইচীংদা অচোং য়ুমলেনবম নিংঙোন লংমাই পীতঙঙাদা য়াওং ইনখি। নোংমা অহিং অমা শেল্লোই লংমাই মচাশিংমা হোঙ-নেময়োই খুঞ্জাওবু হাংকদবগী ময়ুমদা কোয়শিন্নরবদা মাগী নুপী পীতঙঙাগী মরোশিংনা মাবু য়েক্কবগী মথুত্তগী নাম্হোকতুনা থুমল্লোমদা চেনহনখি। মতুংদা নহাকনা খুমন নিংথৌ পুনশি য়ুমোইবগী মচানুপী থয়োইরোন কৈরুহাংবী লৌহনা খুমন্দা য়াওং ইনখি। খুমন্দা য়াওং ইল্লিবৈঙদা মোইরাং নিংথৌ ঙাংঙোই সনা লাকখ্বাগী মচানুপী ফেগে মোইরাম্বা চহু নৈমা নামন চাউবীস্থু লৌথি। মমৈথংদা খুমন্দগী

মতু মচা পুন্নমক পুত্থনা লুরাং মকুবী চৌংদা লাকলগা হোঙনেম লুরাং নিংথৌ পুন্সিংগী মক্তমদা নিংথৌ অমনা খঙদবা হৌরম কয়া তমখি। মহাকনা লুরাংদা শাইদাংহনা লৈরিইৌদা লুরাং নিংথৌ পুন্সিবা শিখি। খরা লৈরগা মপাবুং মৈদিংঙু উরা কোন্থৌবা নোংগারে নিংথৌ ওইররো হায়না মমানা কৌগল্লহনা মহাকনা মৈতৈগী নিংথৌ ওইখি।

মৈদিংঙু চলাম্বা—মৈতৈ নিংথৌ নিংথৌখোম্বগী মঙাইবুংঙো শাংনোংবা লান্নুমখোম্বনা নোংবাল্লোন হাওচোংওম্বী পান্নহনা মৈদিংঙু চলাম্বা পোকই। মৈদিংঙু অতাংঙাম্বনা নোংগারবদা চলাম্বনা খৃঃ ১৫৪৫ দা নিংথৌ ওইহনা চহী তরাতরেং পানখি।

## য়াহৈগী অর্থ

চেঙবুম মনাউতোন—চগেম। কনহৌ নীকনা—কম্থি থোকনা। ইপাচা ইয়েল্লু—এগী থারা নাপা। হুযিনবা—য়াওং ইনবা। ইনেম্মচা—ইপুরোইবা। ওাইরোং—শিং। খোকলোয় হৌবা—ময়াম হৌবা। অয়িম—ইয়ুম। পনম লানয়ানফন—মীহাৎপুং। য়োন্দনা—ওঙাই কদনা। হোঙনেময়োই খুঙাও—মৈদিংঙু নাউথিংখোংগী মিং অমা। লমওক্লবা—উনবা, থেংনবা। নোংইনচেকুম—নোংইন কৌবা চেকলাগুম। য়েনপোৎ ইথৌরাও য়েল্লাং ইওমদব—এনা শীঞবা খুজিন থৌরাও। লোঞ্চা-ফকলাং। পনলিংখিও—চেনখোকখো। শেল্লোয় পকোংখি লংমাই পনলিংখিরবদি—নোংমাইজিং লান্নুনা চেন্নবদি। হাওরৈ—মায়গৈ। লৌথিবী—মরৌ চাউবী। লাইজা তরও ইপাকথক্তা ওওবা লৈ—ইশিংদা শাংপা লৈ। কম্মোইমিৎ—কম্বাল। কলাংমৈদা তোংলবদা—কম্বাল কারবদা, কম্বাল তোংলবদা। শওদিং—কি। পুমুং—ফুরিৎ। পাকলোই-কোয়েৎ। উনবী—পুকনীং। পরৈ হোংলা থৎনা—পরা থদৎহনা। থোকলোয় হৌবা—ময়াম হৌবা। তিমেন ওানোয় চোং—তা খৌশাবা। পনচোং পনলিংকম্বু—চেনখিকম্বু। ইরোক লাইচম খুদিং—লোক তায় খুদিং। খোং—পুং। য়াই—মৈ।

লিলরাই ঈ—ঈরিন তুরেন। য়াওরো পনচনবা—শা কাবা। শিথে চোকলবা—য়ামনা ৱারহুনা শিগদৌরবা। য়াওরো কৈশোনরববু—ভুহুনা লৈরবা শাবু। থিংলো থরোন—অকাবা শা। ৱাইকৌ চিনী লোওবা—মচীন অনী কাংবা ভেঞ্জে। মাক—লীরুং। মাতৈননা—মপা য়োনা। পনম কাইথাকম—অশিবা হাপ্পা কূ থমফম। অমন শিওক লম—অশিবা ওকপা লম। খোইরা লীথুবা—লাংদা কাবা। মেনাং তনবা—হামেং লাবা। নোইমু—থুম। তুরেন লাইথং-কান—তোর্ব্বান্দা হৌবা শী নাং। শাম্বা—চীকোইবা। ইমু খোলাওননা—ঈশিংদা খোঙনা কাওহুনা। লৈরাই মুংবী থক্তা—তুরেল লৈরাই মথক্তা। মেল্লোং—খুদোন। শওদিং কিশি কিরকপবু—কি কিশি কিরকপবু। হৈক্ক মতাই কাঙনা—কুদাম লোথোক্লুনা। য়োযময়ায় তাউদনবা—মুমিং। কোরো নোংশা মৈ—মুংশা। তোঙ'পান ৱাইরো থাংবী—খাঙদা তুঙ্গোন থাংবী নূপী।

# চীংথৈ থানবী মীকৌ

## ( থৌরানথাবা হিরান্দগী )

( খুমন নিংথৌ পুন্সিবনা মৈতৈ নিংথৌ থৌরানথাববু ফাহনা লমন-খুমগে হায়রহনা হৈরেম খুঞ্জান লান্দাম্নিন্নসি হায়না লানহেকলবদা )

কৌবা চীংজ্ঞং নোংপা শোয়রক্লবদা লাইরেন মৈতেংঙু থৌরাঙ্গাবনা রাকৈয়ে খোঙওইনা মোংবা খুল্লম ঙাম্না তোরৈ নমশাং শীংনা নোংয়ায় ঙমথংনা হুইতাউ য়িময়া হেপলকলবদা নোংয়ায় য়িময়ায় থায়না হুয়েন লান্দায়কলে। মৈতেংঙুনা পাওমেনখিএ। ইমান নোংয়ায় খুমন নিংথৌ অদোন পুন্সিবা-ও হৈরেম য়িমথৈ কংনা হুয়েন লান্দাববু থেঙ্গনে হায়না য়াহৌববু নোংয়ায় খুমন নিংথৌনা পাউখুমখিয়ে। মাকলোরেম নোইনাই থৌরাঙ্গাবা-ও ঐস্নুও মোংবা খুল্লম ইন্না রাকৈয়ে খোঙওইননা হুয়েন লান্দারক্কে। লাইরেন নঙনা হান্না মোংবা খুল্লম ইনঙমও হায়না পাউখুমখিয়ে। লাইরেন মৈতেংঙুনা তোরৈ নমশাং শীংনা হাওরৈ খানা পাংনা খুমু নৌকম লাকনা নোংয়ায় উচিন্না খোইতোংপানবু খোইনা হুইথখিরবদা লাইরেন মৈতেংঙুনা ইদাইরেমশিংও ঙাইরকখিও হায়না রাকৈয়ে পোথাখিএ খমনৌ চৈরংখিএ। ইদাইরেমশিংও অরা পোথাখিও য়েনবি হুইয়াই লোমলিকদনে। হৈরেম পন্দোন লোম খুঞ্চান পনয়া ফংববু খোয়মা নমায় লৈ, য়ামচেং ননম মুকুনো হায়না হৈরাও মতংথাক তাউজীং মচা খাকপু রাকৈয়ে হিশাং থনবদা য়েল্লমএ, অহু নোংগীবু হৈয়েন-ও কৌববু পোইরৈ তাবা থিবনা হৈয়েন-ও কৌএ।

লাইরেন মৈতেংঙুনা মোংবা তুথংপমাদা নোংয়ায় খুমন নিংথৌবু ঙাইখমখিএ। অদোন পুন্সিবনা নোংয়ায় লৈকোয়পুং খুমন কংলা রাকোঙলাক্লা নোংয়ায় খাথাথন অদোন লাইথা থনবদা পাওমেনখিএ। ইদাইরেমশিংও। হৈরেম য়িমথৈফং খুঞ্চান য়িময়াহেন্নদা নোংয়ায় খাথা খুমন লাইথা থনবনা পাউ খুমদরিঙৈদা অদোন থংচিং কোকচাউ চানা

হায়না পাউথুমলকএ। য়াম্না নিংথৌ তন্দু লাম্বাবা ও! নদাইরেম ঐদি ইপল্লোন য়াংগোইস্পু লিনকোইগনে। তোংচেং নাউমৈ তোংগে। খুমু নৌচাউশু হৈরেম য়িমথৈ কং খুঞ্জান পম্দোন লোম্বব খোয়মা ইমায় ওন য়ামচেং ইনম মুকলরোইএ হায়না পাউ য়াখিএ। মদাইরেম ঙানবা হাউরুহনবনা য়াম্ম নিংথৌ তনতু লাম্বাবা-ও। নদাইরেম ঐদি নমপুক চৈথং য়েংলম থিনগে, লাইজা ইথিনপেকনা ইমু নমদা হুনগে হায়না পাউথুমখিএ। মদাইরেম ঙানবা হাউকোই চাঁনা য়াম্মা নিংথৌ অদোন পুন্সিবা-ও! নদাইরেম ঐদি নমপুক চৈথং ওয়রম থিনগে হায়না পাউথুমখিএ। মদাইরেম ঙানবা হাউরু লোংবনা য়াম্মা নিংথৌ পুয়াম য়িমলেনবা-ও! নদাইরেম ঐদি নোংয়ায় নঙগী সনা খাউজাউ পুগে হায়না পাউ য়াখিএ। রাংলৈ নঙগী য়ুপানখোম্বু নমদা হুনগে চুংলেন ঙব্লো হুকনা থাঙলেন নামৈ য়েপকে হায়না পাউথুমখিয়ে। অদোন শেঙ্খোঙ নারিনথাগী থাদা রাইচাববু শারোংভাময়াংপবু শারেন তোংকম্ য়াদা চৌকনা রাহমখিয়ে। নোংয়ায় মরাঙ হৌনা খুমন মথি-নাইনা বৌদোংখিএ নো য়ায় খুমন নিংথৌ অদোন পুন্সিবনা রাহম-খিএ। ইদাইরেম নোংয়ায় খাথাথন অদোন লাইথাথনবশিংও খোঙতেক হুইতাও মানিমাইবশিংও নখোয অপুম্বা রাকয়ৈ খোঙওইনা হৈরেম মপুংয়ায়দা হুরেন লান্দারুসে। তয়ম নখোয়দি মৈতেংঙু নোইনাই খোরাম্বাবগী দমকপু শংলৌ খোয়াংভমও শারেন শানৈঙমও, রাংলৈ য়ুনৈঙম খারি লৈখোঙচু চামলৌ লাকম ফাম্না নোংয়ায় ঐগী কংলা রাকোং-লাক্তা লাইরেন মৈতেংঙুগী দমকপু তরা লুকমায়লেম শারেন কাহাপ্পনা লুকলেন তৈনা শেম্মদি নোংহামঙামও। তয়ম নখোয়দি চৈরৈ মরোল তৈনা লোমঙমও, তিথেন তাপুনশা থাঙলেন মথৌহেন মাঙশোক লমথুম নাই ফমলেন নমথাই নাইনদি নোংহামঙাম্ও। নোংয়ায় মচেৎমদি তুংরল নামতু থায়িবদা থংনং তাবুলশা লাইজা ঈদা কুম্মদি তিমেন খোঙদা নেৎনদি লাইরেন মৈতেংঙুবু রাকরৈ হিওকঙমও। হুইতাউ মনিমাইবা খোঙতেক তানাদবা নখোয়দি তুরেল লাইজা

ঈরাংমাদা তিমেন মরাঙ ছৌনা খোকলাং মনিন্নাইঙমও, থিংলো তুগুম্ববু পঙ্কনঙমও, লাবা পনকোয়ঙমও। ইদহিরেম ক্বাকপা লৈতোন পাম্বা খুনপুথানবী কাবা কংলা ঈফাং থৌবা নঙদি মোংবা তুথূপমাদা য়ামলা খোঙথৈ চীরোন্চন্ শীংউৎ নাচুংথৈনা তুরেন মোংবা ঈবু থৈনা থিংঙমও, শানৌ রাংঙমলোন নঙদি লাইরেন নপা মৈতেংঙু লোইনাই থৌরান-থাবনা মরান ঙন্দেরকপদা লৈরাইমুংপিথক্কা থৌথামঙমও। নোংয়ায় শেল্লেপাকনে কারমলাউও। খুমন পাইরৈপাকনে তল্লমলাউও। হৈরেম য়িমথৈ ফংনা খুঞ্জান য়িমদোললোম্ববু অন্না শোনথৈনীকল্লিথৈঙনে, তরা খুৎকুমবিখো–ও রাংলৈ চীনথুনমাবু য়োংখিল্লো হায়না পাউথেমঙমও হায়না পাঙমেল্লমএ। নোংয়ায় খুমন নিংথৌ অদোন পুন্সিবনা ইদাই-রেমশিংও অদোন রাকয়ৈ ইথূৎনেৎ লৈতাংঙম্বা চোংথু কাবা শ্রাপুং লৈফংবা ইবু রাকয়ৈ খোংচি নারেং লোম্না কুরাকশিদং মহুম শীৎনা শেন্দাং য়েনখি লৈনা তেংলরো হায়নখিএ। নোংয়ায় খুমন নিংথৌ তন্দু লাম্বাবনা রাকয়ৈ খোঙঙইনা খুমু পাল্লোইননা মোংবা খুল্লম ইন্না হুয়েন লাত্তারকএ। লমলেন মোংবা তুথূপমাদা থরৈ কোম চম্পুগা মমোম শাংগা লৈমগা চাউনা শাংনা পাল্লমরাই থারৈ কোমপাচা মহিথেন্দা লাইরেন মৈতেংঙুগা লমঙক্লরে। নোংয়ায় খুমন নিংথৌ অদোন পুন্সিবনা হান্না পাঙমেল্লকএ। মাকলৌরেম লোইনাই থৌরাম্বাবা-ও নদাইরেম হৈরেম মনিন্নাই খুঞ্জান ভানাদবনা নোংয়ায় ঐবু তাংশক্তে খুমন ঐবু মীথাদে। লাইরেন নঙবু পাউথেম্বনে। অসি কোয়ৌ হুমিৎমানা হৈরেম থেংমন্না খুঞ্জান নামন্নসে মাকলৌরেমও। লাইরেন নঙগী রাকয়ৈ নথূনেৎ তোংচেং নম্বুংচঙ অসিবু করি কৌবনো? নদাইরেম তোংচেং নাউমৈগী খুমু নৌচাউ শূনা অসিস্থু লমপোকচৈথং য়েৎলম ওয়রমগী থিনবা সনা খাউচাউ পুবস্তুং কোলোয় মমিংথোংবু করি কৌবনো হায়না পাউহংববু মৈতেংঙু থৌরাম্বাবা কৌবা ঈরোং লাম্বনা পাউথুমখিয়ে। ইমান নোংয়ায় খুমন নিংথৌও। লাইরেন রাকয়ৈ ইথূনেৎতি তোংচেং কবুইঙম্বা সনা শাশন খোঙতাঙববু কাইনা হুনবা-ও

কৌএ। ৱাকয়ৈ লুপচিপোপ তোংচেং য়েম্না হৌ কোম্বা চারম লেংবা পামেল উশা পোপলবা হিনে। হিয়াঙ কাংথং মহুমগুম্নবা হিনে হায়না পাউথুমখিএ। ইমান নোংময়াম খুমন নিংথৌও ইদাইরেম তোংচেং নাউমৈগী খুমু লৌচাউ শুবা অসিদি তারিয়া য়েম্নাংবা তনবা চেংকোই মী থকপা কৌএ। রায়রা শারাউখোন হুয়েন লাম্নাউখোনবু খঙদরিএ। লৈকু খমথেংম্নাম লৈরাই চুপথৈ হকও। ইদাইরেম নমপোক চৈথং য়েৎলমগীদি খুরায় নাহা রায়রংবা মপললোন নোংচেংশু লিন-কোয়গীনে। নম্পোক চৈথং ওয়রমগীদি থিনবী লাইরেনচাম্পা মপললোন থোংচাউশু লিনকোইকীনে। ওক্লবা চৈহুনা হংকোই তারোই নীকপা মশেন্নে। লাইরেন ঐগী সনা খাউচাউ পুবা অসিদি অতোম নাহা শঙ্গাই পাম্বা কৌএ। ইদাইরেম অসিমুং মোমহু হুহৌতোংগুম্বনে। রয়রা শারাউখোন হুয়েন লাম্নাউখোনবু খঙদরিএ। ইমান নোংম্নায় খুমন নিংথৌ অদোন পুন্সিবা-ও। নঙগী ৱাকয়ৈ নখুনেৎ অসিহুম করি কৌবনো? নদাইরেম তোংচেং নাউমৈগী খুমন নৌচাউ শুবমু নমপোক চৈপং য়েৎলম ওয়রমগীমুঙ নোংযায় নঙগী সনা খাউচাউ পুবা অসমুঙ কোলোয় করি মিংথোনবনো পাউহংখিম্নে। নোংম্নায় খুমন নিংথৌ লেমলৈ নিংথৌ হাইহৈবনা পাউথুমখিএ। হোয়দা লাইরেল মৈতেংঙুও নমান ঐগী ৱাকয়ৈ ইখুনেৎ অসিদি লৈতাঙঙবা চোংথু ফাবা থারংপুং লৈঙংবা কৌএ। ৱাকয়ৈ লুকচি পোপুরি, তোংচেং য়েম্না হৌদরি। পামেল উশা পোপুরি কোম্বা চারন লেংদরিবা হিনে। ইদাইরেম তোংচেং নাউমৈগী মিৎয়েং নানিরোঙবা পোনবী ৱাইরংচেক চেকলা মঙুং ওইবা অসিদি মপললোন ৱাংগোইশু লিন-কোইগী অদোন থংচিং কোকচাউচা কৌএ। ইদাইরেম নমপোক চৈথং য়েৎলমগীদি ঙানবা হাউরুশাংচা কৌএ। ইদাইরেম মাথোয় মরিমা অসিদি মদোম তনবা মীখনথাই থয়াং কোন্দাই লোনবা নোংম্নায় লমকেৎপা খুমন লমথোইবা মশেন্নে। হৌরেন ইখোয়না হৈরেম হিমখৈকং খুক্তান পন্দোন লোম্বদা পোইরৈ নখোয়না চেপনা হৈ, ৱাংঙম

পূমনা চোইরবদা অথম মীপোক্কে অথোই লাংকোনগে ঙাইখস্না মশেম্লে। লাইরেন রাকয়ৈ মখুনেৎকা অদোন খনলোই মমিংথোগো হংনখিয়ে। অচু নোংগীবু লমলেন হংগুন ম'হৎথেনও থে'ম্ররমএ। নোংয়ায় খূমন নিংথৌনা মাকলৌরেম মৈতেংঙু থৌরাম্বাবা-ও নঙদি তুবী থমং লৈমাচা থমং নিংথৌনে। শেম্লে ইরুতোং পাইরৈ ইরু ঙাকপনে। রাকয়ৈ মাঙদা হেন্-ও, তোংচেং মাঙদা চৎও ' হৈরেম পন্দোনলোম খুঞ্চান য়িমথৈ-কংববু থেজনে হায়না পাওমেল্লকএ। মৈতেংঙু থৌরানথাবনা ইমান নোংয়ায় খূমন নিংথৌ অদোন পুন্সিবা-ও। নোংয়ায় নরমথৈ খূমন নতুয়ানে। হৈরেম পনয়া থেং শৌপোন মাঙওই থিনববু নঙ হালও। নোংয়ায় মাঙদা চৎও। রাকয়ৈ মাঙদা হেনও হায়খিয়ে। নোংয়ায় খূমন নিংথৌনা রাকনখিয়ে। তোইগীদি মৈদিংঙু লোইনাই থৌরাম্বাবা লাইরেন নঙস্মু রাকয়ৈ মাঙদা হেনগুনো, নোংয়ায় ঐস্মু তোংচেং মাঙদা চৎলোইএ। লাইরেন মৈতেংঙু ইবিংঙা রাকয়ৈ হিদাম্নসে হায়না তেনশীংনখিএ। নোংয়ায় খূমন্ নিংথৌপা পোইরৈ মৈতৈ নিংথৌগা রাকয়ৈ মথিনাই তোংচেং মরাঙ হৌনা রাকয়ৈ হিদাম্নরকপদা মৈতেংঙুনা তুবী মরোই লৌনা হৈনা রাকয়ৈ থিনহৌনা খমনৌ থাংঙমদবা হিহোম্ন-খিএ। নোংয়ায় খূমন নিংথৌ অদোন পুন্সিবনা মোংবা তুথূপমাদা ঙাইনোক্লখিএ। মৈতেংঙু মদাইরেমশিংও অসিদি নমপোক চৈথং য়েৎলম ঙয়রমগীদু ওইনবা চৈহুম্না হংকোইতারোইনীক খুমু নৌথাং ঙমদববু হিহোম্নৈএ। লাইজা ঈপূক থায়ঙমদে। চীংয়াই খুয়োননা নোংবান য়োয়েংবীচা হিহোম্নৈএ। হৈরেম য়িমথৈ কংঙমলরোই হায়বা খঙঙমদে হায়না নোক্লখিএ। অদোন কোল্লোয় ময়াথংগীবু মৈতেংঙু মদাইরেম নমপোক চৈথং হনবা খূরায় নাহা রাষ্টরংবনা য়াইবী কলহৌনীকনা রাহমখিয়ে। লাইরেল কৌবা ঈরোং লাম্বা-ও নদাইয়েম ইখোয়বুদি মম্নিম নোংয়ায় খূমম্না তাংশক্তে অদোম্না মীথাদরে। নদাইরেম ইখোয়স্মু তনবা ইরাঙ হৌগে হায়না য়াইবী মহুংহৌ তিল্লাং মখোয় শাউনা রাকয়ৈ হিশাং থনবনদি শমু খোঙবু থীম্না লৌরোং পানথৈ লাকনা লাইজা থাথিনপেক ইমু নজদাহন ইঙৌ মায়োক্লমা তনমু নাকন কূনা

খুমু নৌকম ভোয়রবদা নোংয়ায় খুমন নিংথৌবু য়াকচৈ হিলম থাওবা শোয়রেন ফুখৌ তুপ্পা নৌরোং পানপৈ তেকপা থাগুলে। লাইরেন মৈতেংঙুনা য়াংলৈ য়ুপান খোম্বু পিশিন খোম্মুকশৎ খোমলাং চোইনা ভা য়ুপান খিকথননা থোদোকলবদা হৈরেম য়াগ চাইরে, খুক্কান থুম্বী মৈমাংচন হুয়েন য়াইশীং মুৎলে, মৈবী তাঙ্গে হ পাইরে মৈথু মোংলোন কারে চৎলম ফানশ থুম শাইপু মৈতান পকনা লাইরেন মৈতেংঙুনা তুবী মৈনা ওৎনা থিংলৌ মথি নাইনা খংনং লৈতং লেংনা খৌশা-থবদি মপললোন লিনকোইগী য়ুথুম নানৈক্ষবিচা হৈরেম খোংঙা খোঙতেকপা চৈশুপানমাতোম্বা য়িমলক লাম্তন থৌবা হুয়েন লান করেম্বা লাবা ফৈরা মতান পাংমানা শেকচুম পন্দাই ওইবা শরেং মতান পাংমনা লোইবী কুরাউ পনগ্যা ওইগে হায়না তেনশীংববু কাইনা হুনববু লাইরেন মৈতেংঙু নোংচুপ মরোং ওম্বনা হৈরেম লৈকাই মানবা শাংমদা হুয়েন লান্দাখিববু অরোং তোইবিজম নিংভোনবীনা ঈয়োং কোংদি থক্কা চেকলা তুফাং চিনবী লাংমৈ তুম্ফু তুথাংনবীনা পাও-মেনগুম্মে। মতেংঙু ইবুংঙো। ইমান মচা লাইরেন তেন লোও তেকপা য়াকাউদবা-ও নদাইবেম ঐবু লহান নাউরা নখুঙৈগীবু থৌকাউরবরা? লাইরেন কোলোয় নতিনমেন তুবী কোঙ্গোই নয়ারেপ্পু থৌকাউগুনো। থাওলেন নখুৎশুনদি ঙাই থিবিও; তিমেন নম্বুংচওনদি ঙাইখমবিও। কোরৌ নোংদামদনা থবি নো লেপ্তনা লাইরেন ইনেম্মচা হায়নদি ঙাই-খমলিবা হায়বদি ঐনে হায়না মোমন্থ কোলোয় মতিনমেনবু মেঙ্গওমএ। মুংশি কোঙ্গোই ময়ারেপ্পু লেপচওম্বনগীদমকপু মৈতেংঙু, মাংঙা ইয়া ওইবা নঙদি লহান নাউরা ইথুঙৈগীবু থৌকাউরমএ। খোয়নৌ ইতারোয় চানা ইপুনলোই তৌরাং ফকচিংলোই, খোংবাল খৌরৈ লৈচেনলোই, থাজা নরৈকাইদি পরিং লেপলৌ তিংনা উকাক মায়ফং য়াম্নদি শেনবি-রম্মে। লাইরেন মৈতেংঙুনদি য়াকচৈ নীংহম্মনদি তোংচেং লুনা-চন তুবী থিংলৌ নীংনা তেরকুলবদা লমলেন হৈরেম লৌশেং মায়শেংমাই তোরৈমাদা নোংয়ায় খুমন নিংংথৌগা লমওক্লরে। মৈতেংঙু লোইনাই

থৌরাম্বাবনা ইমান নোংয়ায় খুমন নিংথৌ অদোন পুন্সিবা-ও ঐদি হৈরেম য়িমথৈ কলুবদি খুনচান থুম্বী মৈমাংচম্না ছুয়েন য়াইশিং মুংহল্লমলে। ইমান নঙগী দমকপু হৈরেম মচেৎমাবু পরিং লেপলো তিংনা উকাক মায়কং য়াম্না শেমলম্বনে হায়না পাওমেল্লমএ। লাইরেল মৈতেংঙু দি রাকয়ৈ মথিনাইনা তোংচেং মরাঙ হৌনা মরান ওন্দেরকলে। নোংয়ায় খুমন নিংথৌ অদোন পুনশিবস্তুঙ রাকয়ৈ নীংনা তে তোংচেং মৈনা ওল্লকলে। মৈতেংঙু লেংলেন লাম্বাবনা মোংবা তোরৈমা লোইবী খুনঙমখোং ছুয়েন শন্থোবী শন্থোবা ফানা খেংবু নাইতন্দরকলবদা লাইরেন রাংলৈ খাঙথংখোম্বু শমু খুত্তা পায়না হে ইদাইরেম তোংচেং নাউমৈগী নম্পুক চৈথ' য়েংলম ওযরমগী রাকয়ৈ হিসাংথনবশিংও ইখোয়দি নোংয়ায় নাতৈনা অতোন ঙমথংনরকলে, তনবা নখোয় নরাঙহৌ কাওরেন নথি মাইও, করম নোংয়ায় মীসা ওই অদোন মীরান ওইসি–বনো। লাবা শয়েং পানপোম্বু তিং, লাইজা থাতিন পেক-ও। রাকয়ৈ ইখুনেৎ তোংচেং ইখুংচঙ কপুই ঙম্বা নঙঙুঙ রাকয়ৈ মথিনাই তোংচেং নরাঙ হৌত্রবদি ইখোয়স্তুঙ নোংয়ায় মীসা ওই খুমন মীরান ওইঙৈনে হায়না রাকয়ৈ তেংমায়থক্ত রাকয়ৈ নঙস্তুঙ ময়ুম নোংয়ায়না কোন্তে থোং সানা লাইজা ফৈনা লাম্নবগনে, শী চঙ কৈতোই চম্না চকমোম খাম্বী মৈথা নোং, রাকয়ৈ পুংখুন চন্নরঙৈনে হায়না লাইরেন শমু খোংঙবু থীম্না লাইরেন রাংলৈ খাঙথং খোম্বু য়ুপান খিকথননা রাংলৈ লেপ্তুম য়োংলবদা লাইরেন মৈতেংঙুনা হে ইদাইরেমশিংও তুবী ঐবু চীংখোঙ পুয়োকওকো তোংচেং নাউমৈকি নম্পুক চৈথং য়েংলম ওয়রংগী রাকয়ৈ হিসাং থনবশিংও লাইরেন রাংলৈ ইতংখাক অসিবু তনবা নখোয় নরাঙ হৌনবা কাওরেন নথিনাইববু রাংলৈ চীনখুনমা য়োংমানাসে হায়না পাওমেনববু খুরায় নাহা রায়রংপা নম্পুক চৈথংহনবনা রাকনখিএ। লাইরেন ইপু ঙু তাও-ও হায়কুনো। নদাইরেম ইখোয়দি লাইরেন নজা করম্না রাংলৈ চংত্তিন্নসিবনো। নোংয়ায় য়িমথৈ ফংনবা হুইতাক্ত য়িনয়া হেপ্নথবু চীংঙু নোংথৌ সোরারেন অরাং পাথং য়োয়-

রেনবনা তাঙগা সম্পূর্ম মরম কোইরেং থোরক্তিং মরমত্তবু লনকুম্নবো হায়না রাংলৈ থাঙথংখোমগু চৌক্তিন্নরসে হায়খিয়ে। লাইরেন মৈতেংগুগী কোলোয় মতীনমেনগীবু মদাইরেমশিংনা রাকনফদনা রাংলৈচীন থুনম্মবু য়োংমন্নখিয়ে। মদাইরেম রাকৈয়ে হিসা থনবশিংনা তনবা মরাঙহৌ কাওরেন মথিনাই লাইজা থাখিনথেক, থুমু নৌকন লাক তম্মু নাকন কুরবদা রাকৈরে মথিনাইনা তোংচেং মরাঙ হৌরকলে। নোংয়ায় য়ুমলক চঙলকলে, থুমন য়িময়ায় থায়রকলবদা নোংয়ায় মদাইমা থুঙান মেনক্রুক মেনথা য়াঙনা খোইয়ন লাইসারাই, অতোন লাইকাপান, নোংপানলোন চেকাইপোক থুঙ্গান লামতু থায়িপাক্তা তম্পা রাংঙমলোয়া তুরেন লৈরাইমুংবীথক্তা পাওমেনঙম্মে। লাইরেন ইপা মৈতেংগু নোইনাই থৌরানথাবা লাইরেন কোবা ঈরোং লাহাবা-ও হৈরেম অথাপ্পা থুঙাম অতাম্বদগী নরান ওন্দেরকপদি অরা শোনখৈনীক, য়েনপী হুইয়াইরোম লাইরেন সনা লাংচৈ চোকলিঙৈনে। লাইরেন নঙমুঙ তরাখুংপুনমপ্পা পীমায়খিরে। লাইজা চানয়োংখিরা-ও। লাইরেন ইপা মৈতেংগু নঙগী দমক নমোম তম্পা রাংঙমলোন ঐন থারী লৈখোঙ চু চামলৌ লাফলয়া সারেন লৈতোইয়াং থাঙচি য়াতোইরেন, সম্ভাই মকোং চেং সাকুবাজোং থন, লুকপেন পমন শেমনা নোংহামলিএ। নোংয়ায় শেল্লেপাকনে কারম লাউ-ও। থুমন পাইরৈপাকনে তলমলাউ—ও হায়না তম্পা রাংঙমলোয়া তাংজা মরৈতোয়দ কৌসয়েএ, শমু মখুংতোয়দ চৈরৈ কিকুম্নুংদা হাওরৈ লাইনা পাংবা লনদা হাইথংএ। মৈতেংগু থৌরানথাবনা হৃদাইরেমশিং-ও ইমোম তম্ফার ংঙমলোন নোংয়ায় অথাপ্পা থুমন অতাম্বদা কাঙজনবী ইমোনগী চেংলৌ শকপু থঙদন পুম্নং লেপথঙদবীনা লৈরাই মু বীথক্তা পাওমেনয়িএ। রাকৈয়ে হি থাংখিসে থমনৌ চৈরংখিও হান্দনা তোংচেং থনমুকনখিএ। নোংয়া'য় থাথা পুমন। তিয়া লাইজা ঈদ কুম থংনং তাপুন শা। তিমেন খোঙদা নেংনা মৈতেংগুবু রাকৈরে হি ওকে হায়না তাইখমলিএ। মৈতেংগু মতাইরেম তোংচেং নাউমৈকি তারিয়া য়েল্লাংপা পোনপী রাইর চেকুম্ব। মিংথেংনাথীরোঙবা তোংচেং

খনমুকনাথোকলে। লাইরেন ইবুংঙো তাউ-ও নমোম রাংঙমলোম্না তাংজা মরৈতোম্মদি কৌসিন্নৈএ, শমু খুৎতোম্মদি চৈরৈ ফিকুম্নুংদা হাইথোকএ, রাকয়ৈ পোৎথাকরোইএ হায়না তোংচেং খনমুকথোকলে। মৈতেংঙু থরানথাবনা ইমোম তম্ফা রাংঙমলোনও নপন ঐদি ঈরান ওন্দে থেঙ্গলগনে নোংয়ায় শেল্লৈপাকপু ভল্লরোইএ; অতোন পাই-রৈপাকপু কাররোইএ। ইমোম তম্ফা রাংঙমলোনগ হৈরেম খোংঙো খোঙতেকচা চৈশু পানমা তোমপা য়িমলক লানতনথোবগী তাংজা লুরেনতোন অসিবু হয়েং নোংয়ায় নপুংয়াম্নদা য়েনপঙ হইরোম চম্নক লাকথা লানমিং থানরুও হায়না তাংজা লুরেনতোনবু হুনখৎলম্মে; অদু নোংগীবু নোংয়ায় তাংজা লুরেনপুংও হায়না থোম্মৈএ।

## নৈনবা শরুক

মৈতেংঙু থৌরানথাবা—মৈতৈ নিংথৌ হেমদৌ ইরাম্থাবনা লিন-শুরোন খুরোইংম্বী পাম্মদুনা খুরোম্বগা থরানথাবগা পোংনাউতাবগা মেনম্না মুয়াং চাউবগা মজা ইবুঙো মরি পোকই। মৈদিংঙু ইরান-থাবগী মথংদা ইংশোক ১১৯৫ দা নিংথৌ ওইদুনা খৃঃ ১২৩১ ফাওবা পানখি। কোইচিং কোইমহৌদা লান্দাদুনা থারা লাংচেংশোই কায় হায়দুনা থরানথাবা হায়না কৌখি।

তোংচেং কবুইওম্বা—মৈদিংঙু থরানথাবগী থোঙনেৎ হি।

তারিয়া মেল্লাংবা—এলাংবম মচানা। মৈতৈ নিংথৌ থরাম্থাবনা হি তোংদুনা হৈরেম খুঙ্গান্দা লান চৎলুবগী হল্লকপদা খুমন নিংথৌ পুন্সিবগী থৌইনশিন্দগী কাকপা লৈতোন পাম্বনা মৈতৈ নিংথৌনা তোংলিবা হি অদু হিরুদা পায়দুনা মথুৎনা য়ানবদা মৈতৈ নিংথৌগী মনাই তালিয়া এলাংবা অথৌবনা খুমনগী কাকপা লৈতোন পাম্বগী মশম পায়দুনা হিরুবাক্তা চিংখৎলগা মথুম্তা পায়বা নৌনা খুমন অথৌবগী মকোক ককখি। হিয়াং হিরেনগী হিনাউদা হাপলিবা মী

মকোক অশাবা অসি খুমন কাকপা লৈতোন পান্থগী অহুক্তে ককখিবা মকোক অহুগী খুদমনি।

লৈতা ওম্বা চোংখুকাবা—খুমন মি'থোঁ পুক্লিবগী খুনেং হি।

## ৱাহৈগী অর্থ:—

কৌবা চীংমুং নোংগা শোয়রকলবদা—নোং ঙাল্লকলবদা। ৱাকয়ৈ খোঙওইনা—হি তোংহুনা। মোংবা—তুরেন। তোরৈ নমশাং শীংনা—তুরেল তোরৈ মতুং ইন্না। ইমান—ইকু। মাকলৌরেম—ইঙ্কাক। হাওরৈ থানা পাংনা—মখা মায়গৈ পাংনা। খুমু—নৌ। ঙাইরকখিও—ঙাইখো। ৱাকয়ৈ—হি। তোংচেং নাউমৈ—হিনাউ। নম্পোক চৈথং—মথং, মকোক্তা হেক থংনবা ওমথং. শারেন তোংকম ৱাদা চীকনা—মখুৎ য়েৎনা পায়দুনা ময়ানা নাপী চীকুনা। খারি লৈখোঙচু চামলৌ লাফম কানবা-য় অয়াকপা থকপা। নোংহাম-ঙামও-ঙাইহুনা লৈরম্মো। নামতু—তুরেল। খংনেং—তা। তিমেল—তা। মোংবা তুথুপমাদা—তুরেল তুথুপমাদা। ময়ান ওন্দেরকপদা—ময়ুমদা হল্লকপদা। ওয়া খুকুমবিখো—চাক চাবিখো, লুক হাবিখো। ৱাংলৈ চীনখুনমাবু য়োং'খিরো—য় খজিক্তা থকপিখো। পাল্লমরাই—লৈরম্বা মকম। লমওক্লরে—উনরে, থেংনরে। তাংশক্তে—উশিন্তে। থমলৌ নৌ। তুবী থমং লৈমাচা—মৈতৈ লৈমনা পোকপা মচা, মহারাণীগী মচা। তোংচেং—হি। নতুয়ানে—নরমনে। ইবিংঙা—ঐখোয় অনী। ঙাইনোক্লখিএ—নোক্লখিয়ে। ৱাগা চাইবা—লৈপাক কায়বা। খৌশাথবদি—লান্দাবাদি। কাইনা হুনবা—লান্দা ওম্বা। কোংদিং কি। কোরৌ নোংদামদা থবি নোংলেপ্তা—নোংমতা লেপ্তনা। ইনেম্মচা—ইপুরোয়বা। মাজা-মপুরোইবা। য়োংমানাসে—থকমিয়সে। ৱাকনখিএ—য়াখিদে। অতাম্বা—অথাপ্পা। চৈরৈ কিকুহুংদা—কি মহুংদা। তাংজা মরৈতোয়দি—মচীয়দি। তাংজা লুরেনতোন—মকোক।

# চোথে থাওরাই পাখংবগা লৈমা শুনুলেম্বীগী হিংগৎমিন্নরকপা

## ( কংলৈ নুংলাংপান্দগী ওন্দেরকপা )

### ( চোথে থাওরাই পাখংবদগী )

কেগে থাংরাই নাহা মোইরাং চোথে পাখ বনা তাল্লোয় মরুম্বী লৈমা শুমু লেম্বীবু শমু খুতোম লাক্ ওকথী লুমলাংকোম্না পেম্মা-ও নওবু মাল্লেম লৈদা ওল্লগুনো উফুন নোংলৈথকী হৌগৎলবদা অনৌবা পাওমেনখিয়ে। য়োইবুনাই তাল্লোয় ইরুম্বীও নথংলেন ননেম্মচা ঐদি চীংঙু খোঁথাখোন অরাং পাখং য়োইরেনপা খৌথ্রাখোনবু রাকন-কররোইএ। অরাং কোরৌ নোং কানবা লাবা শওদিং ইনিংখম অঙৌবগা নোংবান কৈরৌচাম্বা মহৌ লোইকা ফিস্নুও পুম্নুং ইফুরিং চরৈ ইয়িনফি লাবা লুকোয় ইরেংখাওম্নুও পাথং কুচেং কায়েংলী পাথাওতিনলোন য়াম্বা হুঙোই কোন্দে নুরাবীবু তাংজা জিন্নাপনা রাওইফি, তাংজা শমখোওলা অঙৌবস্নুও তাউথওবিয়ো হায়না রাহমলবদা লৈমা শুমুলেম্বীনা মথংলেনগী শমজিং মনিংখম অঙৌবগা মোমম্নু চীংহি ওাইকামিক অঙৌবগা মাল্লৌ থুপচিন্নখিয়ে। পুম্নুং মফুরিংকা নুরা মাল্লৌ মকানকা চরৈ ময়িনফি অনীমা শূনা হাউতে কাওমন্নখিয়ে। লাবা লুকোয় শলাই ফিগা নান্‌পা তেমচিন লোমমন্নখিয়ে। তাংজা শমখোইলাক অঙৌবগা অয়াং লাইকা চমু রাওরৌ শাগী লি খাওকম খোংখুৎনা ওনবগা তাউথওলবদা কেগে থাংরাই নাহা মোইরাং চোথে নাহা পাখংবনা কোরৌ মুমিৎ মঙানি শুরবদা চরৈ ফিঙৌ শেৎ ভরা চামাংদা রাংলৈ মুমাংদনা কোরৌ নোংগাপে হায়রবদা মপন পম্মৌ নিংথৌগা পল্লেম মমাগবু শমু খোঙবী পায়না পাওমেনখিয়ে। চীঙঙু কোল্লোয় মতিনমেনবু মাই মৈচেনফদে কোরৌ নোং কারগে

হায়না পাওমেল্লবদা যাত্রা থে'ঙশাল্লে। মপন পল্তৌ নিংথৌ থাংবাই কোংত্তিং অহনবগা পল্লেম মমা লৈমা থমোইলেম্বীগা তাল্লোয় মরুম্বী লৈমা শুনুলেম্বীগী মপন থোংনাং লোইহাইপাকা পল্লেম মমা কেগে লৈমা অঙানবীগনা শমু খোঙবু থীম্না মালেম লৈদা ওম্না হেকঙাই মপাউ চাউনা মীকপ'খয়ে। খোয়চিঙুংয়াপায় ঈচাউপীচাথামাঙনা মুংওম্না মপান্নিনা কোরৌ .না'কারম চৈংঙু নোংকা লম্ব, মার খোঙ্গুল য়েং'না মীক'লৌয়ে। কেগে খাতা হৌ, মোইরাং লাইথা তিন থুয়োন শেপলৌতুমলৌথা, ঙাল্লৌ ঙা'থম, উরা লাইচৌং খোইনাই ওম্পা, পূমনা হৌনা কেগে মোইরাং চোথে থাংরাই পা'খংবগা তাল্লোয় মরুম্বী লৈমা শুনু লেম্বীগা নোংনেম লাহনা পাংনা অরাং কোরৌ মোংগা-খিববু কেগে নিন্দুম নিম্না খুবাক ল'ইখন শানা চেংলৌ মিৎপু লুমনা মিৎয়েং শানখৈলৌয়ে। ঙাংঙো'ই নিন্দুম নিনবনা পিরেম থকমাতা হেৎঙাই মপাউ চাউনা মীকপলৌএ।

চোথে থা রাই পাখংবদি কেগে চ'উবা পূ বু কাম্না চোংনা অরাং কোরৌ নোং কাখিরে। কোরৌ মখলমা রাংবল মরোলমা য়ৌরবদা লাইজ ঈনা শুম ঈাশ' তমলেম চাউ, থো লেন পানপৈ হাঙ, কাউখঙ মরোন য়াম্বদা, চৌংঙু নোংথৌ সোরারেনগী মদাইরেমশিংনা থোংলেন পামপৈ শেমলমএ।

কেগে থাংরাই নাহা পাখংবা ও খোইযুময়ে লাইয়িংথৌ চৌংঙু থংপা য়োইথংলেন নাসু বনা নঙবুদি খো'লেন পানপৈ লাম্না কোরৌ নোংগারকও হায়যে। তাল্লোয় নরুম্বীবুদি চৌংঙু পন্দম্লকও হায়দে, শমু নবঙানি ঙাইরোইনকরোইএ হায়না থোংলেন পানপৈ শৎনা থৌখামখিয়ে। কাউখংমাপৈলেম্পতা থোংনাং লোইকেনবা চম্নুনা পাওমেনখি'য়। পোইযুম পাথং য়োয়রেমবা মদাইরেন থোংলেন পাম্বৈ শেম্বা ইবুংঙোশিং'ও থ লেন ইপিংঙাবু লা লেন কোংয়াং রাপূম্ম শুম্বনে করমনা খাইত্তোকপিরগে হাম্নবনো অসুমনা পাওমেল্লবদা

তাল্লোয় মরুম্বী লৈমা শুমুলেম্বীগা কেগে থাংরাই নাহাগা লাইজা ইরেনপু বু শান্না চো না থোংলেন পানপৈ লান্না কোরৌ নোং কামিন-নথিয়ে।

চীংগু লমথাঙমা য়োরবদা লাইজা মথিন্নাই ইমু মরাঙ হৌনা ঈশিং তমলেন চাউঙময়ে। থাঙলেন য়াশবনা থোং শারমএ। থাঙ শাবনা পানপৈ শেমঙমএ। চোথে থাংরাই পাথংবদি কচেং নাইকা থাংনা থোংলেন পানপৈ লাল্লে। থাঙলেন থোংশাবশিংনা তাল্লোয় মরুম্বী লৈমা শুমুলেম্বী ইবেম্মা-ও নঙদি অরাং কোরৌ নোংগাক-রোইএ। চীংগু থংপা য়োইথলেম রাতাথিঙমচৈঙনে হায়না থৌথামথিয়ে। থোনাং লোইনেম্পা চমুনা হায়রকএ। থালেন ইনেম্মচা কেগে থাংরাই নহা-ও তাল্লোয় নরুম্বী রেবু কোরৌ নোং কারগুনো হায়রবরা? মোমমু ঐদি লাইজ। ইরেনপুং অসিদা ইমু খায়াকনা ঈভৌ থময়োংননা নোংমল্লগে চেংলৌ নমিংতোন্না হুন্না য়েংবিরম্মো হায়না লাইজা ঈরাংমদা শমু খোঙবু থৌন্না মীকপথিয়ে। কেগে চোথে পাথংবনা য়োইকুনাই তাল্লোয় ইরুম্বীও খোইয়ুম কোনথৈ অত্তাম্বনা রাতাথিঙমলবমুং ঐনা মানবী খুতশননা মুংমু লৈতোন কোন্না প্রুমচরক্কে হায়না খুজেং হ জিরায়না পাংলেন পানপৈ পায়না লানমিন্নথিয়ে। অসুমনা কোরৌ নোং কামন্নাথিয়ে।

কোরৌ মথল অমা রাংথন মরোন অমদা তাংজনা লম ঙাকঙময়ে। লিল্লানা থোং শাইয়ে। মুংকোই শেরনকি চারাংনা কম্পোং তাংজা নারিনশং, চরৈ ফিয়ান ঙমদবা লিল্লা কেগে চোথে পাথংবা-ও নঙদি চীংগু নোংথৌসোরারেন সনা মথোঙখাবু য়াঙনা ইন্দানথিও। থোংনাং লোইনকেনবা চমু লৈমা শুমু লেম্বা নঙদি চীংগু পন্দনকরোইএ হান্নবা তাংজা কৈনা লাম লিল্লা কৈনা ঙাকনা থৌথামথিয়ে। লৈমা শুমুলেম্বীনা থলেন ইনেম্মগা কেগে থাংরাই পাথংবা-ও তাংজা মানা থোংশাবা থাঙলেনমানা থোংশেম্বমুং লাল্লকলোই। কোরৌ মথলমা রাংবন মরোন মাপনমকী কেগে ইপল লম মোইরাং ইপু লমদা

মোমন্থ ইতোম হনরাইঙমলোইএ। তাংজা লিল্লাথিনা ঙম্বনবস্থং মোমন্থ চীংঙু ইরাইবক্কীনে হায়না থংলেন মনেম্মচাবু পাওমেনখিয়ে। হেকঙাই মপাউ চাউনা মীকপখিয়ে। কেগে থাংৱাই পাখংবনা তাংজা লমথৎপা লিল্লা খোঙ ঙাকপশিংদা পাওমেনখিয়ে। মোমন্থ তাল্লোয় ইরুম্বীবু শীংলেন শেংনা ঙমলরোই, লৈরাং খাইনা ঙমলরোইএ হায়না পাও-মেল্লবদা তাংজা কৈনা লাম্বনা চায়থোকপিখিয়ে ম্নুংকোয়সেরন ঈনা খোয়মা নারোম্মুংদা লমচায়পিখিএ। মথংলেন চোথে থাংৱাই পাখংবগা লৈমা শুন্নুলেম্বীগাদি তাংজা লমঙাকখম্ব কান্না চোংনা কোরৌ মথোং ৱাংবন মরাকচীনবু য়োরবদা চীংঙু নোংথো সোরারেনগী মদাইরেম নাউরা থোংখৈগী ঙাইন্নু থোঙাচন ঙাকপশিংমা নিংথৌ থাগী নাহা উমাইচা নিংথৌবা নোংপোক তৌত্রি তৌসাফাবা, তৌরাং লোংচু নাবা লৈরাং মগুং মানবন তাল্লোয় মরুম্বীগা কোরৌ নোংগারকপা নঙবু কনানে। হায়না পাউহংঙামএ হায়দবরা? অসাইগী নাহা থোঙখৈ ফম্বা লীচৈ তোরান শূবা অপ্সরি লাইরৈমা লোইন্নু তেকপু নোইতম্বী নোইমল্লাংবু ঙমতম্বী খোঙশিং মানবন নোয় খুংথেক পল্লাং নোয়বু লৌমাতৈবাশিংবু খোইমোম মলোনথি, চীংঙু মশীংপাপু য়োন্দবশিংও ঐনে কেগে মোহরাং চোথে থাংৱাই পাখংবনে। চীংঙু থংবা য়োইথংলেম্মা অৱাং কোরৌ নোংগারকও হায়বগীবু চীংঙু পন্দল্লকপনে হায়না পাউথুমলবদা হোয়দা কেগে থাংৱাই নাহা নঙদি কোরৌ মথোঙচিন অসিদা নোংহামঙমও হায়না পাওমেনখিয়ে। নাইকা থোঙশঙহনবনা চীংঙু নোংথৌ সোরারেন অৱাং পাখংয়োইরেনবা ও নদাইরেম কেগে থাংৱাই কোংতিং অহনবগী মপারি, চখাখোংমারেবা চম্ব পায়মা সনা লিনগোষ্টগী কেগে চোথে থাংৱাই পাখংবদি তাল্লোয় মরুম্বী থোংনাং লোইহাইপা চম্ব ময়াং শুম্ব লোইকেনবা ঙম্বু লৈমা শুন্নুলেম্বীগা খোইয়ুম সনা নখোঙথাবু ইন্দাল্লকএ হায়না মানবী খুত-পননা মুকমু লৈঙেন কোম্না পাওমেল্লবদা খোইয়ুম লাইয়িংথৌ কোনথৈ

অতাম্বনা পাউথুমখিরে। তম্নমও কোরৌ নোংলাংপান অসিদদি তাল্লোয় খাচিকনা লূমলেন খাকাংনফরোই। পারি চোথে থাংরাই পাখংববুদি খোইয়ুম সনা ইখোংখাদা পাউ কৌখৎলকও তাল্লোয় মরুম্বী লৈমা শুন্নুলেম্বীবুদি কেগে মপন লমদা হুনরাইহনখিরো তাল্লোয় মরুম্বীবু শীলেন শেৎনঙমদা লৈরাং খাইনাঙমল্লবদি থাংরাই পাখংববু খোইয়ুম লাইচাক পীজোও হায়না পাওমেনখিএ। চীংঙু কোল্লোয় মতিনমেনবু নাইফা থোওলেনগীন' কেগে থা রাই নাহাদা পাওমেনখিএ খোইয়ুম লাইয়িংথৌ শরাং অথাপ্পনা তাল্লোয মরুম্বীবুদি কেগে মপন লমদা হুনরাইহনখিও হায়রকএ থাংরাই পাখংবা নঙদি খোইরম সনা মখোঙ-খাদা পাউ কৌখৎলকও হায়না পাওমেল্লবদ। লৈমা শুন্নুলেম্বীনা হোয়দা চীংঙু ইন্দ্র সোরারেনগী মদাইরেমশিংও খোইয়ুম কোনথু লৈমা হৈয়াং মথুংথা থাংনাং লাংস্নলিপা, কনহৌহৈ, লৈতাও থাল মাপালহৈবু লুপা হৈগোই থাওনা তাউজৌ হৈপুম্মাপু ক' শু'দাই খায়শুম্বু থংলেন ইবিঙ্গাবু করম খাইনৌ হায়বনো হায়না মালেম খোঙবু থীম্না মীকপ-খিয়ে। খোইয়ুম কোল্লোয় মতিনমেননিগীন নাইফা থৈকম্বশিংম্না কেগে থাংরাই পাখংববু খোইয়ুম লাইচাক পীজরে। চোথে থংরাই পাখংবদি তেনপান খোকমৈনেম, লাইজা ঈথিনথোক প'য়মা নিংসা থমনা চেংলৌ মিখোঙ থি না থরায় মিরেন পাইনা কোরৌ নোংগাখিরে।

খোইয়ুম লাইয়িংথৌ চীংঙু নোংথৌ সোরারেন নমু ফমলম শীনবা শরু লৌতম য়েনবা সনা মখোঙখাদা খোয়দা ম'য়োক্লনা চীংঙু নাক্তা সেম্না য়াংগোইরবদা খোংনাং লোইহাইবা চন্নু লৈমা শুন্নুলেম্বীনা মথংলেন কেগে মোইরাং চোথে থাংরাই পাখংববু মোমন্নু ফৈরা তান্দা থোংনা ঙক্থি লুমলাংকোল খজাইলেংলোন চূপ শমলাংতোনগা নাল পিরেম থকমা তানা হেকঙাই মপাউ চাউনা মীকপথিয়ে। থংলেন ইনেম্মচা-ও কেগে ইপন লমদা মোইরাং ইপু লমদা মোমন্নু ইতোম য়াংলৌ ওন্দে ঙমলরোইএ মোমন্নু ঐন্নু অমন থমলৈ কুমলগে

আকেম নওনা চকমোম লাংগা ওইবদা ইপিওঙা কুম্মরসে। হাওসি খুতোপ মনৱাইবী হাওমন লাংতা কেমৱাইবীবু ৱোইরে। তৱা চাথ দা লাইজা ঈয়োংদনা নোংমনমন্নসে হায়না মীকপথিয়ে। চীংঙ নোংথৌ সোরারেন মিৎয়েং তাংচুম্বনা খিংলৌ কাওতমথা শনকুম ওকলেন লাবা খারোনবা থক্কী য়ারেন মরি পানবা খাগী য়ারেন মরি পানবা ময়াঙপা তিল্লবদি নীপান পানবনে। থিংলৌকোংহনবা পল্লেম মমা লৈগ্নং কিসিঙ্গমচা খিংলৌ খুৎচুন কেন্দরিৱৈঙ পুনৈপ সেলাইতুন, চাগদবা ওকলৈনমলি লোঙদরিবা পুল্লৈ নাফানিকনা চাক্তাবা ওকলেন লাববু থৌগীখিয়ে। খিংলৌ নাখনাই ওকলেন নরাঙহৌনা পঙ্গেংলুও হায়না থৌগীখিয়ে। লৈমা শুম্লুলেম্বীনা খিংলৌ কোংহনপা ইবুংঙো তা-ও মোমঙ্গ খোয়মা ইমায় লৈরোই য়ামচেং ইনম মুকলরোইএ। ওকলেন য়াঙনা চীজোই চল্লো হায়না মীকপঙমএ। খিংলৌ কাওতম শম্না ওক্লেন নীংনা তেনা হনরাইখিয়ে। খোইয়ম লাইয়ি থৌও। নদাইরেম থোংনাং লোইকেনবা চঙ্গাদ মোমঙ্গ খায়মা মমায় ওনবিদে হায়না পাওমেল্লবদা খোইয়ম লাইয়িংথৌনা পানবা অথৌব, কৈরেন য়েক-লাববু থৌগীখিয়ে। পানবা অথৌবা খোইমা নাতোনুতা, হাওনা ইসং থপসাপা, লোকলৌ নমপোক তাইনা খিংলৌ নঙাইরোই, লাইরেন মহিশাংবু খুৎপুন লাল্লোই থা মালাঙ হি সোই চাইনা চাক্তাবা, চীংয়া পনকোয়বনা পানবা মরাঙ হৌনা কৈরেন নথি নাইনা পানবা খোংচুম খোংবা, শাতুনাকপা কৈরেন য়েকলাবা ইবুঙো তা ও। মোমঙ্গ ঐবু তৱা চাথংদবনা নোংথোইরকলে। পানবা নঙবু ঐবু চীনকোই চল্ললাও-ও হায়না কৈরেন নঙবু থুনা য়ঙ থঙপী পীলম হায়না পাউ কৌওমএ। খোয়মা নারোনথক্তা পানবা অথৌবনা পানবা নীংনা তেনা হনরাইখিয়ে। খোইয়ম নামুংবা ও নদাইরেম খোংনাং লোইনেম্বা চঙ্গদি য়ামচেং মনম মুকপিদে। নদাইরেম ঐবুচুম পানবা চীজোই চল্লোলাউ হায়না পাউকৌওমএ হায়না মানবী খুতপনানা পাওমেল্লবদা খোইয়ম লাইয়িংথৌ মুৎমু থলি ইবনা লাইজা ঊরিক লাইবু

থৌশীখিয়ে। অশাংবম লৈমা রাইচৎলম অরাম্বম লৈমা রাইকোইলম কোইরেং খুৎওম ঈ কোরৌ মচি ঈ রাংবন মনাউ ঈ চীংরাকপা-তম্‌থা ঈ নোংরাকপা কেন্‌থা ঈ। চীনফূলৈ লৈমা শান্দোং ঈ নাত্তা খুওম ঈ থৌয়েং থমনিং নাই ফানা ঈ, থোয়পূ খুওম ঈ, মাঙান্ ওকলাবা কুম্মৈ শোনপা, হুয়েন পাসাকপপা ফানা ঈ, লাঈজা ঈরীক লাইনা ইমু মরাও হৌনা লাইজা মথিনাইবা ঈ, মেনাংতনবা খুৎয়াউ ওমচাংহন লাইজা রাংথংমাই লোয়নরকপবু লৈমা শুন্নুলেম্বীনা শোং-কিদানা পাওমেনওমএ। লাইজা মথিনাইবা নওবু যোমম্নু ঐদি ইমু খায়াকনা ঈঙৌ থময়োৎনানা নোংমল্লগে হায়না পাউকৌওম্মে। লাইজা ইরেনপুংমা ইমু মমায় ওন্না কনরাইথিয়ে। খোইয়ম লাইয়িংথৌ নদাইরেম লৈমা শুন্নু লেম্বীদি য়ামজেং মনম মুকপিদে হায়না পাও-মেল্লবদা খোইয়ম লাইয়িংথৌ লাইজা ঈথাবা ইমু থনওংবনা থাম্বী মৈত্রেংবু থৌশীখিয়ে। লৈহুংচেনরাই মৈ, চাখ খু'ম্বাকমৈ পোইনাউ-তানা খুনকাওমৈ, য়াইথোং চাররোই, শমু পাংগনবনা চানা হুল্লেন খাগাথা, মৈবা য়াইগাচন, মৈয়েং থকা থোং খুনপী য়োরাইংম্না শমলৌ মৈ, য়াইথোং পিয়াইম্নুনা রাইলৌমৈ, চাথারাইতেকপা মুংকৌ মৈ, লাংপন শায়াপানা নপলৌমৈ, মৈতেংঙু পোইরৈ খুঙ্গাওবনা মঙ্গুং লানচেন মৈ, থংদা খুমম্থেম শূ তুবী চরাইরোংবা মাসেম য়ুমচওমৈ হুয়েন শেল্লিং ফানা মৈ, য়োইরেন অতোন লৌথা'ম্বনা অরাং লানশু চীং নামু দা নাকথং সারেন হুনা কুমশা মৈ চীংকু লম্মাপী থাম্পী মমাইথও থাপ্পুং লমওন মৈ, লাইপু লমথা মৈ, শাতু তেকচাকমৈ, শীংকন নোংকাই মৈ, চকমোম মথি নাই, পুচেং কোকপা মৈ লাংচেং খোম্বা মৈন' থাম্বী মরাও হৌনা পম্থেংলকপবু লৈমা শুন্নুলেম্বীনা খোয়মা মমাম্ন লৈবিদে। চকমোম মথিনাইববু পাউকৌওমএ। থাম্বী মৈত্রেং অরাবা ইবুংঙো তাও ও যোমম্নু ঐবু য়'ওনা নোংগাখরগে। চকমোম নথিনাইববু চৈরৎপিগনো হায়না পাউকৌওমএ। থাম্বী মৈ নো'খোংনা চকমোম

নীংনা তেনা হনরাইখিয়ে। চীংঙু থংপা য়োইথংলেন্দা পাওমেনখিএ। নদাইরেম থোংনাং লোইকেনবা চহুদি চকমোম মথিনাইববু পুম্না শোংকিদে হায়না পাওমেল্লনদা খোইয়ুম লাইয়িংথো নাস্তা তরেৎ চৈচিংপা কানপী চালিস্তুপ্ত উনথম চালিশুপাপুনা লোইবী চীংকাকলেনবু থৌশীখিয়ে। কাকলেন শাকপমু, কোরৌ নোংশারাই, মপন কাকলেন সোংচী নিংথৌনা য়েনবা মমা কোংষু চানা পোমআ, লাংকোংলম চষু মহুইথো, লোকলৌ রানলেন লোকপম চষু মহুইখণ্ড নোংয়ায় থিংপাইচম চষু লৈমা নিংথৌ খুনস্থ চষু লৈকু চুকোইপী মকোক তাংজা লিন্না মানবা, মমিৎ তম্ফা লীককোই মানবা, মথা তুমুং লংথুম মানবা, মমায় তোৎনৌ মানবা, মখোঙ থরানলোঙচুম মানবা, মখোন য়াংগৈ তাউবা হুইখোন শংশং খোকপা চেকনা লৈমা গুষু লেম্বীগী লরাই কোইরেন থক্তা তাংজা তুবক থায়না চৈপীগে তৌগুমলববু থোংনাং লোইনেম্বা চষু লৈমা গুষু লেম্বীনা থমন উচা লোৎপা য়েম্নাউচা উম্বা–ও পামেন থেমচা উকৈথক্তা থাংচি চাতোইশেৎ শারেন হিংসোই চাইনা চাক্তাবা চেকও মোমষু ঐবু পোনবী নত্তনা নরাঙহোনা চকলা নথিনাইববু পুমনা শোংকি-ররোই। পোনবী নত্তনা চী-গোইচল্ললাউও হায়না পাওমেনঙমএ। নমু পোংচেনবনা শরু নীনা তেনা হনরাইখিয়ে। চীংঙু থংপা য়োইথংলেন ন'মুংবা-ও নদাইরেম লৈমা গুষুলেম্বীদি থিংলো কাওতমথা শন্না তিমেনতা পাল্লবদা ওকলেন কাচক হৌনা চেংলৌ মমাগু ওন্দনা তিমেন মায়োকননা তৌগুম্বু মোমষু খোয়মা মমায় ওনবিদে, পোনবী মায়োক য়ানা নোংমল্লগে শাবি থাংমৈ পাথংবা-ও মোমষু তাল্লোয় নরুম্বী লৈমা গুষুলেম্বীনা তরা চাথংদনা লাইজা ঈয়োংদনা পিরেম থকমা তানা হেকঙাই চাইতাংশোম্না নোংহামলিএ। তাল্লোয় নরুম্বীগা খুজেং পাল্লোইননা কেগে নপন লংদা ওন্দেমিম্নখিও মোইরাং খুন্দা মিন্নখিও। ঙাংঙোই মনিন নাইবা খুয়োন শেপলৌ তুমলৌ থাবু থঙমদম্না পানবা পুনে। কেগে খুম্নিংথৌ ওইনা পাল্লুও হায়না পাও-

মেল্লবদা কেগে থাংজাই নাহা মোইরাং চোথে পাখংবদি তাল্লোয় মরুম্বী থোংনাং লোইনেম্বা চম্বুগী কৈরা তাঞ্জিন থক্তা তিনবান থোকমৈ নেম য়ারা শুজা নম তেকপীকোইথুংলববু য়োইওইলকএ। চোথে থাংজাই পাথংবদি মোমম্বু ভাল্লোয় মরুম্বী লৈমা শুজুলেম্বীগা কোরৌ নোংলোন থক্তী কেগে ঙানথম ময়ার খায়না কোরৌ নোংথিন পোপপোল্লতা চাউনা শাংনা তারকএ। কেগে মনিন নাইবনা চীংঙু নোংথৌ সোরা- রেনগী মপান্নি নোংথৌ খোন্নীফাবা নাউন্না খোরদাংশীংপা. পানবা কৈথোম থকনা নাউনৌবা ম্বুংনাং শাকনথক্তা থৌথাবা ম্বুংনাং অঙৌববু খুৎনেৎনবা হৈরেম খুঞ্জান ওম্বা কাপাক থিল্লাঙ ফাবা লৈশং থেকরাই লোঙবা চীংঙু মশান ওন্নে হায়না মেনাংতনবা শা নামুং অঙৌবা মানবী খুৎচুপ কেন্দবনা লমওকঙম্মে। কেগে খোইয়াংবনা ম্বুম্বী চৌরা মপান্ ফুক ফুম্বা তেকপী মফম হোং থোঙকাঙ কোকপাক মফম তাউনা চৈপিথিয়ে। চৈপী খুত্তান নিংথৌপুংও, পম্বৌপা থৌশিনপু লাংকোনপা, কেগে থাংজাই কোংতিং অহনবা পল্লেম মমা লৈমা থমোইঙ লেম্বীনা থোংনাং লোইনেম্বা ময়াংশুম্বু লোইকেনবগী তাল্লোয় মরুম্বী, কেগে লৈমা অঙনবীনা কেগে খুনফাংথৌ লুপা শান্নাঙ কোনপুশি লেংনা তিন কেগে খুন্নিংথৌবু ওইহনসে মোইরাং রাপী হাইবা য়ুমথু পোংলেন হনববু ওইহনসে হায়না কেগে থাদা নিন ঙাংলৌ ঙানথম উরা লাইচিং খোইনাই ওম্পু লেংনা ফাং, খুয়োন শেপলৌ ফুমথা, মোইরাং লাইথা তিন, কেগে খুনথক খুনথা পূমনা হৌনা মানবী খুৎতপননা চাংজৌ চেপনা লোম্না মালেম লৈগা পকনা লমওকঙমএ। কেগে মোইরাং চোথে থাংজাই পাথংবনা কেগে খুন নিংথৌবু ওইনা খান্না নোংলৈথক্তা কেগে মপাচাতা পাওমেল্লবদা কেগে থাংজাই পাথংবদি মোমম্বু তাল্লোয় মরুম্বী লৈমা শুজুলেম্বীগী কৈরা তান্দা থোংনা কোরৌ ফুমিৎ শীংবুম য়ামনা নোংথোইরববু য়ারা শুজা নম তেক্তা লাইকোই থোংলববু থন্নায় মিরাংপানবু অমরক ওন্দেন্নকলে হায়রদবরা ?

## নৈনবা শরুক

চোথে থাংৱাই পাথংবা—

চোথে থাংৱাই পাথংবা হায়বসি মোইরাং নিংথৌ কোংদিং অহনবনা মোইরাংলৈমা ওাম্বরোন থমোইরেম্বী পাম্লদুনা পোকপনি। মহাক্না তালোয় মরুম্বী লৈমা শুম্লেম্বীগা কোয়ো নোংগাকবদগী হন্নকলগা মথৈথংদা মোইরাংদা নিংথৌ ওইহুনা পানখি।

লৈমা শুম্লেম্বী—থোংনাং লোইহাইবগী মচানুপীনি, মোইরাং নিংথৌ কোংতিং অহনবগী মচানিপা চোথে থাওরাই পাথংবদা ওংই।

থাংৱাই কোংতিং অহনবা— মোইরাং নিংথৌনি, পুরিকলাই ভুশেনবনা নোংবাম্লোন নিংখিতরেংবী পামদুনা পোকপনি। মহাক্না ওাম্বরোন থমোইরেম্বী লৌদুনা মোইরাং নিংথৌ থিংক্রিনাচাউবা পোকই। মোইরাং নিংথৌ থিংক্রি নাচাউবগী মিং অমা চোথে থাংৱাই পাথংবা কৌই।

লৈমা থমোইলেম্বী—মোইরাং লৈমনি। ওাম্বরোন থমোইরেম্বীনা মোইরাং নিংথৌ থাংৱাই কোংদিং অহনবদা ওংহুনা চোথে থাংৱাই পাথংবা পোকই।

## ৱাহৈগী অর্থ:—

য়োইবুনাই তাল্লোর ইরুম্বী—ইশানৌ। নথংলেন নমেম্মচা—নপুরোইবা। অরাং পাথং য়োইরেনপা—লাইয়িংথো সোরারেন। মাল্লৌ—কি। চরৈ কিণ্ডৌ শেং—কি অঙৌবা শেংদুনা। চীংগু কোল্লোর মতিনমেনবু—লাইগী নোংদম্ব। মালেম লৈদা ওন্না—লৈপাক্তা ওন্দুনা। হেকণ্ডাই মপাউ চাউনা—মথোন থোক্তা, খোঞ্জেল হৌনা। নোংনেম লাইনা পাংনা—অরাং পাংনা, অরাংলোমদা। মিথয়েং শানথৈলোয়ে—য়েংহৌএ। ওাংডোই—মোইরাং। ৱাংবন—অতিয়া। চীংগু পন্দম্লকও হায়দে—শিরকউ হায়দে। ওাইরোইম-

নক্করোই—লোন্নয়নহুনা চৎমিন্নকরোই। খোইয়ুম পাখং য়োইরেনবা—লাইয়িংথৌ সোরারেন। লাংলেন কোংয়াং—রা। তমলেন—ঈশিং। কচেং—থাও। রাভাথিঙমৈঙেনে—শাউরমগনি। মোমস্থ—নুপী। ইমু থায়াকনা ঈঙৌ থময়োংননা—ঈশিংদা ঈরাক্কহুনা। নোংমল্লগে—শিরগে। প্রুমচরকে—থুক্কমজরকে খুজেং হংজরায়না—খুজেং পায়হুনা। তাংজা—লিন। লিন্না—লিন। চীংঙু পন্দনবা—শিবা। থংলেন মনেম্মচা—মপুরোইবা। ইতোম—ইৎন্দা। তাংজা লিল্লাথিনা ওম্বনবা—লিন্না চিকপা। নোংহামওমও—ওাইরম্মো। কোরৌ নোংলাংপান—লাইরৈপাক। কোংলোয় মতিনমেন—ময়াথং। ইবিঙাবু—ঐখোয় অনীবু। ফৈন্না তান্দা খোংনা—মফৈগন্দা থমহুনা। পিরেম থকমা তানা—মপি শিম্বহুনা। য়াংলৌ—লম্বী। ওন্দে—হনবা। অমন থমলৈ কুম্বা—শিবা। চকমোম—মৈ। তর' চাথংদা—চাক চাদহুনা। লাইজা ঈয়োংদনা—ঈশিং থক্তানা। পানবা—কৈ। থাম্বী মৈত্রেং—মৈ। ভুমুং—লং। য়াংলৈ তাউবা—হুই ওন্দেরকলে—হুল্লকলে।

---

# লাইরেন নোংশমৈ অথৌবা

( নোংশমৈদগী )

ময়াং লৈমাবা থোংনাং মনিংথৌনা রাহমলকএ। হন্দক থৌচং অসিদা শোয়দনা মৈতৈ লানয়াম খোমজৈনে। নিংথৌ ঐগী লাংগোই লাখোকশা রাজললহব লুরাংবা শামু য়াইশা নিংথিবনচিংনা লাংগোই কুম্থ্রা। শেএউ হায়না থোংনাং চীনদিম্মা হুয়েন লানশোক রাবু রারম মতোন লোমনা হায়রবদা লাংগোই লাখোক শানা মণিপুর ঙমলোইদবনু খঙলবরা, লাংগোই শামু য়াইশনা মপি তানা মীকপলবদা থোংনাং মনিংথৌ ময়াং লৈমাবনা রাহমলকএ। লাংগোই শামু য়াইশনা মণিপুর সনা লৈপাক্কা হুয়েন লাল চংলো হায়রবগা প্রেম তানা মীকপলে, য়াইশা মকম থারো হায়না য়াইশা মকম থারে, পনবান থাপনা থমলুরে। শামু মমাম্রবা অমবু য়াইশা মফম হাপলে। শামু য়াইশনা মাঙদা থা, যাত্রা খোঙশাল্লবদা প্রসেনা লানজিংলেনগী চরৈ কীরানখোক্তসু চেকলা মকু তোংলে, দোলাই মথুনেৎসু নমু মীরেংবানথক্তগী মালেম লৈদা তারে, থৌখোক অসি উবদা প্রসেনা লাঞ্জি লেম্না শাকুসুম কৌবা নঙগা পারি নজ্রা নঙগা মখিঙাদি থোংনাং মরৈবাক্তা লৈঙামও। শানৌ শেকচুনেৎ নঙ্গা কৌরিপশেক নঙ্গা অনীমানা হৈনা ইনম্নো। ঐনা হুয়েং পোইরৈ লৈপাকপু খুহুম চল্লে না তারবদা তাংজা ইখোঙ্গুল লীনা ইন্দাল্লকও হায়না ময়াং সনায়োম কোম্নুংদা থনমলে হায়দবরা? মশানৌ অনীমানা হৈনা মতুং ইম্না যাত্রা খোঙশাল্লকপবু লোইজিং নোং হৌহুনা চরৈ ময়িন কিদা ফিমুং লীকলা থাংএ লোইবী চীংবু রাংমা কাক য়োমলম্মে। অসুম য়াইথিববু উনা শামু য়াইশনা মাঙদা চংনা হুয়েন লানচংলকপদা গ্রায় জৈরাম্নু রাদহনা কোরৌ হুমিং চুপলে। থোংনাং মনিংথৌদা রাহমলুইএ। হে থোংনাং ইনিংথৌ ময়াং লৈমাবা-ও

লাংগোই শামু অসিবু মতৌ ওন্থোকএ, থোংনাং গা্য় ঈরানবিদমে হায়না রাহমলুববু থোংনা মনিংথৌনা য়াইবী কলহৌনিকনা রাহমলকএ। শামুবু মীনা শেনবরা হায়ববু শামুনা মীবু শেল্লে। অসি হায়না শাউহনা লাংগোই শামু কপ্পববু থোংনাং মনিংথৌনা থাগুলেন থুংনা কংনা য়াল্লবদা লাংগোই ওক্তো পৌরী থাংনা গা্য় রাংমা লাল্লা চিংলবদা লানথিরে। নোংমৈ যাত্রা মাওদা পুনা খৌবুম লমবেন্দা কোরৌ হুমিৎ তরেৎনি লাকলবদা লমলেন মদাইমা চকপা থোংজাউলেনগী চীংদোনবু য়ৌরবদা থোংনাং যত্রা মনোংমৈবু মাংলম উখোঙ খাদা থমলো, লাইজা খৌরাং থোইবগী ঈরোক অসুপ্পদা কুমলিঙৈদা যাত্রা নোংমৈ শঙলৌবা মীহুনা খোমলেন তুমলিঙৈ মণিপুর সনা লৈপাক্কী ওক্রেমচা কিয়াম্বা রাইরোকপমচা খুঙমগা অনীমকনচিংনা পানা খোংদে লাবু লৈগে কা পোত্তম ওনগে লোইবী হাও কাখিবদা ওক্করবগী মখোয়না পোল্লেন তুমগল্লিঙৈদা থোংনাং মখোয়গী যাত্রা মনোংমৈ. সনা চৌরা য়ানববু লোম্না লোকলহলে থিংলৌ নীংনা তেনা হলরংইরকলে। লাইরেন মৈদিংগু চীংলেন নোংদাই নিংথৌ নোংপোক খাগী ওম্বদা কঞ্জা পাউদমলে। নদাংইরেম ঐখোয়না লোইবী হাও কাখিবদা থোংনাং লাল ছৌববু ওক্করবগী থোংনাং মনোংমৈ নোংমৈ যাত্রাসুঙ লোকলকলে হায়না পাউতমলবদা মৈদিংগু নোংপোক খাগী ওম্বনা পোইরৈ লানমী অথৌবশিংবু হুয়েন লানমী খোমনা তেংগোল মরি লিংলে। অরাং ইহারাইদগী হোৌনা শরেন যাংগোই কাওনা তুরেল থাঙপাৎ তৌরে, লৈপাক পনগা শানা পামেল লেপ্তুম য়ুংনা পামেল মীপুম হাওদনা লীংচেপ মৈরা হাইজৌ থানববু লীকলাং পরেং শিবগুম থাল্লবদা কোরৌ হুমিৎ নিনি য়াংলৌ লমদাংশাংবু থাম্বী মৈ মুত্তনা অহিং অমম্বদা রাহল্লবগা পোংনাং তানদববু পোইরৈ লানমী য়াম্বা উহল্লে। অসাইঙৈগী থোংনাং মনোংমৈ যাত্রা নোংমৈ লোকলকপা অহুগা পোইরৈ সনা লৈপাক্তা লৈরম্বা নোংমৈ অমগা নোংমৈ অনীমবু পোইরৈ তেংগোল

মরিদা পুন্থনা নোংমৈ মশীং য়াম্বোই নীংহল্লে। থোংনাং লাঞ্জিংবা য়াথারেক বিমবোন অনীনাচিংনা চকপা খোংজাউ মপু য়ারগী থৌবুম চীংদোন থক্তা লৈনা থরায় য়ামথাংননা উহল্লবদা নোংমৈ অনীমানা পোইরৈ তেংগোল মরিমাদা অরা পোখাদনা অচেন থমলৈ হৌনা কোরৌ নোংখাক খোনগুমনা খোঞ্জেন য়ামনা তাহল্লবগা লাইরেন মৈদিংঙুনচিংনা লাংগোই শগোল চামা মরিকুনা, লাংগোই শাপোৎ হাপনা সনা চুঙ্গোয় নমদা হুয়া থাঙগেন নাহৈ য়েপনা য়াংলৌ লমদাংশাং লথলেন মদাইমা চকপা ঈহারাইদগী হৌনা শরেং য়াংগোই মপান কাওনা হন্দোক হুঞ্জিন চেয়। চাঁংস্থং নোংখাঙ কূপকুম চেংলৌ মিৎপু ঙকনা উহল্লবদা য়াথারেক বিমবোন অনীমকনা রাহমলকএ। হে কেরৌ শানোংবা-ও নঙনা নহান মাঙদা রাহমলবদি মণিপুর লৈপাক্তি নোংমৈয় লৈতে নোংমৈ অমত্তা মঙায়এ হায়না রাহমলবা নত্তবরা? পোইরৈ তেংগোল মরিমদা কোরৌ নোংখাকখোনগুম্বা অসিদি করি মোং মৈনো রাহমলবনা শানোংবনা পাউথুমলকএ। লহান মমাঙ-দদি লৈরমদে, গৌঞ্জিক লৈরম্বদি ঐস্থ থঙদে পাউথুমলবদা য়াথারেক বিমবোন অনীমানা হায়নথিএ। শানোংবা অসিমা থোংনাং ঐখোয়বু থেমথোকপা, মরাং ঐখোয়বু লৌথোকপবু মাল্লে। তরপ সনা লৈপাকী ঐখোয়না লান নেকলুবা প্রসেনা লাঞ্জিংলেনগী তেংগোল অসিনা হায়া মৈত্তে তম্পাক তাহনসি হায়না শারেন য়াংগোই মপান্দা তেংগোল শাহুনা লিংলবদা কোরৌ মুমিৎ তরেৎনি শুনা খোঙলোয় লাইবার চৎনা পাউহল্লবদা য়াথারেক বিমবোল অনীনা থোংনাং ঐখোয়বু পোইরৈ য়ুমলক চঙনা রাংঙম পূমনা লৌ হায়বরা পোইরৈ লোই হাগে হায়বরা হায়না রাহমলবদা লাইরেন মৈদিংঙুনা রাহমখিয়ে। থোংনাং নখোয়না চোয়নৌ সনা লল পামলবদি শেনবী কবো চঙনা সনা লৈরুখিগে, লোইদাম থাবুম অহুমগুনা ঙাইখমবিরমও হায়না রাহমখিরবদা, য়াথারেক বিমবোন অনীমানা মণিপুর নিথৌনা রাহমলকপা অসিবু পোইরৈ মরৌ চাউনা থুমলকএ হায়নরিত্তে মতমদা, নিংথৌ মশানৌ থুরায়রাকপা অথৌবা লানমম পুকনীং ঙক্তবনা লাংগোই শাপোৎ শেম, নাকথং

মরী হাপনা থোংনাং লানয়ামলক্তা ফুজিনখিহ্নুনা থোংনাং অথৌবা অমবু লোইবী চীং কাকলেম্না য়েম্নাউ চঙনা রায়গুমনা শয়েং পাম্বোম লাকনা পুরক্নুনা লাইরেন মৈদিংঙুদা থোংনাং চঙনা কৎলবদা লাইরেন মৈদিংঙুনা রাহমলকএ। পোইরৈ লান্দা অহানবদা থোংনাং চঙনা কাৎকলে, ময়াং লানয়াম খোমৈঙেনে। থোংনাং হান্না কাবা ময়াং হান্না পুরকপা অসিদি লানমি য়াম্বা কৌও হায়না লানমি য়াম্বা কৌনখিএ। লাইরেন মৈদিংঙু নোংপোক খাগী লাম্বনা মশানৌ সনা কম্বাল লৈমা কৌবরোন তাইবোম্বীদা নিংথৌ খুদোল ওইনা পীখিরবদা কৌংরোন তাইবোম্বীনা খোইয়ম লাইথোঙ খুদিং হৈরুক খুদোন কানা হে খোইয়ম লাইয়িংথৌ মণিপুর সনা লৈপাক্তা সনা মিউ ওইনা থুনকাওবা, মণিপুর সনা লৈপাকপু লৈপাক য়ুহা হাহন্দা মালেম পাংশোই নীকহন্দনা য়োংশী ছুইগা থানা ঙাকপিরিবা খোইয়ম লাইমক্ত শিদবা তরেৎ মানা থোংনাং লানয়াম কাবা ময়াং লানয়াম খোম্ববু লনকুবিও হায়না হায়রবগা তয়ুম নাই ওইনা য়োকচরোএ হায়দবরা? হে সক্তা লাইবু নীংবাশিংও। লৈমনা লৈসাংথেম লাইরেম্মগী খুদোন্নিংনা খোইযম লাইথোঙ তরেৎমাগী খুদোন পীনা রাহমখিয়ে। হে লাইরেন মৈদিংঙু নোংপোক চীংলেন নোংদাই নিংথৌরেনও। খোইয়ম লাইমক নামু বা তরেৎমাগী শীংলেন টিল্লবা পোর্সাং চারবগা উনবী পুকনীং তপ্পা লান শোকনৌও য়োন্দনা থোংনাং লানয়াম কাগনি হায়না খোইয়ম লাইনা হায়রমএ হায়না নিংথৌ সনা মথোঙথাদা রাইথুংলবদা চীংঙু লাইগী লৈবু চিন্নে, খোইয়ম লাইগী পোর্সাং চারবগা উনবী পুকনীং তপ্পা লৈরিঙৈদা অসাইগী নিংথৌ মশানৌ খুরায়রাকপা অথৌবনা থোংনাং চঙনা কাখিবা ময়াং চঙনা পুখিববু থোংনাং লানচিংবা য়াখারেক বিমবোন অথৌবা অনীমানা লোইবী চীংদোনথক্তা লৈনা উরবগী লৈমা চাংবোম্বী মপারি শানোংবা লোওনববু মাঙদা থানা পাউহংনরে। হে শানোংবা-ও থোংনাং চঙনা কাখিবা ময়াং চঙনা পুখিবা অসিদি কনানো? মাগুম্বা কয়া

লৈবনো পাউহংলবদা শানোংবনা পাউথুমলে। থোংনাং চঙনা কাখিবা অসিদি খুরায়রাকপা অথোবনে। মাগুম্বদি তরা কুন মক্রম লৈএ হায়না য়াথুমলবদা য়াখারেক বিমবোন অনীমানা নাপা চীনথেংননা হায়রমখিয়ে। লহান ময়াংদা পোইরৈ মরো চাউনা থোংনাং ইথোয়দা লোইহা পুরুমনা খুরুমশিন্নরবগা য়াংলৌ লমখাওদা লানফম ক'কুপ য়ৈনা ময়াং কাকুপ খাইকংচন্না থোংনাং লানয়াম কারৌএ, ময়াং লানয়াম হাৎহৌএ। অদুগুম্ববু লেপনা মাল্লে। পোইরৈ মরো চাউনা য়াহম-লকপসিবু থম্মোকলে শেনবী কবো চঙনা সনা লুপা তিকলুথিগে, লোইদাম থাবুম অহুমশুনা ঙাইখথিও হায়না য়াহমলকপা অসিবু থোংনাং ইথোয়বু পানবা শারোন তম্না ওকলেন লা গোয় চন্নবা য়াংলৌ লমথিখিগে হায়ববু লেপনা মাল্লে। লাইরেন মৈদিংঙু মশানৌ শানোংবা অসিনা মরো খোইবুং লৌনা চাউ লৌশিং নমলকহুনা থোংনাং ইথোয়বু থেমথোকপা ময়াং ইথোয়বু পুথোকপা ওইরে। লানফম নীংলম থৎতরিঙৈদা থোংনাং নীংনা তেনা হুয়েন ল'ঞ্জেনখিয়ে।

অসাইঙৈগী হুয়েন লান্নেকলুবা প্রসেনা লাঞ্জিংলেন য়াংগোই মপান্দা তম্পাক তানা লাইরেন মৈদিংঙুদা খোঙলোয় লাইবার চৎনা পাউহন্নরিবা প্রসেনা লাঞ্জিংলেনবুদি পাউ কৌরমদনা ময়াং পুন্নমাদি হুয়েন লাঞ্জেনখিরবগী লোইবী কবুই হাওনা লাইবেন মৈদিংঙুদা হুয়েন লানপাউ তৎলরে। হে নিংথৌ য়াইফবা-ও অসি ইনুংমদা থোংনাং চেল্লে ময়াং হাথখিরে য়াহমলবদা লাইরেন মৈদিংঙুনা য়াহমলকএ। তৌইগীদি থোংনাং তম্পাক তাবা অসিন্নু ইন্নুংমদা চেল্লঙৈনে হায়না তেংগোল নীংলম থৎনা লানশোক্লববু— কামায় খিংকাপনবনা চঙঙমদরবদা লাইরেন মৈদিংঙুনা লান্দোম্পোক ওইনা হুয়েন লান্দাখিবদা মোম্বি লৈহোমপাম্বা লাংগোই শগোল য়োনা পুথরবদা থোংনাংনা কাগে ময়াংনা কোয়ঙমলবদা, শলামচা কিয়াম্বা ঙাংবমচা কোইঙম্বগা অনীমানা থোংনাং খিম্বুরে ময়াং চাইখাম্নরবগী নিংথৌ থবায়লাইশেংলকএ হায়দবরা? হে সভা লাইবু নীংবা শিংও।

ব্রাংলেন য়ুথক অমবু হুয়েন লানশোক্লববু কামার থাংকেন্না খুদোং থিংকাপ্লবনা পোইরৈ লানমী শাইনাইরবদা লাইরেন মৈদিংগু নোংপোক চীংলেন নোংদাই নিংথৌরেল্লা য়াইবী কলহৌ নীকনা ব্রাহ্মলকএ। লাংগোই শগোল চামা মরিক্কুমবু ভেংগোল মরক চঙনা থুগায়রো হায়না শগোল চামা মরিক্কু মবু থোংনাং ভেংগোল মরক চঙ্গে হায়না ফুজিনথিববু কামার থাংকংনা খুদোং থিংকাপনবনা লাংগোই শগোল তোংবা তরা-মঙাশুনা লাংগোই শায়াঙখকীবু মালেম লৈ তানা কাপথঙমলবগী ভেংগোল মরক চঙঙমদনা হুলরাইরে। নিংথৌ নোংপোক থাগেম্বদি নিংথৌ মভোম্মবু ভেংগোল মরক চঙখিরে। ভেংগোল তরাজরেংমাবু থুগায়রে। থোংনাং লাঞ্জিংবা কালৈতাও অথৌবা মোইকাতাও অকনবা শেবুথি অথৌবা তেক্করাজ অকনলুং কৈকিয়াবা অথৌবা থরকপা অয়াঙবা তক্লকমাবু থিনথুরবদা পামেল উমু য়াশবনা লাংগোই খুদিনহুনা মালেম লৈদা তারে। মুনেন্নখা লাঞ্জিংবনা লাংমৈ লাংজাও তরামাথোই থেৎপনা শমু খুজেং চল্লা কারবগী পাম্বোম থুপলৈ কিশি য়েংনা শমু হুংবুম্মরে। প্রাণ থরায় লৌগে হায়না তিমেল তামৈ কাঙলবদা থোইয়ুম নোংদম্বা বিথি রায়েনবনা চঙলুরবগী নোংশমৈ অথৌবনা থোংনাং লানচিংববু শানা থোংনাং লানয়ামলক্তা রাওরা থাঞ্জেল লাউনা ফুজিনথিরে। হে থো শিতন ময়াং অপঙবা-ও রাজা নিংথৌরেল্লে। নিংথৌ থরায় লৌহৈদে, নিংথৌ চঙনা কারবদি পোইরৈ লৈপাক খুতুম চল্লে হায়ববু খঙদবরা? নিংথৌ চঙনা কাহুনা থোংনাং ইখোয়গী নিংথৌদা নিংথৌ চঙনা কৎলবদি লৈমা মাক্তা চঙনা লৈপাক খুতুম চল্লা নাউ-য়োকচৈনে। রাজ নিংথৌ ওইববু থাঙলেন চেপনা চল্লা প্রাণ থরায় লৌরবদি রক্ত ঈশাঙ চেনবনা মালেম লৈদা তারবদি থোংনাং ইরৈ-পাকপু নিংথৌ হাৎপা পাপীনে সমুদ্র লাইজা ইরেন পুংগুম কোকঙমদনা লৈপাক মকোং চেংঙৈনে, কুম্বি য়াইচেনঙৈনে। নোংচু মরম খঙদনা লুংশীংশানা শীংথঙৈমে। থাঙরি চিশাংমা লোইমোম পোমশংনঙৈনে। রাজা নিংথৌ ওইবমু পাম্বোম থুপলি কিয়েংনা পরৈ লানগা শানা

শমু তুংবুন্নবদি কোরৌ হুমিৎ চুপ্পা লোইনাম থাবুম ওন্দনা অমম খমলে কুমনা নোংমল্লে ছায়না পুবাণ লাইরিক অচৌবদা বিধি রায়েনবনা লাইরিকশিংদা চপ্পা থনম্বা রাবু মুনে্রনখা লাঞ্জিংবনা খন্নকএ। রাজা নিংথৌ অভাগুববু ওইরবদি ঐনা শমু তুংবুন্নববু লানথিরে হায়না শমু তুংবুন্নববু তকুপ তরাংনা থাদোকপিরবগা লাংগোই শগোল তোংহন্না প্রসেনা লাঞ্জিংলেনগী তেংগোন তান্না পুশিনখিত্তদা মুনে্রনখা লাঞ্জিংবদি নিংথৌ কারে হায়বগী পুকনীং মরাং কায়না নীংলিত্তদা নোংশমৈ অথৌবনা নিংথৌ নাক্তা শেন্না চেংলৌমিংনা পাওমেন্নহুনা থোংনাং লাঞ্জিংবা মুনে্রনখা অথোবা লাংমৈ লাংজাউ তরামাথোই থেৎপবু উনবী মন্থুংথৌংনা চৈথিরে। থোংনাং লানয়াম চৎলিববু থোংনাং থিনথুরে, মরাং চাইথায়রমলবগা নিংথৌ থরায় শেংলমএ হায়দবরা?

## নৈনবা শরূক

মৈদিংঙু খাগেম্বা—মৈতৈ নিংথৌ মুংয়াম্বনা নোংবাল্লোন কাইনৌ চাংপোম্বী পান্নহুনা খৃষ্ট অ ১৫৭৬ তা মৈদিংঙু খাগেম্বা পোকই। মপাবুং মুংযাম্বনা নোংগ রবদা মজা ইবুংঙো খাগেম্বনা খৃঃ ১৫৯৭ তা নিংথৌ ওইহুনা খৃঃ ১৬৫২ ফাওবা মনিং মথা তমনা পানখি। খাগেম্বা কৌব্রিত্তদা মৈদিংঙু সনা হিহোনহনবা পোইরৈ নিংথৌহনবা কৌরম্মী। খাগী চৌফা হোংদে লাম্হোয়াং ফায় হায়হুনা খাখেম্বা কৌখি। খৃঃ ১৬০৬ তা ময়াংনা মুসলমান নেকুনা মণিপুরদা লান্দারকদা পাঙনশিংগা য়াংগোই খোঙবান্দা লানশোরুবদগী মুসলমানশিংনা মায়থিখি। লান অতুদা ফাবা মুসলমানশিং অহুবু নিংথেম খাগেম্বনা লম পীহুনা অমসুং লম অসিগী নূপী পীহুনা ময়ুম মকৈ পানহন্দুনা মণিপুরদা খুন্দাহনখি।

নোংশমৈ—লাইরিকয়েংবম মচানি। ময়াংগী লোন লি য়ামনা হৈ, লাম্দা য়ামনা হৈশিংই। ইং কুমজা ১৬০৬ তা ময়াংনিংথৌনা মুসলমান

শিংবু লান লেক্তুনা মণিপুরদা লান্দারক্লুনা তৌবুলদা য়াংগোই খোঙবান্দা মৈতৈগা পাঙনগা অকনবা লান শোক্লখি। লানকম অহুন্দা মুনেনখ্রি। কৌবা মুসলমান অহুনা মহারাজ খাগেম্ববু কাপ্রবদগী মহাকনা মহারাজবু কনখি হায়রুনা মহাকপু লাইরেন নোংশমৈ অথৌবা হায়না খঙনখি। মহাক খৃঃ ১৬৪৫ দা নোংগাখি।

## ৱাহৈগী অর্থ :—

থোংনাং—ময়াং। ৱাহমলকএ—হায়রকএ। লাংগোই লুৱাংবা—শামু। ময়াং লৈমাবানা—ময়াংনিংথৌনা। লৈঙামও—লৈরম্মো। পোইরৈ লৈপাক—মৈতৈ লৈপাক। চীংলেন নোংদাই নিংথৌ নোংপোক খাগী ওম্বা—খাগেম্বা। য়াংলৌ—লম্বী। অচেন থমলৈ হৌনা—চেম্না চেম্না;, য়ামনা থুনা। কোরৌ নোংখাকখোন—নোং খাকপগী খোল্লেল। চোয়নৌ—সনা। লাংগোই শাবোং শেম—শগোল শাপোং শেমহুনা। কৌবরোন—মোইরাং অমৌবা য়েক ওইবা য়ুমনাকী নিঙেঙান। য়োন্দনা—শোয়দনা, লেপ্না। নিংথৌ মশানৌ খুরায়রাকপা—মৈদিংঙু মুয়াম্বনা মৈতৈলৈমা চাংবোম্বী পায়রুনা পোকপা খুরায় লাকপা চীংশোম্বা। পোর্সাং—প্রসাদী লৌ ওনবা—লৌনম তৌবা, ময়ৌ চাউবা। ঙাইখম্বিও—ঙাইবিও। নীংনা তেরসে—হন্দুমা চংলসি। ইচুংমদা—অহিং অমদা। তৌইশীদি—তৌইগুম্বন্নুং। থরায় লাইশেংলকএ—থরায় হিংলকএ। য়াংলেন—পুং। য়াওরা খোল্লেল লাউনা—মখোল হৌনা, খোল্লেল লাউনা। থাওয়্রি—কৌ। লোইমোম—কৌ। অমন থমলৈ কুম্বা—শিবা। নোংমনবা—শিবা। চেংলৌ মিংনা পাওমেমহুনা—মিংনা ইকিভ তৌহুনা।

---

# শন কাণ্ড

হয়া হে হে লীকলাইও। ইবুংথৌ নোংথৌরেন পুমাবা ও। নদাইরেম চীমগোই ইরাকমানা হয়িথৈঙোগী হয়া লাউনা ভেংথারকে। কাওরেন লাইখোং থোইমা পি, চীয়ৈ কনববু লৈয়ে। অদোন নোংময় থুমন লৈমা রাংঙমলোন পানবা ফাবী মৈদিংঙু লোইনাই থুমোম্বা চহু রাংঙমলোন পানবা ফাবী কৌত্রিথৈঙোদি রাংঙমলোন্ পিয়াইথোং রাকচীং খেনসাবী লেমচেং লৈখেৎপী, কোরৌ হুমিৎ অমনা থেল্লেন মরি ভানফংবী, হাওরৈ নোংপোকলা পাংবারম খেৎপা থেন্দি খোইবু মরিংনা ভারিং ভারাওনা, কানশোইই লৌতাইনা উস্নুনো হায়বগী হৈপোক খেন সায়ে, লেমচেং লৈখেৎএ। হাওরৈ খানা পাংবরম খেৎপা থেন্দি মথিম নোংয়ায়না থাসা ভাইখোং মনিল নাইবনা শুনপী লোকলাং ভানাপানা উস্নুনো হায়না হৈপোক থেন সায়ে। হাওরৈ নোংচুপলা পাংবরম খেৎপা থেন্দি হাউচোং নুংমুনা করি সোংপুনা কাইনা মুক্তিনা কপুই লমশন্না থারিং থালাংনা উস্নুনো হায়না লেমচেং লৈখেৎএ। অরাং লাইনা পাংবরম খেৎপা থেন্দি ইপাম পোইরৈ মৈত্তৈনা থিংবা মরম ভানদবনা উস্নুনো হায়না রাকচীং থেন সায়ে, লেমচেং লৈখেৎএ। রাংঙমলোন পিয়াইথোং মহু থোংস্র নাহানাহুই-পাম্ববু চাথা রাকচীং পনমৈখাদা নোংহাম্ববু ইমু মমৈ খকলম খক্তনা ইঙৌ মমৈ কংলম কংদনা লনশিং তামথী, তাংখুন হাওকুরেং হাও-খোঙসাং আমোথুমশামাংববু কাইনা হুনবী রাংঙমলোন নাউয়েমতে'ন অমো থুমমাংবী খুজান পু তোই লৌয়াম পাইবী, পানবা খুল্লানবা চগো নায়েং তৌদববু কাইনা হুনবী কাওরেন শন ফুন লোকপী ভয়ম নাই ফুন ফাবী কাওরেন মশঞা খোয়মা লাংলেনশন মঙক কিমু কিশিনা যাংমু য়াংসেন কায়েৎনা, লৈখাম তাৎরৈ যাম্না হেনমোই শন, কাওরেন মপাতাম্ মানবী মাতুক হাওবনা হাওরৈ নোংপোকলম পাংবরম

চাক্তাখিয়ে। নোংয়ায় শংলৌ চীং খুমন মোম্বা থেন, খৌবান মোইচা চীং. ঈয়াউখু ঈরাউহন, হাওখা ইকুংপান্ নোংপোক সনা থুম্পী চীং, (১) ভাইখম চীংমাত্তোন্ও কৌবদি কদৌনোংঙ্গীনো? নোংয়ায় খুমম অত্তোন শংলৌরেম্বী খোমলেন মঙখৈনবীগী মমান মচা ভানবা থাংলৌকোই কেগে উরাহামচৌস্থপু লমওক্নগে হায়নং লমলেন অরোং শমলাংমৈদা ভাইখম্বস্ুভ শোয়নরে। কোরৌ হুমিৎমাদি লৈভাং য়্মোই-কোম লাম্লোই পাওপিতেক্তা নোংয়ায় পাচা পূমনমক খুমন কংভাখোংপু নাতৈনা হৈরাং থোপচিনয়াই থুমলাং ময়োনশংনা নোংহাম্বস্ুভ শোয়নরে। কোরৌ হুমিৎমাদি মপাম নোংয়ায় শংলৌ চীংদা লাইজা ঈয়োকফূবু অমা তৈনা খিন তরা লুংকৈ লেম্ শারেন কাহাপনা শঙলেন মাঙলম লৈনা চৈরৈ য়্মাকু তৈ মোল্লাং তপ্তাই খানা মমান মচাবু ভাইখমখিএ। অদু নোংগীবু (১) ভাইখম চীংমত্তোনও খুমন মোম্বা থেন-ও তৌনা কৌএ।

মাজা মরা ওই কেগে মোইরাং ভানবা থা লৌকোইবু খুচেং হংচিন্নাই শমু খুৎপু থুমমা লমওক্লরে। অদু নোংগীবু নোংপোক সনা থুম্পী চীংও তৌনা কৌএ। নোংয়ায় শংলৌ চীং খুমন মোম্বা থেন খৌবান মোইচা চীং ঈয়াউখু ঈরাউহন হাওখা ইকুংপান, নোংপোক সনা থুম্পী চীংদা কাওরেন মপাত্তাম মানবী মাতুক হাওবনা চাক্তাখিয়ে। নোংয়ায় কাওরেন শল্লুংহনবা মুপাক্রাং শন্‌চানা হুম্না কোজোই থুগে খুফদে, লাংজন লিগা লৌগে লৌফদে। কাওরেন শন্দুং ইন মানবী নাখাঙ য়্যৈনা খৌখাম্ববু খৌখামঙমদবা কাওনে। কাওরেন অদুস্ুভ মত্তোমদে।

মানবী চীরৈ কনবা কাওরেন লাইখেং খোইববু লৈয়ে। হাউরৈ থানা পাংবরম লমলেন লম্ফু কুমদমশোয়ও কৌবদি কদৌনোংঙ্গীনো হায়দবরা? কেগে মোইরাং নিংথৌ খীয়াং মীচাউপানা ইদাইরেম হাওরোক পানপীসু রাপা পাত্তুম্পা কোংয়াং রাবু রাম্বু নঙদি রাওরৌ

শাশেন্মো হায়খিয়ে। হাওরোক পানপীস্না য়াওরো শা শেম্বনু ইদাইরেম খোরি তোঞাউস্ নগুদি কেগে নোংকাং খোংদা লেমলৈ ঙা শেন্মো হায়খিয়ে। হাওরোক পানপীস্না য়াওরো শা শেম্বনু য়াওরো শায়াম চল্লে। মোইরাং খোরি তোঞাউস্না কেগে নোংকাং-খোংদা লুফুইনামথুম্বা শোয়রেন থামনাপ্পনু লেমলৈ ঙাচগু ভামলে। খোরি তোঞাউস্না পাথো থম্বনৱাগী ইদুংশোয়ায়নাদা য়াওরো শাপন্ পংল্লোন য়ানফংলে। থিংসো কোনচাইরে। ওকলেন পনগুমখিরে। হাওরোকপানপীস্ন তংঙা ইকাইখিয়ে, হুইয়াইশেনকোইখিয়ে। কেগে ইনিংথৌনা ঐবু হয়েং কেগে মীয়ানকমদা মোইরাং মীতুকমদা পনম মীহাৎকমদা নোংমন্-ও হায়রগেনে। থাগলেন কোমশংপা লাংগোই শারী থোকপবু শোং কি। পাথং নাম্পা নোংবান কাইরোচাম্বা মাহো লোইকা কি। চরে লাকতোম্বা মংলো য়ুংনা হৈবা কিনা শমু ওক্তা য়েৎনা নোংমল্লগে হায়না হাওরোক পানপীস্দি লোইদাম খা শিরে। লাংহৈ কুম ওল্লবগীনা মোমম্নু তাল্লোয় মরুম্বী খয়োইরোন চীংহাওম্নু সাথিবীনা থৌথাম্বানরিগেনে। থংলেন হাওরোকপানপীস্না য়ংওরো শা শেম্বনু লাক্তরে। মনেম মচা লৈমা লোইরেন কাবী খুঞ্জান কৈমু শেংবনা পোকপী মপন শেংখোং লনহাবনা মেনবী, মপাম হৈরেম শেংখোংপাৎ খুনচান ঙাম্নুহৈপ্পু অশেনবা চম্ন লৈমা লোইরেম্ কাবীনা ৱাওইখিয়ে। মমান মচা হাওরোক পানবীস্বনু লাক্তরে। তাল্লোয় মরুম্বী খয়োইরোন চীংহাওম্নু শাথিবী নিংগুন নুপীমৈহৈ চৈথুকৈবী কাম্ম্ নুপী কুরোৎচৈ মাইমুবী খয়োইরোন লৈরবয়া লাংহৈ কুম ওল্লকলে হায়না মোমম্নু তাল্লোয় মরুম্বী খয়োইরোন চীংহাওমুমা থৌথামলরিগেনে থংলেন হাওরোক পানপীস্বনু কোরো নোংগারবয়া চীংগু পন্দনখিরবয়া খগুদরে হায়না শীংলেন নগবু নচু থাউ ও লৈরাং নারাক চামলকও। খয়োইরোন চীংহাওমুনা থৌথামলবনিশীদি শী লেন মচু থাউ লৈরাং নরাকচামগুমো হংয়না ককয়াই মানপান লৈবু শমু খুত্তা খুবা পাদম্বনু শীংলেন মচু থাউ লৈরাং মরাক চামলে। লৈমা

লোইরেম কাবীনা মমান মচা হাওরোকপানপীসুগী মার মথোজ্জ্বন লীরকপদা কোংয়াং রাপুলানপতি য়াওরো শাবন পন্দোম্নক্তা য়াম্না নোংমনওামলে। হাওরোকপানপীসুদি লোইদাম থাশিরা লাংই কুম ওম্নবনিগীনা মক্ক ময়াঙ কুয়না নোংমনওামলে। অদু নোংগীবু লুকু-কুমডমশোয়ও কোঁববু পোইরৈতাবু থিবা রাংওম হাইমন তানবনা লফুও কৌএ। ককয়াই মানপান লৈবু শমু খুত্তা শূনা পাদম্ববু শোয়নরে, অদু নোংগীবু লকু কুমদন শোয়ও তৌনা কৌএ।

লমলেন লফ্‌কুমদমশোয়দা কাওরেন লাইথে থোই মানবী চীয়ৈ কনববু লৈএ। কেগে থোরিনামোইয়াং কাওরেন মশক্কা ওাংবা চীশাংবা মচী শংকাই হাইতুমবা কাওগা নোংয়ার থিনকোন মুপীয়াচা কাওরেন মশক্কা তৌবা চীতেকপগা কাওরেম মচী তেনবগী তেংনৌ হেকওাই-লোকথুম পনচন্ হুকপা কাওগা কাওরেন অনী লাইথেংনা মানবী অনী চীয়ৈনববু কেগে থোরি নামোইয়াং কাওরেন মশক্কা ওাংবা চীশাংবনা তৌবা চীতেনববু মমৈমনা কাওনা তানখৎলকলে অদুনোংগীবু ক্রাক্রুংপী লৈতানপোকও কৌএ। তৌবা চাতেনবগী মচী হেকওাই লোকথুম পঞ্জন হুকপবু লৈতা তারৌএ হেকওাই লোকথম তা-ও থোয়রে ওাংবা চীশাংবনা তৌবা চীতেনববু মরাই কাওনা হাইগৎলকলে, লমলেন লাইফাওপী-ও তৌনা কৌএ। লমলেন লাইফাওবীদা কাওরেন লাইথেং থোইববু লৈএ। অদুমুও মদোমদে।

## ৱহৈগী অর্থ :—

রাওমলোন—নিংথৌজ শলাইগী চম্নু নিংতোন ময়িম নোংয়ায়না—ময়ুম থুমন্ন। লাইনা পাংবরম—অরাং থংবা মায়গৈ। ইমু মমৈ খকলম থক্তনা ইঙৌ মমৈ কংলম কদনা—ঈশিং কংলম কংকাত্তনা। পোইরৈ—মৈতৈ। নোংহাম্ববু—শিববু। হেনমোইবা—লৈতেংবা। মপাতাম্বা—মপা লৈতবা, পাবনবা লৈতবা। চাক্তাথিরে—মচীঞ্জাক থিথিয়ে। মমান মচা—মপুরোইবা। লমওক্লগে উবগে থেংনগে।

ঙাইথম্বা—ঙাইবা। য়াকু—ফমু গী ফিরোন। মোল্লাং ওপ্পাই—মোন। মাঙ্গা—মরা। কেগে—মোইরাং। হাওরৈ থানা পাংবরম - মথাথংবা মায়গৈ। লমলেন—লমদম। লুফূই নামথুম্বা—লু থুম্বা। ভামলে—ৱাংলে। হুইয়াইশেনকোইখিয়ে—ইকাইখিয়ে। মীয়ানফমদা—মীহাং-পুংদা। ৱাওইখিয়ে—শাউখিয়ে। চীংঙু পন্দনখিরবরা—শিগ্রবরা। নোংমনঙামলে—শিরমলে। চীশাংবা—মচী শাংবা। চীতেনবা—মচী তেনবা।

# খুয়োন হাওবা লায়রবা

( লোইরাং নিংথৌরোন লম্বুবদগী )

কেগে লৈমাবা ঙাংঙোই পোংলেন হনবা সনা রাখ্ৱানা কেকে লৈপাক ঙাকলিঙে ময়ু খোইরম লাইরংথৌ কেকে শাংযাবা থংজিং কোইরেন লাই, মোইরাং কাছালেন না মুংবনা খুয়োন লোকলৌরেম্বা কোংরাং মরাচাবু লাংলেন রাখোঙ শেংনা লোকলৌ শোক্রনাই থমহনপে হায়রবগী নয়ু নিংথৌ হেবু সনা রাখ্ৱাবু হয়ু মনুংশংবা ঙুংনাং মনা লেকহল্লবগা থাংঙা তোনবন নিংথৌ খুয়োন লৈপাক মাবনা অহিং ইনুংশোয়য়ারমবদা খোমলেন মঙপাউ চেন্নরে। কেকে মোইরাং নিংথৌ হেবু সনা রাখ্ৱা-ঙ। হয়ু নঙনা নমুংশং মুংনাং ননারেকপা অসিবু খুয়োন লোকলৌরেম্বা কোংয়াং মরাচা, লাংলেন মনাউয়োকপু ভেকপী ওকখুরাইনা ঙারবা কাওরেন শম্না থেংলবগী লোকলৌ শোইনৌ হুন্দরে। কোংয়াং কংলাংথাং লাংলেন মোইমিংখিং, লোকলৌ থরোই থোং লাংলেন মপান ভুমপে তোঙমলকলে। খুয়োন লোকলৌরেম্বা মরানময়ম্বুঙ য়ুমথু মনিন লাইদা য়ুমলেন মরাঙ হৌদনা মরান লোনয়ুময়ায়বু খমথু অয়েং চল্লে, চানা ইরুকৌ, লোকলৌ পরি তংলে। মরেম লৈরুকোকনা মরান অতোন ভারবনে। খুয়োন খুন্দৌবা মপারি হাওবা লায়রবস্তুঙ মপম্না লাংগোন্দবগী চরৈ অয়িন তাম, মায়ৌ অশেং রাংনা খমথু অয়েং চল্লববু লৈবনে, কোংয়াং অছবু রাখোঙ পেংনা লোকলৌ শোইনৌ থেমহল্লো। হয়ু নমুং চঙনা মুংনাং ননালেকলরোই হায়না খোমলেন মঙপাউ চেন্নবা রাগী কেকে লৈমাবা হেবু সনা রাখ্ৱানা মদাইরেম কেকে খুনকাং থৌ ভয়ুম নাইকংথৌ পুয়মাবু পাউ কৌথংলবদা রাহংখিএ। ভয়ুম কেকে খুনকাংথৌ ঙাংঙোই লাইকংথৌশিংঙ কেকে ননিংথৌ ঐনা হয়ু ইমুংশং মুংনাং ইনারেকপা অসিবু ইয়ু খোইমোম

লাইরিক্সিংথো থংজিং লাই মরুনা খোমলেন মঙবাউ চেন্নমলৈএ খুয়োন লোকলোয়েন্বা কোংয়াং মরাচাবু কাওরেন শন্না থেং, তেকপী ওকনা ভারে। খুয়োন খুন্দোবা মপারি হাওবা লায়রববু কোংয়াং শোইনাউ থেমনা লাংলেন রাখোঙ পেংহল্লো হায়রকএ। খুয়োন খুন্দোবা মপারিবু থুনা পাউ কৌথৎলুও হায়রকএ। কেকে খুনফাংথো মোইরাং নাইকং থৌশিংনা মানবী খুদপ্না মুকমু নৈতোন কোন্না রাকৎচরকএ।

কেকে ইনিংথো ভাংঙোই নৈমাবা ইবুংঙো তা-ও। নদাইরেম খুয়োন খুন্দোবা মপারি হাওবা লায়রবদি খুয়োন ঙৌবশোয়দা ভীম্মোক লুতাই লেং খোইয়া ইন্দায় মেন ঙমু তোপশোং থেমনা শোয়রেন লমলেকথিএ। নদাইরেম হাওবা লায়রববু পাউ কৌহল্লুগে হায়না রাকৎলমলবগা কেকে খুনফাংথোশিংনা খুয়োন খুন্দোবা মপারিবু শোয়রেন লমলেকফম খুয়োনচোবা শোয়দগী কেকে শমু খোঙনা য়াওব-শিংবু নৈনা শীনা পাউ কৌহল্লবদা কেক নৈমাবা ভা ঙোই পোংলেন হুনবা সনা মথেঙ থাদা রায়থুংলরবদা নয়ু নিংথো কেকে নৈকোয়ফম্বনা মদাইরেম হাওবা লায়রবা চরৈ অয়িন তামনা মাল্লো অশেৎ রাৎপবু চরৈ মশীং শুনা মাল্লো ফিরোয় রাখোঙ পেংগে হায়বগী কেকে খুনফাং-থৌশিংগা নয়ু কেকে নৈমাবা হেবু সনা য়াইথোংহিংগা ভা ঙোই পুমনা হোংলবগা খুয়োন হো খুয়োন য়াংবা পাকনা তাইনা থাঙলেন নাপন ছাই কজেং য়োৎহক চন্ তোবমু নৈতংফেন মাল্লেম নৈকন তৌ, হেম্বা লাংখোং তৌ, লোকলৈ শম্বন থানা লাংলেন রাখোঙ পেংলবদা কেকে নৈমাবা ইরাং পুরিকলাই ভাংঙোই পোংলেন হুনবনা ইদাইরেম খুয়োন খুন্দোবা মপারি হাওবা লায়রবা নঙদ নযুম কোংয়াং রারোন য়াম্বা অসিবু তেকপী ওকনা ভাহন্দা কাওরেন শন্না থেংথ্রেন্দা কোংয়াং শোইনাউ থেমনা নাউয়োকও হায়না রাহমলবদা কেকে সনা য়োই কোল্লুং কোল্লুং অচনবদা হলরাইরকলে হায়দবরা?

অসাইথৈগী খুয়োন লোকলোয়েন্বা কোংয়াং মরাচাবু লোকলো শোইরেন হুন্না লাংলেন থাপন কারকলে। কেকে নৈকোয় কম্বা হেবু

সনা রাখ্‌বাস্তুগ অয়ুক মুংশংদা মুংনাং মনা লেক্তনা কেকে চংরা হায় মোইরাং মুন্না ভেমনা হয়াউ মথোই ভোং মুংঙাই মরাংকায় লৈপাক মনিন নাইবা পাল্লে হায়দবরা ? মদাইরেম খুয়োন হাওবা লাইরবস্তুগ খোইয়ম মথোচায় কেকে লৈমাবা ঙাংঙোই পোংলেন হৎবনা থৌজাল মায়োকনবিরবগী মরাক লাক ২ য়ু মথোঙ থোঙ অনী ভম্না মেনাং তনবা শাগারম্মু ভৈনা ফাংনা পাল্লে হায়দবরা ?

## কৈনবা শরুক

পুয়িকলাই সনা রাখ্‌বা—মোইরাং নিংথৌ নোংচুপ কোংবাং ঙম্বা ঙাংঙোই উরা খুন্দাবনা মোইরাং লৈ'ণ চিনফুরোইনাই সনাবী পায়রুনা সনা রাখ্‌বা পোকই। মপাবুং উরা ঙাঙো'ইবগী মথংদা মোইরাংদা খৃষ্টগী তরেৎশুবা শতাব্দীদ' পা'নখি। নিংথৌ অসিগী হাক্তক্তা খুয়োন হাওবা লায়রবগা য়াইথি' কোন্নগা শৈশক্লখিবত্নু হৌজিক ফাওবা শৈশক্ল'রি।

খুয়োন হাওবা লায়রবা– খুয়োন খুন্দোরেম্বগী মচানি। খুয়োন হাওবগা য়াইথিং কোন্নগা অনীগী মুংশিনবগী ব্বারী মথোয়না অমুক করম্না অপাম মুংশি থুংনখিবা অত্নুগী হৌজিক ফাওবা শৈশক্লরি। খুয়োন হাওবা লায়রবা অসি চাউরাকনা খৃষ্টগী তরেৎশুবা শতাব্দীদা মোইরাংদা পুরিকলাই সনা রাখ্‌বানা পানবা মতমদা লৈরম্বনি। মহাকনা খুয়োনগী রা হোংবদা মৈদিঙু নাউথিখোংনা নিংথৌ ওইক্রিভৈদা মকু খুমম নিংথৌ পুঞ্জিবা য়ুমোইবগা লোয়ননা মোইরাং নিংথৌ সনা রাখ্‌বানা খুয়োনগী রা হোংবা য়াওরো হায়রুনা চৎলুই, খোঙকম অত্নুদা নাউথিংখোংনা মোইরাং নিংথৌ সনা রাখ্‌বাগী মচা নুপী জৌরকখি (নাউথিংখোং ফম্বান কাবা)।

**রাহৈগী অর্থ।—**

কেগে লৈমাবা—মোইরাং নিংথৌ। ভাংভোই—মোইরাং। ময়ু—মবুথৌ। শাংমাবা—অপোকপা। কোংরাং—রা। লাংলেন—রা। নয়ু—মবুথৌ। হয়ু মনুংশং ফুংনাং মনালেকপা—অনা মাহেবা। ইফুং শোয়য়ায়মা—অহিং চবুক, অহিং নোংয়ায়। খোয়েন—মঙ। খোমলেন মঙপাউ চেন্নরে—মমঙদা হায়ররে। লাংলেন মনাউয়োক—রা মচা। তেকপী—ওক। লোকলৌ শোইন্নৌ হুন্দরে—পাম্বী মচা চোংবা (হৌবা) ঙমদরে। ক'লাংথাংবা—কংবা। মরানয়ায়—ময়ুম। মরানলোনয়ুম য়াই—ময়ুম। খমথু অয়েং চন্নে—ময়েং তারে, ময়ায় চায়থরে। মপন্না লাংগোন্দবগী—মমা মপানা য়োক্তবগী। চরৈ অরিন ভ'ম—ইন্নবা কি লৈভবা। মাল্লৌ অশেৎ রাংনা—শেৎনববা কি রাক্তুনা। খুনফাংথৌ নাইকংথৌ—কমদৌ মঙাইয়োই নিংথৌ মচাশাং, য়ায়ভোঙ খমদোং। ননিংথৌ—নথোয়গী নিংথৌ। শোইনাউ—পাম্বী মচা। ভাংভোই লৈমাবা—মোইরাং নিংথৌ। লমলেকখিব্র—লমলকভা লৈখি। ভাংভোই পোংলেন হুনবা—মোইরাং নিংথৌ। লৈকোয় কম্বা—ময়ায় লেপ্না, নিংথৌ। পুন্না হৌ পাকনা তাইনা—ময়াম হৌহুনা। চৎনা হায়বা হুরাতেম্বা—রায়েন থৌদাবা।

# ঔরাগা

## মহারাজ গরিবনিৱাজগা লাম্থেংনবা

( শমশোক ঙম্লগী )

মৈদিংঙু গরিবনিৱাজ মহারাজনা শমশোক ঙমদুনা কোন্নোয় শজায়দা রাজথুংলবা কোরৌ হুমিং মরিনি ঙুদরিঙৈদা মদাইরেম মংশা অথেল লৌশিংবনা ইহুং শোরায়মদা হুয়েন লালপাউ তমলরে। ঔরা তোঙদোই নিংথৌনা রাতাথীরকএ। মহুম পোইরৈ মৈতৈ নিংথৌ অসিদি খাম্রল ঐবু চঙনা নময়ে। মমোম তম্ফা রাংঙমলোনবু মরান হুহোংখোংদোংবিরকে হায়শিন্নবা ইংথি শেন্নোয় ঈদগী কোংতো হিঙাই কম্বা পুন্নমাবু কাইনা হুনখিয়ে। ইমু মোংয়োং মঙত্রা নিংথৌগী কোংদো সনা হিসুঙ শীংজঙ লৈতোয়চম্বা চকমোম খাম্বী মৈ থাদোকলম্মে। লাইরেন রাকপৈ মখুনেৎ তোংচেং শেনকোই মোকপনা ইংথি ঈরান থানখিয়ে। ইরোয় শে ংগুক তানদবম্মুঙ কাওরেন শনঙ হোইঙমনা খোমথোকখিয়ে। খাম্রল ঐবু মীনমলে তরম চৌথাপ লানচিংবা তরাং তেকরা লানচিংবা-ও তরুং খুৎওইনন. ঔরা তেংগোল তরা গুনা হুয়েন লান কাখিও হায়না খৌশীখোনগী নতাইরেম ইখোম্রবু তরা রিম্বী মপাল য়ান্নে, ইরোই কাংপোৎ খোমলয়ে, শীংজা রাইকোই-কদরে হায়না ইহুং শোরায়মাদা মংশা অথেল লৌশিংবনা হুয়েন লালপাউ তমলরে। লাইরেন মৈতে গুনা কংলা য়াইপুং থীম্না মতাইরেম পোইরৈ অথৌ লিচা হেপ্পা পুমনমকপু পাউ কৌথৎলবগা ইতাইরেম পোইরৈ অথৌ লিচা হেপ্পশিংও ঔরা চৌথোপ লানচিংবা তরুং তেকরা লানচিংবা অমীমানা তরুং খুৎওইননা ঔরা তেংগোল তরা গুনা হুরেল লাল কারকলে হায়রে। ইতাইরেম পোইরৈ অথৌ লিচা হেপ্পশিংও রাংলেন পুংজম্পু পনকরোইএ হায়না মৈতেংঙু থোংনাং মরা'ঙম্বনা মতাইরেম

পোইরৈ অথৌ লিচা হেল্লা পুন্নমাবু ঙাইরোইননা ইন্নুং শোয়ায়মাদা শীংচেপ মৈরা হাইচাউ থান্না লাংগোই খোঙওইননা হুয়েন লাক্তাখিরে। কংলৈ লম্মথা লাল্লোই লম্মরু চথা শল্লুং থোংবু থোংলেন পাম্বে লান-খিয়ে। ৱাংথৈ লমদাং ইন্না ইন্নু শোয়ায়মদা থোঙাংবী লমচুং শবু ঙমলোম্লনা চেংলৌ শামন উয়াম পোকবু খৈনা শম্ ঙাংচীং চীংলুকোক চথাবা শল্লখেন গাকোন নোংদম ঈবু ঙমলোম্লনা খোইবু চীংয়াম্ থায়না মশা লমলেন ইনখিরে। মংশা লৌপে কোই তুহাং লমচুংশিদা পোইরৈ তেংগোল লিংলে। লাইরেন মৈতেঙু থোংনাং ময়াম্বনা ৱাহমখিরে। তম্নম নখোয়বু ইয়ু লাইরেন নাউফোংবা লমথক শারোন পুংদা কংলা ৱাশক্লরকপবু খৌকাউগুনো। লাইরেন ঐস্নুং ইপা মৈতেংঙু তুবী চরাইরোংবা সনা ময়াথং ইমাল্লোন চক্পা মখ'উ ঙম্বীগী তমকপু ঔরা খুৎনা কংনা ৱাম্লগে তয়ম নখোয়বু শেনবী মপোংকন খাত্রন মনোংমৈ লোক্তক খারা পাইগুম্ববু শোকিগুনো তাল্লোয় নখোয়বু তুকোন থম্না নরান শীংজা কোনখিনহন্নগে হায়না থৌতোখিয়ে। ইতাইং রেম ৱাংগোন কৈরুংবা কোপে, তংবা মীখন থাইও নঙদি হীদাকচু কানবা খুদোং পুববু পাল্লোইনরগা শঙ্গাই শঙতিং ক'ৱুক লোইগা লাইজা ঈরম তাবা ৱায়রা ভেলহৈবা লূপকা হুয়েন লাম্থোঙ অমা ওইও। খোয়মা নমায় লৈগনৌ হায়না লানকম ৱাশক্লরবদা মতাইরেম পোৎশঙবা নম্পোক চৈথংগী চেকশা তাস্তে থাঙশাবনা পাউথুমখিয়ে। নতাইরেম ঐদি ঔরা তেংগোল তরামাবু থাঙলেন খুৎনা কংনা ৱাম্লগে হায়না ৱাশকখিয়ে। অথনবা শঙলেন তে'মায়গী মুবা লাইরেন-নম্নমচাগুং নতাইরেম ঐ দ ঔয়া তে গোল তরামবু শম্নু খুৎনা কংনা শেনবী মপান ফুকনা পম্লেংগে হায়খিয়ে লুরাং খুমম্বেশঙও নতাইরেম ঐস্নু ঔর' নীংদা খোপ খাত্রন খুৎনা কনা য়াম্লগে হায়না ৱাশক্লরবদা হুয়েং কৌবা নোংগা শোয়রবদা লৈচিন শিক্লালাংনা চে'লৌ মিখোঙ মমলিঙ্কদা তরেৎ ঈমৈ শম নোংপাল চকপ্রম থেনবু ঙমলোম্লনা খুকেপ লৌপান থোঙ্গা ঔরা তে গোল তরামগা হুয়েন লান শোক্লরে। শেনবী

মনোংদৈ খাঅন মপোংকনবু কোরৌ থমশোং খোংগুমনা কুমগা খাগী নোংখোংগুম খুদোং থিনকাপ কুংনা থা ভেনবী খোইখাই তম্বনা লোইদাম ইঙা নোংজু তমনা শোক্লরে। খাঅন মমায় লৈনদা পোইরৈ মমায় ওম্নদনা হুয়েন লাল শোক্লববু খাঅন মমায় লৈবিক্রবগী লাইরেন মৈতেংঙু না মখোঙ মালেম লৈদা কুমনা লীকলাই শমু খোঙথপ তৈনা খৌশাখিয়ে। তয়ম মখোয়বু খোইমা কারিগী নমায় লৈরকপনো লাইরেন ঐবু লৈয়ে। লাইরেন ইপা মৈতেংঙু তুবী চরাইরোংবা খারম তুগুক ওম্বা মপান্নি পানবা হাথনোংবু থারৌকবা কৈরেন নাউশোংবদা শোজলৌ কাবা ঐবু লৈয়ে। তয়ম্ নখোয়বু খোয়মা নমায় লৈগনো হায়না চীন মৈরী থোকনা মালেম লৈকাও তুনা খৌশা-রবদা মতাইরেম পোইরৈ অথৌলিচা হেম্না পুম্নমক্তুং লাইরেন মরোং চুংকুখোন কচেং থাঙয়ান খোনগীবু শেনবী মনোংদৈবু শোং কিদনা লাংগোই শাথৌ থোই তিমেন নমহুম্নদা হুয়েল লান শোক্লরে। চেকশা ভনবা মীথনথাইনা লা গোই শাথৌ থোইনা খাঅল চৈরক খায়না ঔরা চৌথাপ লানচিংববু তিমেন থুংনা ফংনা থিম্নরে। লাইরেন রায়রা মতেঙ্কা থে পা লাঙেন মৈকাম্নীবু শঙাইশেল মৈবী পাইগুমনা রায়রা ভেনরায়রবগী ঔরা তেংগোল মনিন নাইববু পা.থং কাংচাই তমনা থুগায়রে, খাঅল পামত'ম্নরে, শেনবী নেংচেং য়াম্লে হাম্নদবরা? হুয়েন লাম্নিগীদি ঔরা চৌথাপ লানচি'ববু কাইনা হুল্লে। লাইঙ্কা ভরেংঈ মক্লগী ভরাং তেকরা অথৌবম্নুং কাক্লৌয়ে। খাবী লেংনাউ মোঙ্গী তম্না উয়োককোনগী লা'গোই তরা খোমলৌএ। লৌকোং উমংলেনগী শেনবী পোং নোংচা সনা মুকতু তুপ্পবু কাইনা হুল্লৌএ। ম চ লাইখিং-থৌহনবা পামেন উরি কোনগী লাকর'ই ক্রম্নুং অথৌববু কারৌএ। নান্দ মরমশাং হুংতু লানচেন লমগী রাস্ত লীশিং অমা খোমলৌএ। নোংপাল চকপরম্বু থেনগী লাকয়া নন্দহিং অথৌববু কাইনা হুল্লৌএ। মাকলং ভাউচৌং ঈরাংমগী নোংদৈ লীশিং অমা খোমলৌএ। থমন

অচনবদগী লাওভ্যা চাকরাইকমগী লাংগোই শবোং তাইবু লীশিং অমা খোমলোএ। পোংকম শাথুন লমগী চেংলো শম্মন উয়ামপোকী তরেং শেননুং লোকলোএ। অংগো চীং লুখুমগী খামুং রাপী হায়বা কবো লাংক্র কৌশবু কাইনা হল্লোএ। লাইরেন মৈতেংঙুনা ইভাইরেম পোইরৈ অথৌ লিচা হেম্নশিংও হয়েং পোইরৈ চাদোম্না কাউদনবা কোল্লোয় ইখোয়গী ইমিং থোনসে। ইভাইরেম করাম্বা শাৎপমচা নঙদি তাল্লোয় নরুম্বী তরা চংয়াম্মনগী ঔরা থোঙলেন লানয়ান থাবা লাকরাই ক্রুম্ন ফাবা ও কৌসে। ইতাইরেম অপোং সরোংখাইবা নঙদি তাল্লোয় নরুম্বী তরা চয়োম্মনগী তুবী ঐবু চীংখোং পুয়োক রাজমনগী দমক শেনবী তৈথ। মীরোংথন ফাবা ও তৌনা কৌও। তয়ম খাবম মরান-থোঙগী হাওশিঙমগচিংবা পূকচাউ মাইবা থীয়া নঙদি তাল্লোয় নরুম্বীগী তরা চয়োম্মনগী লাকয়া নন্দমিং ফাবা-ও কৌসে। রাকচীং শমলোইবা নঙদি তুবী ঐবু চীংখোং পুয়োকরাগী লাশক কদেং থাঙশাবা ফাবা-ও কৌসে। লোইনাই অহল্লুপ শঙগী অকোং হাওবমচা তরেং শেলুংহনবা নঙদি তাল্লোয় নরুম্বীনা তরা চয়োমহাঙমলগিবু শেনবী পোংনোং ফাবা ও কৌসে। লমলোই ঙাঙবমচা রাংগোন কৈরুংবা নঙদি লাংরেন ঐবু চী খোঙ পুয়োকরাগী নাশোং লাম্থোয়াং ফাবা-ও কৌসে। নোইনাই অহল্লুপ লাকপা হোংঙাই সনসবা নঙদি নরুম তাল্লোয় তরা চয়োম্মনগীবু লুথক সরা ফাবা ও কৌসে। ইতাইরেম মুংয়াং নাউ রোইবা নঙদি তুবী ঐবু চীংখোং পুয়োকমনগী লকেং লাম্থোয়াং ফাবা-ও কৌসে। ইতাইরেম কোপেং রাংগোন কৈরুংহনবা নঙদি ঔর তরং থাঙপূবা ফাবা-ও কৌসে। ইয়ু খোটমোম লাইয়িংথৌ অরাংকাংলো লাইমাখোম্বী য়োইহৈ তাল্লোয় মখোয় মরিমানা তরা লুপাকখোম-হামমনগী নিংথি লানয়াম থাবা ঔরা তেংগোল তরা চাইবা থাত্রল বেমুচা লোলকিমুক অখোববু কাইনা হনবা ও তৌনা কৌসে। লাইরেন ঐগী কোলোয় ইমিংথোংদি লাইরেন মৈতেংঙু নোংপোক রায়রং পামহৈবা ঔরা থোঙলেন লাম্বা শেনবীচা চোতা ওম্বী শমশোক চঙনা

খোম্বা ভয়েং শেনপূং লোকপা মপারি লাথমতোন মথোকলকপা ঔরা চৌথাপ লানচিংববু কাইনা হনবা লাংগোই শগোল ভরা খোম্বা খোঁয়েং মরৌপান্দা ভেলশীংবা চকপা অংগো চৌংদা থেম্লেন মরাই লাংনা ভামকংবা ও ভৌনা কৌসে হায়না কোম্লোয় মিংথোংনরবদা লাইরেন মৈতেংঙুনা ইভাইরেম কোপেং রাংগোন কৈরুংহমবা ও নওদি খোয়ম লাইয়িংথৌগী রাকয়ৈ মথূনেং ভোংচেং শেনগোইলোকপবু পোইরৈ ভমদা ভা রাংঙম ভঘদা কুমনা ভোংচেং হোয় চিংজেমও হায়না রাহমলবগা লাইরেন নোংশা খুমনহন্ন ভুনী থিংলৌ নীংনা ভেনা পোইরৈ ভমদা ভারকলে। মযু লাইরেন মৈতেংঙু চেঙজা নুঙোইবীদা হুয়েন লালু চন কংলা লামপাউ ভমলবগা লাইরেন শঙ্গাই মকোম্লোয়দা রাইথুংলে হায়দবরা?

হে লীকলাইও লাইরেন মৈতেংঙু নোংপোক রায়রং পামহৈবা খোংনাং ময়াম্বগী ভুবী থায়াও মথৌমন লাইরেন চুংশেন মরানওম্দি থাম্রল ভেংগোল ভরা চাইবা-ও শেনবী চান্দা ওম্ব। শেনবী শমশোক লাকপা থৌবাল কোম্লোন অথৌববু কাইনা হনবা শমশোক চঙনা খোম্বগী ভুবী থয়াং মথৌমন লাইরেন চুংশেন মরানওন অসিমু নভাইরেম রাকমা নম্পোক চৈথংগী অরোই লাইশ্রমচাগা মৈতিংঙু চীংখোং ভোনাবা মনোংয়ায় অভিবায় য়ুমনামচাগা অনীমানা ক্রি মবিঙা খোঙ্গংননা রাকমা খোম্ভামনা লেংলমশৈনে হায়দবরা?

## মাহৈগী অর্থ :—

কোম্লোয়—শঙ্গাই। মদাইরেম—মনাই। ইম্বুং শোয়ায়মদা—অহিং চবুক্তা, নোংয়ায়দা। রাভাথীরকএ—শান্তিরকএ। থাম্রল—ঔরা। ভক্ষ' রাঙমলোন—মহারাণীনা পোকপী মজাইবেম্মা অহল। নিংথি শেম্লোয় ঈ—নিংথি ভুরেল। শীংজঙ লৈভোয় চম্রা—শীংজঙনা রান্দুনা। লাইরেম রাকয়ৈ মথূনেং মৈতৈ নিংথৌগী সনা খোঙ-নেংহি। ভোংচেং—হি। ইযু—ইবুধৌ। শীংজা রাইকোইকদরে—

শীংচনবা চৎপা য়াদরে, থবক ইনথাং চৎপা য়াদরে। পোইরৈ অথৌ লিচা হেপ্পা—মৈতৈ অকন অথৌ। মৈতেংগু থোংনাং ময়াংগম্বা—গরিবনিরাজ মহারাজ। লাংগোই খোঙওইনবা—শগোল তোংঙ্গবা। তেংগোল লিংলে—তেংগোল শাঙ্গনা লৈরে। লমথক শারোনপুং—কংলা, থোন তরেৎ থোল্লাং মৈ। তনবা মীখল-খাই—মশক নাইবা অথল্লরবা মী। নম্পোক চৈথং—মকোক্কা তাইনবা ভমথং। চেকশা তাম্ভে থাঙশাবা—থাঙজবা চেকশা চক্রপানি। কৌবা নোংগা শোয়-রবদা—নোং তাল্লবদা। কোরৌ থমমোং খোংগুমনা—নোং খোংবগুম্না। মরোং-চুং। কচেং—থাঙ তিমেন—তা লাইরেন রায়রা মঙেঙ্কা —মহারাজগী তেন। রায়রা তেনরায়রবগী—তেন কাপলবগী। নেৎচেৎ য়াঙ্গে—চাইখায়রে, তকখায়রে। পাংথং কাংচাই তমনা থুগায়রে—কাংখোং চাইবমখৈ ইতোই তোইমা থুগায়রে। কাইনা হুল্লে লান্দা ভমলে। খাবী লেংনাউ মোম্বী—পানখোইবী। তল্লা—উ। খোইমোম লাইয়িংথৌ অরাং ফাৎলৌ লাইমা খোম্বা—লাইনিংথৌ সনামহী। নোংপোক রায়রং পামহৈবা ঔরা থোঙলেন লাম্বা—গরিবনিরাজ মহারাজ। তেংচেং হি। মধু—মধুথৌ। থায়াঙ মথৌমন—মতীক মথৌনা।

# কায়নক্লরবা
# মমা মচা উনবা

(ধনঞ্জয় লাইবু নীংবদগী)

লোইদাম থানিন নোংবু নোংপুম নিংনি হুমনি শুখিরবগী থবি থেঙনা থোকলকলে। কোরৌ অহু হুমিৎনবু তারা থরানমিচাকসুঙ তোংলেং মশীং থীঙমদনা পাল্লে। মায়গী মরিমা শুদ্ধাই নীপান মক্তুস্থ কোরৌ অচিনবা রাংবন অমংববু—পূমনা লৈতে। নোংখোঙ শংথাংনৈএ। চীংয়া মতমফবশিংদা কোরৌ শান্ত ওইয়ে। থাবম মঙান অতপ্পগী পামেন উনা মরুম মালেম লৈদা তাবনা লৈপাক ময়েক চঙবদা হুংঙন পুরুনীং কৈনা মুল্লে পামেন উতোন থক্তা মায়গী লমদম য়েংবস্থ চীংয়া শান্ত উদনা খোয়জি ঈথক হৌএ। তুরেন লাইথাং কানবসুঙ লাইজা মথিনাই ইমু মঙাঙ হৌএ। কাওবী সুমলোয়ভাউ খোইয়া তৌদোন খোম, ইরেন চাংজৌ কোয়নৈএ। লাইজা ঈমায় শীন্ন। ঈশিং মনিন শুবগী লৈচিন নোংলোন কাবনা খুৎই ময়েক থোকএ। ইরেন চাঙথোইবা অহুদা ঙা কিয়োং লাই-মানবা লেমলৈ মীমানবনা ইরেন ময়ায় লাংনা লেমলৈ ঙায়াম ঙনএ। দেব নারায়ণ শমু মহকসাং শিনৌ লশিং তীনগুম্বদা অহিং তাবা তীন, নোংয়ায় পাইবা কাঙ, য়াংঙমলোন থিংপাই কাবী থৌশিতেন মথংলেন নোংবান কান্নুম কদেং তাউবা য়াহৌ কাঙ, হুংবান চাউব্রি. শোয়-শেনবদি মকাঙ খঙ, লম্পাংগোই নত্তনা মনাতোন পানবা, পোনবী নত্তনা শগন তুফাং ফুবা, পানবা নত্তনা ইমু তোংগাচিংবা, অহিং কাঙবী লৌয়াম্বীন। কাঙবী লাংকপ লাংকপ তোংএ। নোংয়ায় চবুক ওয়বগী লোইদাম থামাবা মহি হুন, কোরৌ নোং লৌকলা থাবা উনগী লুপ, লৈচিন মোংকাইয়াজি অহিং লীকলা তাবনা পামেন উনা চোৎলবগী,

থাবল মঙান অয়াবদা পামেম উনা লংবগী হেয়া মনিক থিনগুমএ। লৌকলা মচুম তাবগী 'খোঞ্জেন পূংখং খোকনা না তারুবগী হুংশি ঊথক হৌনা লহান নোংগীবু 'লৈনা নীংশিংলুইএ। পল্লেম ইমা তান্থ লৈমা নীংথিবীবু হুথিবদি ডিঙ্গা অসিগুম্ববু নরিঙৈনে। পম্বৌ ইপা ইবুংঙ্গু খোইমোম লাইবু নীংববু য়োংথিবসুঙ লাইজা ঊয়ায়লাংনা শান্নবা ঙা অসিগুম্বনা য়োংথিবনে। মাইগৈ নোংপোক পাংবয়মগী লৈরাই চাংদোনথক অসিদা শানৌ লৈরাং অতোনবা নঙবু গুমলম্বমে। শানৌ নঙবু লাইজা ঊয়াল্লমদনা থমলম্ববু লৈনা নীংশিংলুরবগী হে নাউরা নীংথিবা, শক সমা থম্বাল মানবা, লৈচুং থরারেন অহনবনা মপারি তাপুং শিংমিংনবদা উনবিরকপা চল্লই লৈরীক চিনগুম্বা দেব নারায়ণ অহনবদি পুকনীং ঊথক হৌরবগী মিংল্লা থম্বান মানবা অনীমক্তা লাইজা ঊচুমখোক, মায়গৈ লমদম য়েং, চাংসোয় ঊরাউখোনগুম মীকপাখিয়ে। অসুমন. মীকপ্পবু মশানৌ শ্রীদয়ানন্দ অতোনবা, রাকয়ৈ চিকুমুংদা কানা কোয়ৌ নোংমদোনগী তায়া থরানমিচাকপু তোংচেং মায়ওরুরিবনা পাউ হুংলকএ। শাবি লাংলেন কোঙয়াং রাপীহন-ও অসি কোয়ৌ নুমিৎমাবু পুকনীং ঊথক হৌ, পিয়েম খকমা তা, য়ায়া খোঞ্জেন খোকনা মীকপলকপা অসিবু রায়ম করিগীনো নশানৌ ঐঙোম্বা পাউতাকপিয়ো, শাবি ইচীম ইনাউবু পল্লেম পী মচা পম্বোপা মচাবু নম্ভবরা? শাবি নঙদি হুংশি হেসোননিকএ হায়মা পাউ হুংববু পাউ-খুমদরবগী মশানৌনা অমরক পাউ হুংখিয়ে। শাবি মঙমা পাউ খুমদবা অসিবু নশানৌ ঐনা লৈকোক লৈকাই লানবা, ইতাউ লৈপুং য়াকাবা, খাংচেং পোংপৈবদা হে লমজা হায়না ঙাইনোকয়ৈএ। শানৌ ইচীন ইনাউবু পোকপা পল্লেম পম্বৌ খোবা মাল্লে কারবা অসিবু শাবি ইচীন ইনাউবু লাইজা ঊ হুনবিবা পম্বৌ ইপা পল্লেম ইমাবু নম্ভবরা? নশানৌ ঐদি রায়ম মতৌ খঙদবগী পুকনীং হুংপঙ চঙএ হায়না পাউ হুংববু মশাবিনা পাউ খুমলকএ। শানৌ লৈরাং তোয়া

শাংপা উনৌ কোম্দে কোম্না হুনবা, শোইরেন লৈফাও থীনবা, লোকয়াই তাম্বা তোং, শিনৌ লশিং তীনগুম্বা, চীংঙুং থরাক লৈগুম ম্নাংনা ফবা ইবুংঙু ম্রারম করি লৈতে। মায়গৈ লমদম য়েংবদা চীংয়া শাস্ত্র উবগা থবি খেঙনা খোকপগী থাবন মঙান অতপ্পনা পামেন উনা লংবগা জীব জন্তু থরায় পানবা পুম্নংকী শব্দ খোঞ্জেন খোকনা খোংবা অসিগা পুকনীং মুংপও চঙলুনগী মীকপ্পনে হায়না মশাবিনা শুমায় লাথো কোয়গুম কোইথন', লাংবন ইঙা লৌখোংতৈতেগুম থৈম্নায়ননা পাউথুম্ববু ম্রা চানদথিয়ে শাবি নঙবু ম্রারম মতৌ অসিদনদি মুংশি পুকখোক কায়না মীকপফম্ব পূমনা লৈতে। শাবি নঙনা ম্রারম থৈহায়নবা অসিবু শাবি ইচীন ইনাউবু পল্লেম পী মচা পম্বৌ পা মচা নত্তবগুম্মে। শাবি নঙবু থাঙঙা হেপলে, লৈকাই পোইনা মীমংখোংগা তোয়রে। শাস্ত্র নাক্তা য়েপনা থাঙঙা হেপ্পবু নোংতামতরে। শেনবী চা ম্নরা অতেংবা পুম্নং লয়োনখোকুম্বী মুঙা শকহেনবীশিংবু শাবি নঙা মুংওন পূক তিম্না লমলক লু থুমনা নূরা থুইন্তে মায়তৈনা শোয়খোঙ তাইথেংনববু লৈরিঙৈনে। শাবী ইতৈ লৈমা মহাকপু চেংলৌ মশক থঙনগে কোন্নোয় মমিং তাকও হায়না হুম্না হুম্না পাওমেনববু নাতারবগী মশাবিনা শানৌ লৈম্নাং অতোনবা অসিদি ম্রারম থন ফংমান্দবগী লৈম্নাং অতিংঙাদা থল্লুরে হায়না মশাবি দেব ন রাবণ অহনবনা ব্র'হমথিয়ে ইশানৌ শ্রীদয়ানন্দ অতোনবা লৈম্নাংতোম্না শাংপা ও নশ বি ঐবু লৈম্নাং অতিংঙাদা মুঙা লাংপাম ম্নাবু করি থল্লুবনে, শানৌ ন উম্না অপিসা ও উনবী পুকমীং তপনা না তা-ও। নাউম্না ইচীন ইনাউগী পল্লেম পম্বৌ থে.বা মাম্লে চীংওম্নবা অনীমা অসিদো ইবিঙঙাবু পোকপা পল্লেম ইমা পম্বৌ ইপা নত্তে। নাউম্না ইখোয়গী পোক্লফমদি য়িশু সনা লৈপাক মুংঙ'ইবা'ও তৌনা কৌএ। পম্বৌ ইখোয়গী লাইজা উহুন-বিবদি য়িশু থুম্নিংখৌ পুমাদেব মাল্লেম লৈকোয় কম্বগী নিংখৌ মশানৌনে। ইপন কোন্নোয় মম্নিংথোং, লাইলোয় মখোয় লেম্দি শ্রীধনঞ্জয় খোইমোম

লাইবু নীংবা ও তৌনা কৌএ পল্লেম ইমা পোকমাবীগী কোল্লোয় মন্নিংথোংদি শ্রীভান্নু মুংওনবীও তৌনা কৌএ। ইপন য়িশ খুন্নিংথৌনা নিংথৌ মচি চিয়েক ৱাগী শঙ্গাই খাম্বী মৈ থারবগী পল্লেম পম্নৌ ইমা ইচা ইথোয় মরিমবু মায়গৈ লমদম খণ্ডনা হুয়েন লাঞ্জেলকপবু পামেন উমংলক নমু পোংনা য়ৌদবা লাংগোই লমশা চাক্কারমদা তরা খুৎপুন পীদনা য়াংগোইরিঙৈদা পল্লেম ইমা ভান্নু লৈমা নীংথি বীনা শানৌ নঙবু নাউহন্নবা তরা চাক নিখিবদা ডিঙ্গা অসিগুম্বনা পল্লেম ইমা ভ'ন্নু লৈমা নী থিবীবু হুখিবে। পম্নৌ ইপা ইচা ইথোয় অহুম্মকনা মায়গৈ লমদম খণ্ডনা পঙনা চথে'কলকপদা মায়গৈ নোং-পোক পাংবরমগী লৈরাই চাংদোনথক অসিদা ফাওররে। থোবা হিদেন মকুমলম অসিবু চেংলৌ মিৎনা থিৎলবগী লাইজা ঈরানগে হায়না শানৌ নঙবু লৈরাই চাংদোনথক অসিদা লৈঙোই লেকচাই ঙাইথাঙননা চরৈ নংহোং থানা শুমলমলবগা নশাবি এবু লাইজা ঈরানলমলবম্না থংলৌ অমরক নীংনা তেথিংদা ইহন চাউনা লৈবা অসিদা লেমলৈ চাউথোইরা শয়েং মীয়ানবনা য়োংথিরবগী শানৌ নঙবু লাইজা ঈরান্নমদনা থমলম্মে। নাউরা নঙবু খোম্লেন মিকপ থোকলবগী অঙাং ইচীন ইনাউবু মুং শ মতৌ কম্বু লৈতনা মুংওনলিঙৈদা পল্লেম থোবা মাল্লে চীংওল্লবী অসিনা হিদেন থোঙরাই কুমলকপদা নাউরা ইবিঙঙ'বু মুংশি ইপাউ হংনা নঙবু লাইজা ঈরান্নুরবগা পল্লেম লেপলৌ শিন্না নাউয়োক'পঙম্বা অসি নঙাইএ। থোবা মাল্লে চীংওল্লবী অসিবু নাউরা ইবিঙঙ'বু পোকপা নত্তে। লহান পল্লেম ইমা ভান্নু লৈমা নীংথিবীবু হুখিবম্লুঙ ডিঙ্গা অসিগুম্বা নরিঙৈনে। পম্নৌ ইপা ইবুংঙুবু লেমলৈ পিবুকম্নুংদা য়োংথিবম্লুঙ হিদেন অসিনে। মরম অতুগীবু মীকপলুবনে হায়না মশানৌবু ঙকথি লুমলংকোন মথক্তাই লেংলোই চুপ শমলাং তোনগা নাম্না পাউমেনখিএ। শানৌ ইবুঙেঙা তোন নীংথিবা ও থোবা মাল্লে চীংওল্লবীবু শানৌ ইবিঙঙ' পোকপা নত্তে হায়না লৈকোক লৈকাইদা পঙনা ৱায়ী থোকনো। নাউরা

ইবিঙ্ঙাবু চান্দা মীয়ায়খিগনে। পল্লেম পম্মৌ অপোকপনে হায়না নীংজৌও। য়ারম অথুপ্পা খৈবিকপু শানৌ নঙবু ঙঘনা শাবথঙ-হল্লবনে হায়না য়াথং হিকহায়ননা অস্নুম পাউত্তমজরিবৈঙদা অসাই-বৈঙগী পল্লেম মমা ভানু মতৌ মুংওনবী পোনবী লা·দা থুবা চেক্ মলবীদি মপাম্নি অনীমক্কী মুংশি মপাউ তাবনা মু শি ঊথকহৌ থম্মোয় মৈচাক খোইজিল্লকপগী কোনা উপুম্নুংদা য়াম্না খোঞ্জেন পিকনা মীকপলকলে হায়দবরা? পারি দেব নারায়ণ অহনবা, শ্রীদয়ানন্দ অতোনবা-ও পল্লেম নমা চৎঙু লাইবক থীবী ঐবু লৈএ। পম্মৌ নপা ইবুংঙু খোইমোম লাইবু নীংববু লেমলৈ পিবুকমুংদা নোংমল্লে হায়বা অসিবু মোমম্নু ঐদি করি ওইরসিবনো। পম্মৌ নপা নচা অহুম্মকপু ফুংগা লোঙচুম ওই, খমকোন কৌরোঙ ওইনা পারি লাংগোল্লিগবরা নীংলম্মে। পারি নাউরা অপিশা অনীমকও পল্লেম নাউয়োকহাঙ নপন লাংগোন ভামলবা নবিঙাবু করি ওইনা য়াংগোইরিবনো? লহান নোং পোনবী হাগোকপা লুমগোনবশিংনা মপারি মমোম নাউহম্নবা চেকলা। চাক্কা খিবদা নমু পোং ভমথি পুকনীং য়াথন লৈতবা ধর্ম্ম লাংওন খঙদবা ভাইবঙ নোংশা পানগী কোয়ৌ নোংমা নি'নি পাল্লিবৈ অসিদা উনবী পুৰথম্নবা চয়ৈ কি মাম্নদববু ধর্ম্ম মরমচৎপু ওইনা হয়েং লাংওনমগীদি উদয়বশিংগী শমু মথুৎপাক্কা নোংমল্লবগী পোনবী মপী মাঙবা চেক্ম্নবা পারি নবিঙাবু করি ওইরবনো হায়না য়াম্না খোঞ্জেন মিনা পাওমেল্লকএ। পারি ইবুংঙু শ্রীদয়ানন্দ অতোনবা-ও ইমাগী খোম্নাং লাঈজা ঈ মঙথরকলে। পারি খোম্নাং থকও লাউদা হায়না পাওমেল্লকপবু না ভারবগী মশানৌ শ্রীদয়ানন্দ অতোনবনা ইশাবি-ও পল্লেম ইমা পোক-মাবীবু কোনা উপুম্নুংদা লৈ হায়এ সম্না চ জুম ফকনা কোনা উপু হাংলগে হায়না পাওমেনববু মশাবি দেবনারায়ণ অহনবনা পাওমেন-খিএ। শানৌ শ্রীদয়ানন্দ অতোনবা-ও সম্না চাজুম ফকহিঙনো পল্লেম ইমা নঙনা কোলোয় মিংমাম্নবা নওমগনে। কাওয়েন শনস্তু মানবী শনশক মাম্নবা য়াওবনে, চয়ৈ ফিমাম্না নমু পোং মাম্নবা হৌনবনে।

য়াথং মতা থিনথিসে হায়না। অসুম পাওমেনববু নাতায়বগী পল্লেম মমা ভানু লৈমা নীংথিবীনা রাহুমলকএ। পারি ইবুংঙু দেব নারায়ণ অহনবা ও। অচাউ লেপকারা শাংস্থু লমঙমলবগী পান্নমা লৌশিং থোই উনবী মচাক হোঙ মকোই য়াউরা পুকনীংশিংবু লৌমা তৈঙ'মলে। পারি ইবুংঙু তোম্না নীংথিবা-ও নিংথৌ মচা মরমচৎনে। শারেন নোংশা মচানা পিকনা শারাক হৈবনে। পারি নিংথৌ মচা সনা ঈবু চীরৌষবা ও ঐবু পল্লেম নমা মহাকনে পুকনীং চিংনরুগনো। তৌইগুম নমু পোংমান্নবিগুম য়িশ্ব সনা লৈপাক হায়বদো অনীগুনা লৈঙমলোইএ। নিংথৌ সনা লৈকোয় কম্বা অদুগী মশানৌ শ্রীধনঞ্জয় লাইবু নীংবা হায়বদো অদুগী লৈম: মশানৌ ভানু মতৌ মুংওনবী মপারি দেবনারায়ণ অহনবা শ্রীদয়ানন্দ অতোনবা অসিদো তাইবঙ নোংশাপান্দা অনীগুনা লৈঙমলরোইএ হায়না পাওমেল্লবদা শ্রীদয়ানন্দ অতোনবনা থমোয় ঈথক হৌবনা থোইশিল্লকলবগী অকি নমদা হুন্না সরা চাজুং ফক লাঙকন্ পুরি থোকলে হায়দবরা? অসুম পল্লেম মমা মচা অহুম্মাবু মুংশি মতৌ কম্বু লৈতনা চেকলা পেনংৎ লিয়েৎনাবা উনবী তুগুম্ববু ওকথী লুমলাংকোন খজাই লেংলোই চুপ শম্নাং তোনগা নান্না অসুম মীকপ্পবু পল্লেম মমা ভানু লৈমা নীংথিবীদি কোরৌ মুমিংশী বুম য়'মনা মপারি অনীমাবু খাইনবা মশাবি খো'ইমোম লাইবু নীংববু শীংলেন শেংনা রাগী চিন্তা পোংলুম পুবনা অনা লাইহৌ ওইরবগী ম'ারি অনীমকপু চেংলৌ শক উনবনা অমা লাইপু কাববু ওইরবগী থরায় নিনমাঙননা রাক্তখিরে হায়দবরা? মপারি অনীমক্তি মু'শি মতৌ কম্বু লৈতনা মীকপথিরে। হে পল্লেম ইমা পোকমাবী-ও নপারি ইবিঙতাবু চেংলৌ শক উনবা পোংশক মতৌ লৈতনা করিগী অমন থমলৈ কুমথিরবো। হে থোইমোম মোংদম্বা শেনবী ইপা লাই কবো ইপু লাই শিক্ষা সোরারেনও চীংঙু মঙবু করি ওইরবনো হায়না মপারি দেব নারায়ণ অহনবনা থোয়দৌ য়াকম পায় খোয়জি মিহুন নম্মে। শ্রীদয়ানন্দ অতোনবনা পল্লেম লুরাই কোইরেন থক্তা

লাইজা ঈগা চাই চরৈ কিজি লংনা মাল্লং ঈচিক খেম্মা অসুম লাই-কম্নববু পল্লেম মমা ভাগ্ন লৈমা নীংথিবীদি পায়মা নিংসা মগী হোন্না হিংগৎলকলে হায়দবরা ?

## ম্নাহৈগী অর্থঃ—

থানিন নোং—পূর্ণিমা সুমিৎ। থবি থেঙনা থোকলকলে—থা থেঙনা থোরকলে। তারা—( সং ) থৌরানমিচাক। তোংলেং—থৌরানমিচাক। কোরৌ অচিনবা ম্নাংবন অমংববু পুম্না লৈত্তে—নোংথি নোংমংদে অতিয়া তরং তরংই। শান্ত—(সং) ঈংবা। খোয়জি ঈথক হৌএ—পুকনীং ইরাও লাওেও। লাইজা মথিনাই ইমু-মঙাও হৌএ—ঈশিং চাউরে অমসুং ঈশিং অহু ইঙাও ঙাওনা চেন্ন। কাওবী মুলোইতাউ—ভুরেন কৌশিং কৌরাং তাউবা। ঙাকিয়োং—ঙাগিহোম। লেমলৈ মীমাংবা—মী মানবা ঙা। শিনৌ—লশিং। ম্নাংওমলোন—মৈতৈ নিংথৌ চহু। মথংলেন—মপুয়োইবা। নোংবান—অঙোম। ইমু তোংগচিংবা—ঈ থকপা, ঈ চুপ্পা। কাঙবী—কাঙ মগী। থাবা—উন। চাংদোন থক—লৈরাই মথক। তাপুং শিংমিংনবা—পোইরৈতোন অমসুং লৈমা লৈনাউ তাবীগী মচানিপা শিত্তপুং। ম্নাকয়ৈ হিকুমুংদা—হি মমুংদা। শাবি লাংলেন কোংয়াং ম্নাপীহন—তাদা অহন, তাধন। ম্নাওরা—খোঞ্জেন। লৈপুং ম্নাকাবা—লৈপুং কম্বা। থাংচেং পোংপেবদা—মী ময়াম তিনবদা। লমজা—মপা মমা লৈতবা, পীভং পাত্তপা মচা। ঙাইনোকনৈ—নোকনৈ। মাল্লে কাম্নবা—হস্নরবা। জীব জন্তু—( সং ) থরায় পানবা। শব্দ—( সং ) খোঞ্জেন। থাঙঙা হেপলে—লৈকাই কোয়রে। পোইনা—কোয়ভুনা। নোংভামজরে—নোংমতা লেপ্তরে। শেনবীচা নুরা অঙেংবী—কবোগী লৈশাবী। মুজা লাংপানরা—নুপী কোয় খোৎপগী অপাম মুংশিগী ম্নাথন। লাইজা ঈহুনবিবদি—মক্ক হুনবিবদি, পোকপিবদি। মাল্লেম লৈকোয় কম্বগী—নিংথৌগী। নিংথৌ মচি চিয়েক ম্নাগী—নিংথৌ

মটীন মনাউ মুত্তাইনদবা মরমদগী। মায়গৈ লমদম খণ্ডদনা—মায়গৈ মফম মরাং খণ্ডদনা। তরা খুৎপুন পীদনা—চাক চাবা ফংদনা। য়্যাং-গোইরিবৈদা—লৈরিবৈদা। নাউহম্নবা—অঙাং থেম্নবা, অঙাং নাউথেম্নবা। হিদেন মকুমলম—হিদেন তাফম। মাল্লৈ চীংওল্লবী—হমুরবী। পল্লেম লেপলো শিম্না—ইমা শকনা। পিবুকমুংদা- মপূক মমুংদা। ঙকথি লুমলাংকোন — মঙকশমদা কোন্দুনা। নোংমল্লে - শিরে। লাংগোল্লি-গবরা—য়োকলিগবরা। পল্লেম নাউয়োক হাঙ পম্মো লাংগোন তামলবা —মমানা য়েক্ত্রবা মপানা কোম্রবা। হাগোকপা—কোকপা, পোকপা। নমু .পাংভমথি —মী ফত্তবা। লাংঙন—মপোক। খোমলাং লাইজা ঊ নঙথরকলে—খোম নঙথরকলে। সরা চাজুম ফকনা—চা নম্বা শো ফকায়ত্তনা। মানবী—শল। মকোই য়াউরা পূকনীংশিং—লৌশিং। সনা ঈবু চীরোকবা—সনা ঈদা পোকপা। মতৌ মুংওনবী —চথোনবী। তাইবং নোংশাপান্দা সংসারদা, তাইবং পানবদা। অমন খমলৈ কৃম্বা—শিবা। লুরাই কোইরেন থক্তা- লৌরাই লুত্তোন্দা।

---

# জির্লাদরবার লেঙঙমদাই

(মহারাজ চন্দ্রকীর্ত্তি জিলা চঙবদগী)

হাওরৈ নোংচুপলা পাংবরম, থোংনাং মপুংম্নায়গী বিলাট লৈকোয় কম্বী ভিক্টোরিয়া মহারাণী কোন্নোয় ময়াথংবু কলিকাতা লৈকোয়কম্বা লাট সাহেবতা রাহমখিয়ে। শ্রীপঞ্চযুক্ত মণিপুরেশ্বর মহারাজ পোইরৈ মৈতৈ নিংথৌ লাইরেন মৈদিঙু শ্রীগম্ভীরসিংহ ভুবী চী লেন নোংত্রেন খোম্বা বিলাট ইখোয়গী চায়লমদাংশা বু কায়কদবা নিংথৌরেনগী মপারি শ্রীপঞ্চযুক্ত মণিপুরেশ্বর মহারাজ লাইরেন মৈদিংঙু চন্দ্রকীর্ত্তি সিংহ নাউজিংলেন নোংত্রেন খোম্বা পোইরৈ মৈতৈ নিংথৌবু বার্ত্তোন লাইরিক খুদোন তৌনা লৈপাক লাকলেন কিশি তাইনা, চায়া পুকমায়না দরবার রা ঙাঙনরুও হায়না রাহমখোনগী রাণী কোন্নোয় ময়াথং রারম পুন্নমাবু শ্রীযুক্ত নার্থপুরুক (লর্ড নর্থ ব্রুক) লাট সাহেবনা লাইজা ঈপাক থক্তা চরৈ কীঙৌ থানা য়োই য়োই লৈদা শীংথুম নিজোইথৌ মুকতম নারিন শোন মুকতম কোইজা য়েকনা আসাম শেনবী তেথাউ মরৈপাকপু রাভেমলিবা শ্রীযুক্ত কিটিঞ্জ কমেশন সাহেপ্তা লাইরিক খুদোনমবু শমু খুংশিন্নরবগী চীক কমেশন সাহেব কৌবনা মণিপুর পোইরৈ সনা পুংময়োন্দা য়াংগোইরিবা শ্রীযুক্ত পোলিটিকেল এজেণ্ট ডাক্তর ব্রুণ (Dr. R. Brown F. R. C, S. E.) সাহেব কৌবদা শমু খুংশিন্নরবগী ব্রুণ সাহেব কৌবনা মৈদিংঙু মদাইরেম থোংনাং রা হায়না এলুপ ঙমদাইনবা থোংনাং সোয়োক য়াংলৌ লমদাং শাংবু রাভেমলিবা খমলাং অহোঙবা থংপান কাংঙবমচা মেজর তুলি হাওশি ঙমচিংবদা শমু খুংশিন্নরবগী তুলি হাওশি ঙমচিংবনা লাইরেন সনা মখোঙ খাদা বার্ত্তোন লাইরিক খুদোন মবু কংনা থুবাং চাংজৌ চেপনা লোয়া রাকংখিএ। হে লাইরেন কোয়ৌ ইমোংথৌ শ্রীশ্রীপঞ্চ

যুক্ত মণিপুরেশ্বর মহারাজ লাইরেন মৈদিংঙু শ্রীগম্ভীরসিংহ ভুবী চীংলেন নোংস্রেন খোম্বা ঐরাবতী কোঞ্জং লৈম্না হাগোক ঈবু থাঙলেন নাকা হাইনা ইংথি শেল্লোইতাদা থৌশাবা, নোংচুপ মাইবং চীংবু চীংমুন থৌবা, থাকপা তেনমৈ শমগুম্বা নিংথৌরেনগী মপারি শ্রীপঞ্চযুক্ত মণিপুরেশ্বর মহারাজ লাইরেন মৈদিংঙু চন্দ্রকীর্ত্তি সিংহ ন্যাউচিংলেন নোংস্রেন খোম্বা মণি য়াইরংচান হুমিৎ থেনগা য়াইঙম কংলৈ পুংখোয় মেৎ, ময়ায় কোয়রেন তোং সনা চোঙলেন ইঙম খাম্না ভারয়িবা নোংথৌরেন ও। বিলাট লৈকোয় কম্বী রাণী কোম্লোয় ময়াথংগী থোংনাং কলিকাতা লৈকোয় কম্বা শ্রীযুক্ত নার্থ পুরুপ লাট সাহেব কৌবগী বার্ত্তোন লাইরিক মথূদোম্নে হায়না খূৎফাং চাংজো চেপনা লোম্না পুরুমজরবদা লাইরেন মৈদিংঙুনা ভুবী পূকনীং হয়াউ-খোইনা লীকলাই মপারি পোইবৈ যুবরাজ লাংজেং মথোকলকপগা লীকলাই মশাবি পোইরৈ সেনাপতি হুয়েন লাঞ্জিংলেনগা অনীমানাচিংবা মদাইয়েম চৈরাপ রাপী হায়বা গারোৎ মনিন নাইবা অথম মীপোকপা অথৌ লাংগোনবা পূয়মাবু ভাইরোয়ননা পাউ কৌশিল্লবগী বার্ত্তোন লাইরিক মথূদোনবু পক্তি মরেপ থিনা পারবদা লাট মপাওমেন এরুপ কোম্লোর ময়াথং হুংঙোনববু পাওমেঞ্জরকপদি শ্রীপঞ্চযুক্ত মণিপুরেশ্বর মহারাজ পোইরৈ মৈতৈ নিংথৌরেন ও লাইরেন নঙগী পোইরৈ নরমথৈ থোংনাং ইথোয়গী লম্মদোন কাছাড় জিলা মপুংয়ায়দা — ভুবী সনা খোঙ লেঙবিরকও ঐস্নুঙ কাছাড় মপুংয়ায়বু ইন্দাঞ্জরকে। লোইদাম থরান থাগী মাকমৈ তরানি পানবদা চেংলৌ শক উননা য়াইথুংমম্নসে, লৈপাক লাকলেন কিশি তাই, চান্না পূকমান্নবা দরবার য়ু ঙাওনসে লৈপাক নিংথৌ পানবা অনীমকী চান্না মতৌ ওইবা অসিবু হুয়েং পোইরৈ চাতোম্না কাউদা এলুপ ইশুতোম্না নিন্দম্নলো হায়না এলুপ পাওমেনখোন লাট কোম্লোয় ময়াথং পূয়মাবু না তারবদা লাইরেন মৈদিংঙু মণি য়ায়রং চানগুম্বা নিংথৌরেম্না ভুবী কোকিল খোঞ্জেন খোল্দাননা পাওমেল্লকএ। ভুবী হৈরাঙ ইউশা লাইরেন

ভাউজীং ইহৈকোন খাইজেং লেংনা তিল লেমজেং লেংনা কাংবা ইমাতোম্না পোকপা লাইরেন তোম্না য়েনবা কমদো ইণ্ডাইরোয় লাইরেন নিংথৌ ইহিশাং অথম মীপোকপা অথৌ লাংগোনবা পুন্নমাশিংও নখোয়দি ইয়ু নিংথৌজা মরোন খুদিংগী খমলাং পা রারী ইরেং পু রারীদা লৈপাক লাকলেন কিশি তাইনা রা পুন্নমাবু না তারকলবা মশেন্নে। পোইরৈ ইরমথৈ জিলা মপুংয়ায়বু ইন্দানসে হায়বরা পুকনীং চিংনা লৈতনা পাউখুমও হায়না রাহমখোনগী মদাইরেম পোইরৈ লৈপাককোইবা পুন্নমানা শম্ খুৎ লোম্না হে লাইরেন কোরৌ ইনোংথৌ তাইবং সোরারেন নমু পোংহনবা-ও নদাইরেম ইখোয়না খমলাং পা রারী ইরেং পু রারীবু না তাজরকপদি নয়ু তুবী য়োইনোংতা লোংদা লাইরেন পাখংবা কোরৌ নোংলাংপান য়োয়ময়াই লাইরেম তাউদনবা হুমিৎ পজোই মহমহুংগী খুনগুম পুং, তুবী য়াঙবী য়েক তৈবনা লাইরেম মথেক কৈবু শানা কোনখা পুং তুবী থাংথোং মথেক লৈরোং শানা লাইজা ঈরাই খল থমং লোকয়ায় খায় খুহুং শীংবী মতাং তেনহন্দা রাংগম পুহুং অচৌ মৈরা মুৎহন্দনা মালেম তম্পাক লৈদা তারকতৈদগী হৌনা নয়ু নিংথৌজা মরোন খুদিংবু লৈপাক নিংথৌপানবা কনাগুম্বনা ভমথৈ উরোং শৎনা লাকচা খুহুম চন্নাক্‌ন্নে। নয়ু লাইরেম শেনবী থাগেম্বা সনা মহাকথক্তা ময়ুম থোংনাং মঙ্গল মনিন নাইবনা ময়াং লাইজং নিংথৌনা শ্রীশ্রী৭কযুক্ত মণিপুরেশ্বর মহারাজ পোহরৈ মৈতৈ নিংথৌরেন লাইরেন শেনবী থাগেম্বা-ও চান্না লমদাংশাংবু কায়নদনা লাংগোই শা শিন্নসে হায়না গ্রায় ইতৈ মপান্দা লাংগোই শা শিন্নতৈদা ময়ুম থোংনাং মঙ্গল মনিন নাইবনা তিংতগুম লৌগাওন থারাগুম মীপুক হুরমলবগী থোংনাং রারোংনা ময়াং লাম্বিনবা তুগুম্ববু থোকলতৈনে। লাক মপাঙমেন এলুম কোল্লোয় ময়াথং অসিবু মহুং-খোয়বা লিরৌরা তাইবঙ মীনম লাংথাক রাবু নরিতৈনে। করিগী তুবী সনা খোঙ লেঙলুগবনো? অসিহুঙ মদোমদে।

হে লাইরেন কোরৌ ইনোংথৌও লোইদাম বরিষা (বর্ষা) নোংজুধা ওইবগী নোংলেন মখেঙ ফুয়না চুবনা ঈশিং তমলেন চাউ, লাইজা

মথিনাই ইমু মরাঙ হৌবনা ভুরেল লোকথন মরোন য়াম্বু ঈরোক থেংগা শাঙমদনা শমু খোঙরাই থিরৈঙনে হায়না খুৎফাং চংজো চেপনা লোম্না ৱাক্ৎচরবদা লাইরেন মৈদিংঙু সমুদ্র লাইজা ইরেন পূংঙম্বা নিংথৌরেম্না উনবী লৈনিংশিংনা ৱাহমলকএ। ইদাইরেম পোইরৈ লৈপাক কোইবা অথম মীপোকপা অথৌ লাংগোনবা পুমনমাশিংও নোংলেন মথোঙ ফুয়না চুবনা ঈশিং তমলেন চাউবা লাইজা মথি নাইবদি ইদাইরেম থোংনাং সোরোক য়াংলৌ লমদাংশাংবু ৱাতেমলিবা *থংগাল কাংঙবমচা মেজর তুলি হাওশি ঙমচিংবনা য়াংলৌ লমদাং শেম ঈরোক থোংগা শানা থে ংলেন পাম্বৈ শেমৈঙনে। ইদাইরেম শংও অরাম্বইরাং শোল্লুগনো। অসিস্নুঙ মদোমদে।

নহান নোং ইয়ু মৈদিংঙু লাইরেন শেনবী খাগেম্বা সনা মহাকথক্তা থোংনাংনা ৱারোংলম ময়াং লাওশা নোংগীবু ইয়ু মৈদিংঙুনা লমলেন মদাইমা হাওরেন য়াংগোই পূদা থোংনাং পুমনা খোম ময়াং লানয়াম থানা ফারৌএ হায়দবরা? অসিস্নুং মদোমদে।

লাইরেন ইপা মৈদিংঙু তুবী চীংলেন নোংজ্রেন খোম্বনা খোংনাং মপুংয়ায় ময়াং মশাইকোনগী কাছ'ড়ী পুমনা খোম ফুবা লমতাক তান্ মোক য়ুমজঃ য়ান থাহি য়াগা চাইনা পঙ্গেং নোংগীবু লৈবনে।

---

* They ( the two ministers—Thangal Singh and Balaram Singh ) Command two regiments out of seven, which compose the Manipur army, and have the rank of General. They are usually addressed by this title The hill country is divided between them as follows : —

Thangal Singh—The Cachar road and villages along it. The Kohima road and as far east as the Thobal and the upper course of the Lanier." —Gazetteer of Manipur ( 1885 ) by E. V. Dun. Page 299.

অহুসুঙ মদোমদে। ময়ুম থামরন মনিন নাইবা ঔরা তানদবনা থোংনাং মপুং তাক ময়াং মরৈ কায়না পল্লেং নোংদা লাইরেন ইপা মৈদিংঙুগী তুবী থায়াং মতানবোমনা থাত্রন লানয়াম থা ঔরা নেৎচেৎ য়ান্না থোংনাং লমলোক নোংগীবু থৌকাউদনা পাওমেল্লকপা নরিঙৈনে। কলিকাতা লৈকোয় ফম্বা শ্রীযুক্ত নার্থ পুরুক লাক সাহেব কৌবদি হাওরৈ নোংচুপলা পাংবরম লৈপাক নিংথৌ পানবা পুন্নমাগী রাজ-চক্রবর্ত্তী নিংথৌ ওইবনিগিনা মল্লং থোয়বা লীরৌরা তাইবঙ মীনম লাংথাকরাদি হৌনরক্তে। ইদাইরেমশিংও শ্রীযুক্ত নার্থপুরুক লাক সাহেব কৌবা অসিবু রাজনিংথৌরেম অচৌবনে। লোইদাম থাজা ওল্লকপা কোরৌ নোংজামদা চেংলৌ শক উনগে হায়না লাইরেন ঐগী পায়মা পীবুকহুংদা নীংথল্লম্বগা লাক বার্ত্তোন লাইরিক মথুদোনবু রাই৹ থুংলবা অসিগা থোয়মা মায়ওক্পরে হায়না তুবী পূকনীং হয়াউ থোইনা চৎনিং ওমথৈ লৈতরবগী লাইরেন মৈদিংঙুদি রাংওম থৌখামথোনবু হোয় য়াদনা মপন মৈতৈ লৈমগী য়োয়বু সনা মথোঙ থাদা লাক মপাওমেন এল্লুপ কোল্লোয় ময়াথং হুংঙোনবা রারম পুন্নমাবু ভক্তি কাওবী চিপা লূকনা পাউদমজরবদা মপন মৈতৈ লৈমনা পাওমেল্লকএ। লাইরেন ইপারি স্নয়ীক লীকতোম পোকুম নদোম তোমশাংনবা মণি য়াইরংচান হুমিং খেনগা য়াইগুম শান্নরিবা নিংথৌরেনও। নদাইরেম পোইরৈ পুন্নমানা থৌথাম্ববু লৈপাক নিংথৌ পানবগী হৌনা মরমচৎ রারম অচুম্বা মহাকনে। রাজ নিংথৌ ওইবনা চোয়নৌ সমা কম্বাল্লাংবু থানা মীরৈপাক নিংথৌ পানবা অমবু লাম্মা তুগী সনা থোঙলেঙলবদি য়েক্লা তিংথং য়াম্বনিগীনা তিংথং মচীন থেকঙমদনা থোয়মা তুম্বৌ চঙলঙৈনে। সনায়োই কোমুংবু থানা কাছাড় জিলা মপুংয়ায়দা কদৌবা ইন্দাল্লগবনো হায়না পাওমেনখোনবু না তারবগী লাইরেন মৈদিংঙু চহুই লৈরিক চিনগুম নানৌবনা মপন সনা মথোঙথাদা ভক্তি কাওবী চিপা লূক থুবাং চাংজৌ চেপনা লোম্না রাবচ্ছথিয়ে। ইপন মৈতৈ

লৈমা-ও লাইরেন নপারি ঐনা থোংনাং লম য়েংনিংবগী লাক মথুরাক্তা চিঠি লাইরিকমবু য়াইথুংখিরে। জিলা মপুংয়ায়দা লাক চেংলো শক উনরুখিগে। অসিসুঙ মদোমদে। লহান নোং ইপন লাইরেন মৈদিংঙু নোংপোক য়াইরং পামহৈবা লাইরেন সনা মহাকথক্তা ময়ুম থাগ্রন মনিন নাইবা ওইরা তানদবনা পঙ্খেংনোংগী পোইরৈ খুম্লেপ ওমদা য়াংওম খুল্লিং ওমদনা হুয়েন লাঞ্জেনখিবা থোংনাং মরৈপাক ময়াং মশাইকোন্দা শান্থুপ হৌবা পুন্নমকশিংসু চেংলো শক উনরকে। অসিসুঙ মদোমদে। বড়াক লাইজা তোরৈথেক মথুরা ইচিল লোং, মালুগ্রাম খুনশাং য়োইকোমুং কোন্নুং অচনবদা য়াংগোই হৌবা ইদাইরেম লোইনা চায়া নাহাল্লুবী হৎ হনা পুন্নমাসুঙ চেংলো শক উনরকে হায়না পুক্নমজয়বদা মপন মৈতৈ লৈমনা পাওমেল্লকএ। লাইরেন ইপারিও লাইরেন নপা মৈদিংঙুগী থায়াং মতানবোমনা মীরৈপাক নিংথৌ পানবা পুমনমবু য়েক্লতংথং মচিনথেক থোয়মা তুম্বৌ চঙহন্দনা লৈপাক লাকলেন কিশি তাইরমলবা মশেল্লে ইদাইরেমশিংও করিগী তুম্নুং লংলা পুনগুম উনবী ইরৈ চল্লুগবনো লাইরেন ইপারিও সনা ইরৈপাকনে হায়না জিলা মপুংয়ায়দা লাক চেংলো শক উনা তুবী ননিং থুংনা দরবার য়া হায়নরমলবগা নরান য়াওনা হলরাইরকও হায়না বর লনকুবিরবদা লাইরেন মৈদিংঙুনা য়োয়বু সনা মখোঙ থাদা অনৌবা হুয়া য়াকচ্চখিয়ে। ইপন মৈতৈ লৈমা-ও লাইরেন নপারি ঐনা থোংনাং লম য়েংখিরিঙৈ শ্রীরাধাগোবিন্দ অনৌমাগী সনা মখোঙথাদা সন্ধ্যা আরতি শোয়, হরি মন্দির লাইয়ুম কোয়দা, থাজং পুক্নমঙমহুনা থৌগল পাংশোই মিকপা অংসগী লাইরেন নপারি ঐগী দমকপু শ্রীগোবিন্দ থোইথোইবনচিংনা গৌরিয়া লাইরমলেনগী থোইয়ম লাইয়াম পুমনমক্তসুঙ শীংলেন তুলসী লৈচুংশিনচিংনা শীংলেন লৈয়াম কৎনা পুক্নমবিরম্মো। অসিসুঙ মদোমদে। ইয়া তুবী পাকন অরিবা থোইমোয় লাই নামুং নামুংবা পুন্নমকপু কৌবা লাকথোং কা চীংঙু, থোংবাল য়াইনা শীংলেন লৈনৌবৎ হৈরাঙ পুংবুরেম তাউজীং থেংমাই লাংলা

কোরো ললশাবিরম্মো হায়না মালেম থৌরৈ লৈগাপক ভক্তি কাউবী চিগা লূকনা পুক্নমজরবগা লাইরেন কোল্লোয় মশজাইদা ভুবী পূকনীং হরাউ থোইনা কমকমলবদা য়োয়বু শগাই মঙাম্বা নোইনিং লৈরিক-চিনগুম্বীশিংনা মিংকোয় লাইজা ঈকম ভাউ পিরেম থকমা তানা রাকচ্ছখিয়ে। লাইরেন কোরো ইনোংথো রাংবন ইকাশা থরায় ইমিরেনবু ওইরিবা ইবুংঙো তা-ও থোংনাং মরৈপাক ময়াং মশাই-কোনবু কদৌবা ইন্দালুগে হায়বনো ? নদাইরেম য়োয়বু নাকলৌশিনবী য়োইহৈ থোঙকাং লেংবী ইখোরবু চকমোম লাজ'মোই লাংবন ইথাং-শীংগুম্ববু ওইয়ো হায়মা নোংদমলবরা ? লাইরেন সনা নখোঙ খাদা কোরো নোংজা খূদিং খুবোম তোংম্বায় মেৎ শিনৌ কুরাংশীং খূবা লৈখাও পায়না য়োয়না থৌগজববু লাইয়েন পূকনীং থৌকাউবিগুনো। লৌকলাই নপারি সনা খোকথৈ নম্বু মরোন য়াম্বা নমোম তক্ষা রাংঙম-লোন লুপা কোনথাং মরোন য়াম্বীশিংবু রাকাউদনা লাইরেন নরান য়াওমা হলরাইবিরকও হায়না পুক্নমজরবদা লাইরেম মৈদিংঙু অহিং ঙানবা য়াইগুম চীকথোইরিবা নিংথৌরেম্মা য়োয়বু ইশানৌ পাৎয়ায় য়োই থম্বালগুম মোমলাং মায়কোয় হেনবীশিংও উনবী ইরৈ চম্না পূকনীং অম্না চম্লুগনো, থোইয়ম লাইনীং চেৎনা য়াংগোইরম্মো হায়না পাওমেম্নববু মারম মতোল লোমলবদা ব্রাহ্মণ শাগৈলেনগী গুরুজি থোইথোইবনচিংনা রতন লেংনা তিন, ব্রাহ্মণ বৈষ্ণব হমু হুনা পুম্নমক্না লাইরেন কোল্লোয় মশজাই শদাই মাজোম্লাংদা রাইথুংলরবদা লাইরেন মৈদিংঙুনা আসন মকম থা কা শুংদাই থায়, পানা তপ্তাই লান্না পুজা ঈরাংচরবদা রতন লেংনা তিনবা পুম্নমকনা লাইরেন কোরো ইনোংথো তাইবঙ সোরারেন নঙনা থোংনাং মরৈপাক মম্নাং মশাই-কোন জিলা মপুংয়ায়দা ভুবী সনা খোঙ লেওপ্রবদি নপোইরৈ সনা পুংগী নদাইরেম নাহাঙ্গুবী হমু হুনা ব্রাহ্মণ বৈষ্ণব অশোন অনা পুম্নমক্তি পোইরৈ লাওতক্না রাংঙম লাংকেম্না পূকনীং ইরৈ চন ভুহুং লংলা পুনগুম অম্না হুইরাং শোম্না করম য়াংগোইরমও হায়বনো হায়না

থোৌখাম্বব্ লাইরেন মৈদিংঙুদি লাইজা সমুদ্র ইরেন পুংনা ঈশিং লুম্ব, শাবিদা ঈরিক কোংবোন কাবিদবা তুগুম্বব্ পুকনীং শৌবিং লৈরুদনা পাওমেল্লকএ। হে ব্রাহ্মণ ঠাকুর গুরুজি অথোইবনচিংনা ব্রাহ্মণ লাইওইনবশিংও গুরু নথৌজান ব্রাহ্মণ নরনকু আশীর্বাদ ৱাথং অথুম্বত্রম বর লনকুবিরমও, লাইরেন ঐস্সুঙ ইরূপ চেংলৌ শক উন-রমলবগা ইরান য়াঙনা হলরাইরক্কে হায়না পাওমেঞ্জখিএ হায়দবরা ? অসিস্থুঙ মদোমদে।

হয়েং কৌবা মনোং শোয়রবদা ইদাইরেম ৱাংঙম থংগাল কাংঙবমচা লাইকম শঙলেন তেংমাইথিনবা তুলি হাওশি ঙমজিংবা নঙনা চিংনা ইদাইরেম গোকুলসিং নোংথোনবমচা সুবিদার পাপু শঙথুবা সুবিদার তুলসিং যুবনাবা হেরাসিং কাংঙবমচা তুলসিং লাইক্রাকপা কেশরসিং হাওবমচা, গুণসিং অয়েকপা সুর্পা নোংথোনবমচা থবা লাই-শ্রবা, তাম্রসিং মাইবমচা নখোয় পুম্নমকনা হন্দক থোংনাং লময়েংবা অসিদা কোরৌ কুমিৎ নিনি মরিনি হান্না সিপাই মনাউয়োক কম্পু লালোই মপুং ফাবা চামবু ঙাইরোয়ননা শমু মাঙদা চৎনা ৱাংলৌ লমদাং শেম ঈরোক থোংপা শা থোংলেন পাম্বে শেম কম্বি য়ায়-রেককম খুদিংদা খাংপোক মকম তাউ ইল্লুম মকম শেমনা শঙলেন অতেংবব্ লৈনা শারমও হায়না ৱাহমখোনগী মেজর তুলি হাওশি ঙমচিংবনা লাইরেন সনা মখোঙখাদা পুরুমলবগা কম্পনি হাওশি ঙমচিংবনা সুবিদার জমাদ্দার কুৎ পুম্নমা সিফাই মনাউয়োক কম্পু লালোই কপুংফাবা চামাবু ঙাইরোয়ননা অহিং খোমলেন তুমগন্দা কুংথিল অৱা পোথাদনা থুরোই হাওয়া লম্নাংদোংবু য়োরবদা মৈদিংঙু মদাইরেম অখল অতেং পুম্নমাদা পাওমেনখিএ। তুবী ৱারয়েক নোংকাই শঙবু লৈনা শানশেবও হায়না ৱাহমলবগা তুবী হাওশি ঙমজিংবনা ৱাংলৌ লমদাং শেম থৌছু পমথাংনা চীংলেন য়োঙম খেৎ, কোঙয়াং মপান ফুক, পাম্বেন কৈত্তুপ কক তুরেল লোকথন

মরোন য়াম্বা পূন্নমাবু লিরেন পাকন ভিং কোওয়াং লেংকাই চন মাওবী ( মৌবী ) কোপচন য়ৈ, থো'লেন পাম্বৈ শেম লাইরেন লমদন য়ায়রেককম থূদিংদা শঙ্গাই অভেংবা। পৈথোপ মুংনাংপান, তরা রাল-হৌশঙ পূন্নমাবু শানশেম মতোন লোমলবদা তুলি হাওসি ওমচিংবনা পাওমেনখিএ। জয়সিং খোইস্নামচা সুবিদার নঙনা লোইবী হাওয়াম খোমনা লোল্লোই পৈমতাকী শঙ্গাই অভেংববু লৈনা শঙনা লাইরেন মৈদিংঙুবু ঙাইথমও। মায়পাক য়ুমখাইবা সুবিদার নঙগা পুস্কর লোঙজাম্বা নবিঙাদি লমলেন থৌবুম লৌরাং চানগী ভুবী য়ায়রেক নোংকাইশঙ শঙলেন অভেংববু লৈনা ঙাকও, রামানন্দ মোইরাংথেম্বা কুং মঙমা লোইবী হাওয়াম পুনা ঈরং লাইজা ইয়েন পূংগী লাইরেন য়ায়রেক নোংকাইশঙ শঙলেন অভেংববু লৈনা শঙও। কমলসিং খিংবাই জাম্বা জমাদ্দার মঙমা লোইবী হাওয়াম্মগা লেংবা লোকলেন অচৌবগী ভুবী য়ায়রেক নোংকাই শঙবু লৈনা শঙেঙা। যদু নাথ খোমজ্রামচা কুং নঙদি লোইবী থুংওইমনা গ্বাই ইতৈ মপানগী শঙ্গাই অভেংববু লৈনা শঙেঙা। পোল্লসিং তোংব্রমচা সুবিদার ভাঙ্গৌ লোক্তোনবা কুং, থৌদোন পোল্লিবা কুং তনবা নখোয় অহল্মক্তি মকু লোকচাউ ঈগী ভুবী য়ায়রেক নোংকাই শঙবু লৈনা শঙেঙা। দেবসিং শঞ্জেনবা সুরিদার মোম্থা ওয়নামচা সুবিদার নামৈরাকপা কুং তনবা নখোয় অহল্মসুঙ জিরি তুরেল লোকচাউ ঈগী শঙ্গাই অভেংববু লৈনা শঙও। থানা নখোয় পূমনমক্তি লাইরেন কোরৌ ইনোংথৌগী থৌগল পাংশোই নিককরোইএ হায়না শমু থূংশিন্নরবগা মেজর তুলি হাওশি ওমজিংবদি জিলা মপূংয়ায়বু ইন্দানখিরে হায়দবরা ? অসিমুঙ মদোমদে।

লাইরেন মৈদিংঙুনা রাহমলকএ। ইদাইরেথ চোইথারা নিংথৌজম মচা রাংগোল কৈক্লংহনবা নঙ্গা যাদব অহল্মেমচা হীদাকমু কানবা হনবা নঙ্গা নকিঙঙানাচিংনা লাংগোই শগোল শামু শঙ পুরমকপু

ঙাইরোয়ননা লক্ষিপুর মপুংয়ায়দা ঙাইখমলমও হায়না থৌশীখিরে হায়দবরা ? অসিসুঙ মদোমদে।

ব্রাহ্মণ শাগৈরেনশী ঠাকুর গুণ তুলি হাওশিঙমজিংবা নঙদি সিকাই ননাউয়োক্ কম্প্‌ লাল্লোই মপু কাবা নমু মীয়াম পুম্নমকপু ঙাইয়োয়ননা কোয়ৌ সুমিৎ নিনি হাল্লা নয়ান থৌচৎঙম্মো হায়না থৌশীখিরে হায়দবরা ? অসিসুঙ মদোমদে।

লাইরেন মৈদিংঙুনা লীকলাই মপারি সনাখোকথৈ নম্ব্‌ মরোন য়াম্বশিংগা মদাইরেম পোইরৈ অথৌ লিচা হেল্লা পুম্নমাবু ঙাইয়োয়ননা পাউ কৌশিল্লবগা করাংজি তুনাম কিঙৌ থক্কা কমনা ভুবী কোকিল খোজেন্না পাওমেনথোকলকএ। লীকলাই ইপারি সুরচন্দ্রসিংহ পোইরৈ যুবরাজ লাংজেং নথোকলকপা নঙগা লীকলাই ইপারি দেবেন্দ্রসিংহ কম্বান পাংগল নম্বিল্লকপা নঙ্গা লীকলাই নচীন ননাউ-নচিংনা অঙৌবা তুরেন খাংমা নিংথৌ কংলা কমথোন অমা তৈনা কমকম্বা গিরিধারী লংমাইথেম্বা লীকলাই ইপারি রিপুজিৎসিংহ মন্ত্রী রাণী হায়বা লীকলাই ইপাবি পুষ্কর থোংলেন খ্বাইরাকপা পাই-রোরেম মিমি চিংঙাখম্বা লাইকম লৌশিহনবা পুত্রন ভেংমাইথিনবা, ইমান চন্দ্রবদন মাইস্নামচা শিনৌ নোংথোনবা নথোয় পুম্নমানচিংনা কমদৌ ইঙাইরোই লাইরেন নিংথৌ ইহিশাং ইমাতোম্বা পোকপা লাইরেন তোম্বা য়েনবা পুম্নমকপু ঙাইয়োয়ননা তম্নুম নাইকা রা কাওরেন শনকোং রা পুম্নমকপু রায়েন মীকোকতোং পোইরৈ তাইহেন নাইদনা লাংগোল্লমও। অসিসুঙ মদোমদে।

লীকলাই ইশাবী ধর্ম্ম সেতুসিংহ পোইরৈ সেনাপতি হুয়েন লাঞ্জিংলেন লানকম উনবী পুকনীং তপলবা নঙনাচিংনা ইদাইরেম মেজর তুলি হাওশি ঙমচিংবা তনবা থায়াঙ কোন্দাই লোনবা অথৌ লিচা হেল্লা পুম্নমাগা ঙাইয়োয়ননা শেকচুপ পুন্দাই ওই লৈরাই শোই

উ ওইনা রাংওম লৈপাক ওাকলম্মো হায়না শমু খুৎশিন্নরে হায়দবরা ? অসিসুও মদোমদে।

ইদাইরেন পূর্ণচন্দ্রসিংহ খুমুজমচা পণ্ডিত মকোইপাউনিংশিংবা নওনা চিংনা য়োয়রেন লেংনা ফাং অমাই নাকলৌশিন অশৈ লেংনা তিন রাকনা তেংথা শওগী খোইয়ম লাইতীক শকপশিংগা খাবি পুমনা হৌনা ইয়ু তুবী পাফন অয়িবা খোইমোম লাইবংথৌ পুন্নমকপু কৌবা লাকথোং কা চীংঙু খোংবান রাই খোইয়ম মতীক খওনা কোয়ৌ লনশারমও হায়না পাওমেনখিয়ে। অসিসুও মদোমদে।

লাইরেন ঐগা ওাইরোয়নগদবনি লীকলাই ইপারি কুলচন্দ্রসিংহ রাকলেন তোংয়াইগী তোংজেং খাংরাইগী থোংলেন রাংথৈরাকপা নঙ্গা লীকলাই নশানৌ ঝলকীর্ত্তিসিংহ লাংগোই শামু হঞ্জবগা লীকলাই নচীন ননাউদি তুবী হৈনা ইতুং ইল্লেম্মো। চীংঙু মহাবিষ্ণু খোই-খোইবগা ওাইরোয়নবদি ব্রাহ্মণ ঠাকুরলেংগী ঠাকুরদাস পুরোহিত ইনাউয়োকনচিংনা তন্ত্রধান নোংমাইজিং চক্রবর্ত্তী লৈহাউ থাবা অহুম্মকা তরা রালহৌশওগী পুজারি কবোম্বা দেবপি খোংদান তোলেন মশানৌ অতোনবা কৃষ্ণ গোপাল তরুকমকা ইদাইরেম দেবকিশোরসিংহ লৈম-পোকপমচা চীংঙু শ্রীজি লাইমরুগী রাংগোল কৈরুংবা নঙ্গা নখোয় তরামক্তি পালা খুৎপু ওাইরোয়ননা চীংঙু থৌগল নহৌশাবু কায়-জেমগুনো ইদাইরেম শাজো চীংঙাখমচা খাবম শওলেন তেংমাই থিনবা নওদি শওলেন পানা মরিমকপু ওাইরোয়ননা চী খোও পুয়োক-চেম্মো। ইদাইরেম বলাই শৌগাইজমচা অংলুপ শওলেন তেংমাই থিন্নমলবা তুলি হাওশি ওমচিংবা নওনা সিফাই ননাউয়োক কপ্পু লাম্লোই মপু কাবা পুন্নমাবু ওাইরোয়ননা থৌগল নহৌশাবু কায়করোই। লাইরেন ঐবু থৌগল নমাংগীস্থ রা কাউদরিয়ে হায়না মদাইরেম শাজো চীংঙাখম্বদা চরৈ নিংথৌফিবু শমু মমদা কূপনা য়োইচানবিখিয়ে। মদাইরেম বলাই শৌগাইজাম্বদা পজেও কীয়ানমবু তাংজা লুদা খেৎনা

লন কুবিখিয়ে হায়দবরা? লাইরেন ঐগী সনা পুকৈরেনগী অঙাং অভোন চোংথামচা ভেৎনৌ শোটৈ হনবা নঙদি চোয়নৌ সনা লনয়াম পুনা ভুবী হৈনা ইতুং ইজেম্মো। তঘুম চাউবা নোংথোনবা ভাণ্ডারী পুরেন নঙদি তরা চাকম্পোৎ পুন্নমকপু ৱাংহন্দনা শংলৌ থৌরাংচেনও। ব্রাহ্মণ শাগৈলেনগী ঠাকুর জগধাম কাওরেন শল্লুংপুরেন নঙদি তয়ম অখন অভেংববু ঙাইরোয়নজেম্মে। ব্রাহ্মণ ঠাকুর গোকুল থুমজাউ পুরেন মঙ্গা রসসিং মোইরাং সুবিদার মণিওঙাদি ব্রাউন সাহেব কৌবগা ঙাইরোয়ননা লাইরেন ঐগী শমু তুংদা কোয়া লাকও। অঙৌপাম্বা অঙোম নিংথৌ নঙনা লৈকাই মরিমা পানা মরিমা ভুলি নীপানমা কৈয়োই হিদেন মরি লংলোই থুমলোই ৱারোই উরোই পুন্নমকগী তনবা নিপা থোকপা থরার চখোনবা খন্দুনা থৌগল মশী, শুনা থাংও হায়দবরা?

লাইরেন মৈদিংঙুদি কলি অবতার চখোনবা শ্রীজগন্নাথ অথোই-বগী নিনি রথ যাত্রা তরানি কাংসেন লোইরমলবুগা কোরৌ শগোলশেন হুমিত্তা যাত্রা তৌরে। কোয়োই শুজাইমচাদা য়াররেক নোংফাইরে। ঈরাই নোংঙাল্লবদা চীংঙু শ্রীগোবিন্দজি অথোইবদা লাইরেন মৈদিংঙুনা দণ্ডবৎ মশীংগু প্রেম খুকমা তানা পাওমেল্লকএ। নদাইরেম ঐনা য়াইকা মায় পাকলকলবদি চোয়নৌ * সনাগী ফুরা দলাল কৎকে লম্বী থোং ঈথৈ লৌথোং পুন্নমকপু শেমনা চীংঙু সনা নখোঙথাদা কচ্চগে হায়না পুকমজরমলবগা ঠাকুর কমলাকান্ত পণ্ডিত শঙলাকপনা ঘট থাউমৈ শেম হৈকক পানা তাঙ্গা থানা লাইরেন মৈদিংঙুবু থোঙকাপ মাপল থাংনা যাত্রা তৌরে। নমু লৈপাক মীয়াম নখোয় তৈরার পরেং শাবা হৌরো লাইরেল ঐগী যাত্রা অপিশা অমতং লৈ হায়না

* স্যার চন্দ্রকীর্ত্তি মহারাজনা কৎলম্বা দলান সনা লুপ্পা অহু বৃটিশনা পাল্লবদা শকাব্দ ১৮১৯ হিয়াঙ্গৈ ২১ নি নিংথৌকাবা হুমিত্তা শ্রীদোকখি (চৈথারোন কুম্বাবা লা ৫১৮)

'য়োম্ববু লক্ষ্মী নারায়ণ/মচেকয়া পলেম মমা শীঙ্গা কোলোয় শজাইহুংদা য়োম্বৰু য়োইহৈ পূমনা তিন্না লৈরম্মে হায়দবরা ? পলেম, মঙারক কোয়জগে ইমাবু মঙারক কোযবনা থরায় মঙা ওইজগে হায়না দণ্ডবৎ মঙারক হন্না খুরুমজেয়ে। পলেম মমা শীজনা পাওমেল্লকএ। পারি ইবুংঙো তাবরা। নয়ু চীংথংখোম্বা নিংথৌরেন নপন পঙ্গৌ লাবণ্যচন্দ্র মধুচন্দ্র চৌরজিৎ মাজিৎ খোংজাইঙম্বা শামু কাবা পুন্নমকপু কাউপনো। পারি নঙনা চীংঙ, বিষ্ণু পুগনি শ্রীগোবিন্দ অথোইবদি পলেম ইমাদা থমলমগনি, পারি নঙনা শ্রীবিষ্ণু আরতি ভৌবদা পলেম এবু কাউগনো পাওমেল্লকএ। শ্রীচন্দ্রকীর্ত্তি সিংহ নিংথৌরেন্দি হরাউ মথোই তোংনা লাংগোই কারু খোঙদাঙবা য়াইশা মথংকিবা শাময় কোংগোন খিনবা নাকথং স্বরূপা আরাম্বাই তেন্দোং থেৎপবু তোংনা যাত্রা খোঙ-শাল্লকএ।

## নৈনবা শরুক

স্যার চন্দ্রকীর্ত্তি মহারাজ— খৈদিংঙ, গম্ভীরসিংহ মহারাজনা মাইস্নাম চনু কুমুদিনী মহারাণী পান্নহনা শকাব্দ ১৭৫৪ মেরা থা তরাইমদোইনি পানবা লৈপাকপোকপা হুমিৎতা পোকই। মপাবুং মহারাজনা ইং ১৮৩৪ জানুয়ারী তারিখ ৯ দা (শকাব্দ ১৭৫৫) নোংপাকবদা য়ামনা অঙাং ওইনা নিংথেম পিশক হায়না নিংথৌ ওইখি। মহারাজ অসি মণিপুরদা অনীরক (খৃঃ ১৮৩৪-১৮৪৪ অমসুং খৃঃ ১৮৫০-১৮৮৬) পানখি। মহারাজ অসিবু মহারাজ ঈশ্বর হায়না খঙনৈ, কম্বান মিংহন্না নাউজিংলেন নোংরেন খোম্বা কৌই। শকাব্দ ১৮০৮ কালেন ১৭ নি পানবা শগোলসেন হুমিৎতা (তাং ১০।৫। ১৮৮৬ ইং ঈরাই হুমিৎ) লাংগাখি

চন্দ্রকীর্ত্তি জিলা চঙবা— ইং কুমজা ১৮৭৪ আগষ্ট থাদা চন্দ্রকীর্ত্তি মহারাজনা কাছাড়দা লেঙহনা ভারতকী গবর্ণর জেনারেল অমসুং

* চন্দ্রকীর্ত্তি মহারাজ নোংয়ায় মতুংদা (এ. এম. দা) নোংগাখিবনা বৃটিশকী রেকোর্ডতদি ঈরাই হুমিৎ হায়না ই।

ভাইসরোই লর্ড নর্থ ব্রুকা বরাক তুরেন্দা জাহাজ মথক্তা ভাইস-রোইগী য়াট্‌চদা উনখিবা (দরবার তৌখিবা) অমসুং অনী অহুনা মহৈ মহৈ খুদোনপোৎ পীনবা অমসুং মরূপ মপাং ওইবগী রারী রাতাই শানরকপগী মরমদা ইবা লাইরিকনি। থোদোক অসি নিংশিংনবা খৃঃ ১৮৭৬ শজিবু ২৭ নি পানবা ঈরাই মুমিংতা স্যার চন্দ্রকীর্তি মহারাজনা খুমুজাম্বা পূর্ণচন্দ্রসিংহ পণ্ডিত অচৌবদা শ্রীযুৎনা কাছাড় জিলা লেওঙুবগী লাইরিক শেম্মো হায়না সনায়াথং শিন্নহুনা শরাংথেম সুপর্ানন্দ পণ্ডিত থোদাম চাউবতোন পণ্ডিত অনীগা খুত্রাকপম জগসিং য়ুমঙ্লেনবম পেনা খোংবা পাথংলাকপা অনীগা মাখোয় মরিনা কাছাড় জিলাদা মহারাজ সনা খে'ঙলেঙলুবগী রারম মথংশীংনা তাকুনা য়াম্বেম অঙাতোন ইরুংবম পাবুং খুত্রাকপম মুংনাং খোমত্রাম লৈশং লালুপচিংবা মরিনা কোর্কাই চেদা কান্‌ কলম পায়হুনা ইখিবা লাইরিকনি।

থংগাল কাংঙবমচা—রাংথৈ অঙোম লৈকাইদা লৈরমই, কাংঙবম ক্ষেত্রিসিংহগী মচা মিপানি। মহাকী মরোশিং মথোনা, মথোদা পুকনীংচঙবা মরৈবাক অমসুং মজাতিবু মুংশিবনা মহাক মণিপুরগী মসুংদা শীংথানবা য়াবা মী অমা ওইখি। মহারাজ স্যার চন্দ্রকীর্তিগী সনা হাকুক্তা মথং মথং হাজারি, অপানবা শঙলাকপা, মেজর (খৃঃ ১৮৬৭), লাইফম লাকপা, জেনরেল (খৃঃ ১৮৭৯) অমসুং পুপ্রম্বা (খৃঃ ১৮৮১) ওইখি। শালান্দা থোবা মীহাৎ মীপুন্দা মমিং চৎপা নিপা অমা ওইরবসু লাইবু নীংবা ঊশৈ নোংমাইদসু থরায় য়াওবা মী অমা ওইরম্মী। মচাকনা করিগুম্বদা মহারাজ চন্দ্রকীর্তিগা ফাওবা ঊশৈ কাংনখি (জনটৌন ১৪-৪-১৮৭৮)। খৃঃ ১৮৯১ দা মরৈবাক নীংসবা থোনা ফরবা থংগাল জেনরেল মশাগী চহী ৮৫ শুরবা মতমদা বৃটিশনা ফাঁশী তৌহনা হাৎখি।

বলাই শেগাইজাম্বা— চন্দ্রকীর্তি মহারাজ অমসুং মজাইবুংঙো সুরচন্দ্রসিংহগী সনা হাকুক্তা লৈরম্বা মণিপুরগী অথম্নরবা মিনিষ্টর

অমনি। চন্দ্রকীর্ত্তি মহারাজগী সনা হাক্তক্তা থংগাল মেঞ্জরনা তুলি নাহা মেঞ্জরনি মহাকনা তুলিহল মেঞ্জরনি। অংল্লুপ লাকপা অমসুং পুগ্রম্বসু ওইখি। মহাক্কী মমিং বলরামসিংহ কৌই খৃঃ ১৮৭৯ দা চন্দ্রকীর্ত্তি মহারাজনা মাবু জেনরেল থিন্দোকখি। জেনরেল অসি অসি খৃঃ ১৮৮৯ দা নোংগাখি।

ব্রাউন সাহেব—ডাক্তর আর, ব্রাউন, এক, আর, সি, এস, ই, চন্দ্রকীর্ত্তি মহারাজগী সনা হাক্তক্তা মণিপুরদা খৃঃ ১৮৬৭ তগী ১৮৭৫ ফাওবা বৃটিশকী পোলিটিকেল এজেন্ট ওইদুনা লৈরমই। মহাকনা "ষ্টেটিষ্টিকেল একাউন্ট অব দি নেটিভ ষ্টেট অব মণিপুর" কৌবা লাইরিক অমা ইরম্মী।

খোংজাই ওম্বা—ভাগ্যচন্দ্র মহারাজনা খুম্বোং মযুম চমু লৌদুনা পোকপা মজা ইবুংঙো বিশ্বনাথ কৌবা অদুনি, গম্ভীরসিং মহারাজগী মরাম্বুংনি।

শামু ফাবা—গম্ভীরসিং মহারাজগী মিং অমনি।

## য়াহৈগী অর্থ :–

খোংনাং মপূংয়ায়গী—মরাং লৈবাকী। কোয়োয়—য়াথং। ভূবী চীংলেন নোংত্রেন খোম্বা—গম্ভীরসিংহ মহারাজ। মপারি—মচানিপা। নাউজিংলেন নোংত্রেন খোম্ব—চন্দ্রকীর্ত্তি মহারাজগী কম্বাল মিংছুন। লাইজা ঈপাক থক্তা—ঈশিং মথক্তা। মূকমৈ নারিন শোনবা—ন লাইরিক ইবা। রাতেমলিবা—রারেম্লিবা। পোইরৈ সনা পুংময়োল্গা —কংলৈ পুংময়োল্গা। য়াংগোইরিবা—লৈরিবা। খৌশাবা—লান্দাবা। ময়ার কোয়রেন তোংবা—কম্বান তোংবা। পুরুমজরবদা—খুরুমজরবদা। লীকলাই মপারি—মহারাজগী মজা ইবুংঙো। লাংজেং মথোকলকপা—পাথং মথোক কারকপা। রাপী হায়বা—অওম্বা, রায়তোঙ থমদোং। অথম মী পোকপা অথৌ লাংগোনবা—থৌনা কবা। মাবমৈ—থাবান, তিথি। থমলাং—ইপা। ইরেং—ইপু।

পোইরৈ লৈপাক কোইবা—মৈতৈ লৈবাকী অঙম অথৌ, ৱায়ভোং খমদোং। য়োয়ময়াই লাইরেন তাউদ্রবা—মুম্বিং। লাংগোই—শগোল, শামু। মহুং খোয়বা—মপূকচেন চুমদবা। লীরৌবা—মরৌ মরাং তৌবা। তমলেন—ঈশিং। উনবী লৈনিংশিংবা—ৱাথল তৌনা। অরা হুইরাং শোন্নুগনো—অরা অনা থিগনো। ইমু—ইবুংথৌ। ফারৌএ—কাহৌএ। পন্থেংবা—লংন্দাবা। থোংনাং মপুং ভাক—ময়াং লৈপাক কায়বা (ভাকপা)। 'নেৎচেৎ য়াম্না—তকথায়চুনা, তানখায়চুনা, চাইখায়চুনা। লৈকোয় ফম্বা—লৈবাক ভাকপা। নদোম তোমশাংনবা—নতোমদা পোকপা। মৈদিংগু নোংপোক ৱাইরং পামহৈবা—মাজিৎ মহারাজ। মশাইকোন্দা—মরমদা। য়াংগোই হৌবা—লৈহৌবা। ভুহুং—লং। কোরৌ লনশাবা—লাইনিংবা। নরান—নয়ুম। পানা তগ্রাই লাম্না—কং-লান্নুমা। তাইবঙ সোরারেন—মৈতৈ নিংথৌ। ঈরিক কোংবোন কাবিদবা—কোংগোন মরিক অমা ফাওবা কাদবা। তুগুম্বু—অঙ্গুগুম্বু। নরনকু—নথৌজান। লাইকম শঙলেন তেংমাই থিনবা—লাইকম লাকপা। তুলি—সিকাই কম্পনী। কম্পু লাম্নোই—লাম্নী। ৱাংলৌ লমদাং—লম্বী। তুলি হাওশি ঙমচিংবা—লাজিংলেন, লানমীগী মকোক। আহং খোম্নেন তুমগন্দা—অহিং তুমদনা। কোঙয়াং—ৱা। অরা রালহৌশঙ—চাকথোংশঙ, চাকশঙ। শানশেম মতোল লোমলমদা—শেম্বা লোইরবদা। কুৎ—সিকাইগী কম অমা। য়ায়রেক নোংকাই শঙ—অহিং লেকুনা লৈননবা শঙ। মপুংয়ায়দা—লমদমদা। লীকলাই মপারি—নিংথৌগী মজা ইবুংঙো। অঙৌবা তুরেল ৱাংমা নিংথৌ—অঙোম নিংথৌ, অঙৌ পানবা। পাইরৌরেম—ইবাই। ইমান—ইকু, মামা। তাইহেন নাইদনা—মীচঙ মীথাম নাইদনা। মকোই পাউনিংশিংবা—অশিংবা। থাবি পূমনা হৌনা—মাইবী ময়াম ৱাওনা। ৱাফলেন তোংৱায়গী তোংজেং থাংৱাইগী—ৱায়মা। শ্রীরাজ—শ্রীগোবিন্দ। থাবম শঙলেন তেংমাই থিনবা—থাবম লাকপা। তাংজা লুদা—কোক্তা।

লোইরবা।